# ꯃꯤꯇꯩ ꯅꯥꯠꯀꯤ ꯂꯥꯡꯒꯩ

# মীতৈ নাৎকী লনগৈ

**(MEETEI NATKI LANGEI)**

ৱাংউরোনথাবা ইতমবা :

**অঙোমচা চিংশুবম লাইচা**

লাংচিংবা :

**লাইরেনলাকপা সরত**

**কোংদোকচবা :**

তাইবং শিক্ষাকোল

**ইম্ফাল**

রে. নং **24/M/SR/95**

ফংফম :—

১। তাইবং শিন্থাকোল লোইশং-ইম্ফাল
২। লাইরিক লাংথোকচবশিং



অহানবা থ[illegible]
লাইরিক [illegible]শং ১০০০






হক পুন্থা ইতমজবগীনি
মমল লুপা ৩০.০০

নম্ফম: —শ্রীগৌরাঙ্গ, প্রেস
থা-ইম্ফাল কৈশাম লৈকাই।

# মীতৈ নাৎকী লনগৈ

## নোম্লুক-বারোল

মীতৈ পোকপী ইমাগী মপারী মমোমশিং মালেমগী মফম মফমদা চোইনা তারিবা, মাঙলমচৎকী থৌদোক-রারি লোলদদি মশক নাইবা মী ফুরুপ ওইরমলিবা মী কৌবা মালেমথক্কী ফুরুপ-শিংগী মমুংদা মীতৈ মিংথোন্দুনা মশাগী ইতোপ তোপ্পা লোল-ময়েক মনাং মশিন লৈজরিবা অসিগী ঈপু-ঈপাশিংনা চৎনবিরম্বা ঙসিস্তু চৎনরিবা লিকলম কয়াগী লিথুন লিজবা অতুদগী অমুক লিথুনতুগী লংলা লংজিন থিতুনা চৎনলমশিংগী মমুংগী ওইবা রাংউরোল করি করম লৈবনো হায়বতু খরদং লাতমচম্ম পুথোকচনবগীদমক মীতৈ নাৎকী লনগৈ মীংথোনবা লাইরিক মচা অসি ইতমজবনি ।

শক্লোন তরেং পূরম্বা ঈপু ঈপাশিং ওইরমতুনস্তু অমত্তা ওইবী পল্লেমগী লিকলমদগী ঈনাৎকী লিক চৎনবা থম্মীরম্মী হায়বসি চিংউবা ঈপুথৌনা মুংথোঙ হাংবিতুনা উহনবিরম্বদগী লাতমচম্ম লাংবা ঙমজখিবনি ।

থোইদোক্কা লাইরেনলাকপা সরত্না সাথৌবা ওইবিখিবদগী থুপ্প কিশি কিরম্বা লিকলমগী মুংগী ওইবা ঈচেন্দু পাওজদ্রবনা ঈপু-থৌগী থৌজান্দগী কিশি থোকপা ঙমজখিবনি । হেন্নদুম লাইরিক মচা অমা ওইনা লাংথোকচনবা হোৎনবদা সরত্না লাংচিংবা ওইবিখিবতু শিংথানিংঙাইনি ।

পাংজদ্রবনা মীতৈ পোকপী পল্লেমগী মপারী ওইজরুবদগী ঈমাগী মতিক ময়াই খরদং পুথোকচরিবসিদা ঈরৈপাকচাশিংনা নৈনবিরবদি পল্লেমগী থোম্লাং থোমলিক অমখক্তংগী লমন শিংবা পিনবিরে নিংজগনি ।

অহানবা খুৎনমদা মপুঙ মরৈ ফাবা ঙমজখিদবা অমদি বানাল লানবা য়াওখিব অদুগীদমক ঙাকপিয় । মীথোই মীহেনবা কয়ানা অৱাৎপা তাকপিরকুবা লাতমথক্তা নোল্লুকচরি । থুমথোইবা থৌনা নিজরি পীনবিয় ।

ৱাকচিং ১২ ইৱাই
দিসেম্বর ১৩/১৯৯৫ ইং

নোল্লুকচরিবা ঃ—
অঙোমচা চিংশুবম লাইচা

# ৱাহৈ খরা

মালেম অসিগী মীওই ফুরুপশিংগী অকোয়বদা লৈরিবা সনাজগী অমদি মখোয়না মহৌশাবু য়েংলিবা মিৎয়েংগা চান্নবা তোংঙান-তোংঙানবা চৎনবী সংস্কৃতি লৈনৈ। মী অমনা তাইবং খোঙদারকপদগী শিবা ফাওবদা শাগোল্লরিবা মীতৈগী ঙসিস্সু খুন্নাইদা চৎনরিবা মপুং ওইবা থৌরমশিং (ৱাইত-দি পেসেজ) গী মরমদা ইরিবশিংগী মন্নুংদা শ্রী এ.সি. লাইচা অমস্তুং লাইরেন-ল্লাকপম সরত ওঝা অনিগী "মীতৈ নাৎকী লনগৈ" কৌবা লাইরিকসিস্সু অমনি। লাইরিকসিদা মীতৈ অমগী সমাজগী পুন্সিদা থেংনরিবা লৈপাক্কী অমদি লাই-তিনগী ওইবা থৌরমশিংগা লোইন্না চহিগী ওইনা পাংথোকপা মরুওইবা নাৎকী থৌরমশিং (কেলেন্দ্রিক ফেস্তিভেল, খরগী মরমদস্সু খুৎ থানবা হোৎনরি। অরোইবা শরুক্তা লাইগী মতিক মগুন শৈথাবা, মীকোন থাগোনবগী শৈরোলগা লোইননা লাইরিক অসি লোইশিল্লি।

মীতৈগী থৌরমশিং অসিদা য়াওরিবা ফুংগী ওইবা ৱাফমশিং অইবনা মশাগী ওইবা মীংয়েংদগী ৱাহন্দোক পীনবা হোৎনরিবসি অপ্পাবশিংগী পুক্নিং চিংশিনবা য়াবা অনৌবা খোংথাং অমনি। মতাং খরদা হেন্না শন্মোক্লা হায়হন্নিংবা অমস্তুং ইমপ্রুহ তৌহন্নিংবা য়াওরবস্সু লাইরিক অসিনা সাধারন মীওইশিংদা অমস্তুং মীতৈগী সংস্কৃতিগী লমদা থিজিল্লিবশিংদা মতেং থরমথৈ পীবা ঙমগনি হায়বসি চেৎনা থাজবা পোকই। মীতৈগী মমল য়াম্লবা নাৎকী লনগৈবু মশক তাক্লবা হোৎনবদা খোঙ থাংজিল্লিবা অনিগী হোৎনরিবসি মহৈ য়ানবা ওইসন্নু।


**ডাঃ পোলেম নবচন্দ্র সিংহ**

এসোসিয়েত প্রোফেসর

মণিপুরী দিপার্তমেন্ত

মণিপুর য়ুনিভর্সিতি কাঞ্চিপুর— ৭৯৫০০৩


তাং. ২৩/৩/৯৩ ইং.

# মীতৈ নাৎকী লনগৈ

## য়াওফম তাকপা লাতম

# ঈমা-ঈপা নিঙবগী থৌরম পরেং

মীওইবসি অউবা ( অথঙবা ) খক্তনা য়ুম্ফম ওইরগা খুন্নাইগী চংনলোল অমদি চংনবীসি শেম্নগংলকই। লোয়ননা অস্তুম অস্তুম চংথরকই। মালেমগী মীফুরুপশিংগী মনুংদা মীতৈ ফুরুপশিংগীস্তু ঙসি ক্ষাওবা লেপ্তনা ফুরুপসিগী চংনবীশিং তুরেলগী ঈচেলগুম চেন্থরকলি।

মীতৈগী হৌন-চংনলোলশিং অসি মথক্তা পনজখিবা অউব-শিংনা য়ুম্ফম ওইরগা শেমখিবা মনাৎ-মশিননা তুং কোইরগা শেমখিবনি।

নিংশিংবা থোক্রবা মতমদগী ঙসি ক্ষাওবদা মীতৈ খুন্নাইগা সাগোন্ননা পাংথোক্লক্লিবা পোকপদগী শিবা ফাওবদা লৈরিবা অমদি চংনরিবা থৌরমশিং অতুনা ঙসিদি ফুরুপ অসিগী মনাৎ মশিন ( Culture ) নি হায়না শিংথানরি। মীতৈগী মনাৎ মশিংগী থৌরমশিংদি ঐবু পোকপিবা পলেমগী ঈগী থোঙ্কাপ তুংইন্না লিংখিবনি। অতুবু অউবশিংনা য়ুম্ফম ওইরগা উদবা কয়ামুকস্তু মনুং হনজিন্না থি-হুন্নগা ফংজরকপা খরহুস্তু পুথোকচরগা তশেংনা অউবদগী থংলিবা অতুগী মথক্তা হাপচিঙ্গরগা অমুক পোকপদগী শিবা ফাওবগী মপুং ক্ষাহল্লি।

**অঙাং পোকপগী থৌরম ঃ**—অঙাং উন্নগদৌরিবা মমাদুনা পেনজগদবা চানিংবা য়েনসাং পিজদুনা মপুক্কিং শেলহল্লি । অঙাং উনবা মতম ওইশিল্লকপগা শাগৈগী নত্রগা লৈকাইগী মুংশিনব কনাগুম্বনস্মু মীয়োল্লিবী মুপীদু চানিংবা হংলগা খোংবিদুনা চাক কৌবী মসিনা পুক্কিং য়াম্না পেলহল্লি ।

**চক্ষু উয়ান থিনবা ঃ**—অঙাং উনগদৌরিবী মুপী অদুগী মপামদগী মমা-মপানা নত্রগা মচন-মনেনা নত্রগা ইমুংদুগী মুপী অমনা মীয়োনবা থা ৭ নত্রগা ৯ ফায়রক্লবা মতমদা চক্ষু-উয়ান খিনব চংনৈ । চক্ষু-উয়ান অনিনা অপোকপা-অপোকপীবু নিংশিংহল্লি । চক্ষু উয়ান্দা নত্তনা পোক্লকদৌবা অঙাং অদুগী নাপহোং/ক্নোননা ফি অমস্তুং নিংথা ফি খিন্দুনা ব্রাথক্লোল অসিবু অমুক হেন্না মরা চেংশিলহল্লি । হৌজিক্তি ঈপান মুমিংতা হাপ্না চংনরে ।

**অঙাং পোকপদা তৌবা থৌরম ঃ**—পলেমগী পীবুকমুংদা থাপুম তরা নাওপুবা, নারানা, নাওফমমুং নাওওন্না ঈশিং য়ান্না তুংইন্না কা-লাম লম্বী ফাওনা মালেম থক্তা লয়তায়বগী থারমবু হায়জগে পাওদমজগে ঃ—

নাও হায়বদি মচা ( অপিকপ )বু হায়বনে, নাওরা ( নারা ) হায়বদি মালেম ঈমানা তাপাকথক্তা য়ারিবা অঙাংবু খঙনৈ । অ-ঙাং হায়বস্মু অ-হাওবদগী শমথরকপনা মচু ঙাংলৈননা থেরকপবু খঙনৈ অঙাংবা হায়বদি অঙানবা মঙালদা ফাওরকপবু খঙহল্লি । নাওফম মাদি নাও অদুনা তুংনফম ওইরিবা মফমদুবু খঙহল্লি । মাগী মফমদি পলেমগী পী মুপীগী পুকমুংদা লৈবনি খঙহল্লি । ঈশিং য়ান্ন

হায়রবদি নাওন্না অহুনা মতম্ থুরক্লবদা কালাম্ লম্বীদা মালেম তমলকপদা ঈচেল লম্বী তম্বা য়ানবা ঈশিংবু খঙনবনে মসিগী য়াম্নানা লাকফমদি চীংঙ্গুংহুৎপুস্ন কৌবনে।

১। নাওয়েক পীরকপা মতমদা তৌগদবাঃ—অঙাং উনগদৌ-রিবী মুপী অহু নিংথিনা শেমশারবা চাবোকপঙদা খোইজু অমস্তুং লৈখাম মৈ থারগা ওকনৈ। মসিবু মৈ ওকপা কৌই। খোইজু অমস্তুং লৈখাম পাম্বী অনিসিনা ত্তিনজু লাইচু কোকহল্লি। খোয়দা শুবনে লাইবু থামবনে॥

২। মপূরোইবনা অঙাং উনগদৌরিবী মুপী অহুবু খুউ লৈত্তানা কুলহল্লগা খারোমদগী অরাং পাওনা নত্রগা নোংচুপ্পগী নোংপোক পাংনা কাম্বোকপীগনি। মসিমক্তি মুপীহুবু অফা অপুন্দগী কোকথোকপীরবনে খঙনগনি।

৩। অঙাং উনরমদাই মতমদা ইমুংচুগী মীওই অমনা ইয়ুম লাইনিংথৌগী মাংদা ম্নাইরম তৈথোক্কনা চেত্রেং মৈরা মেক্রুক থান্নুনা কংচগনি অহুগা য়াইফ থৌজান নিজগনি। মসিমক্তি ভাইবং-পানবগী মপু ওইরিবা ওইরিবী লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী মফমদা মপূগী খুৎশেম নাওরাবু মালেম তাইবংদা ফাওরকপদা থৌজানবীনবা তৌবা থৌরমনি, মৈহু মুৎপা য়াদে।

৪। মশা মউ ফবী মুপী অমনা অঙাং উনগদৌরিবী মুপী অহুগা মাইওক্লনা ফমহুনা মাগী লেংজুমদা ওকশমদা মথূৎ অনিনা খূরক চন্দুনা কোলহনগনি। মরুওইনা নাওয়েক নাওশংদা অঙাং পোক্লবা হোৎনবদা খ্বায়দগী চাওবা থৌদাং লৌরিবীনি। মাগী থৌদাংসি অঙাং তাদ্রিক্কাওবনি। অসিগুম্বী মুপীসিবু মায়ওক্লবী

মাইবী কৌই। কন্নিগুম্বা মতমদা মুপানা মাইওক্পবীগী থবকশু তৌবা য়াওই।

৫। অঙাং পোকপদা হৈ:শিংলবী মুপী অমবু অঙাং পোক্পবা থৌদাং লৌই। মুপী অসিবু অমাইবী কৌই। মাইবী অসিনা অঙাং উনবা/পোকপগী মতম মওং ফিভম থংবী হকচাংগী মিহুল কাংলোল খঙবী ওইগদবনি। মাইবীগী পাওতাক মতুংইন্না অঙাং উনগদৌরিবী মুপীদু নিংথিনা শেম শারবা মালেমদা/লৈথক্তা থাবা ফমুং অমদা মুপী অদু নিংথিনা থূউ কুলহন্দুনা মায়ওক্পবীগা মায়ওক্পহন্দুনা লৈহনগনি। ঈশিং লুমহনগনি হায়বদ অশাবা ঈশিং মাংজোবনা থৌরাং তৌদুনা থমগনি। নিংথিনা শুদোক-চামথোক্পবা অমোনবা ফি শিজিন্নদুনা ঈশিং অশাবদু মুপীদুগী মীপোকথোঙদা য়ৈবিগনি। ঈশিং অশাবনা হীকায়ৈবা কৌই। অঙাং তাননবা নিংথিনা শেন্নবা ফি মথক্তা অঙাংনা তারবদা খোয়রীদু অপাবা রাকথৌনা লেনগনি। মতোন্দু লং অমনা কিশিনগনি। কোলহিং কাদবনা লেলনবা ওইনা রাকথৌ শিজিন্নবনি। অঙাংদু লুম্বু লুম্বু শারিবা ঈশিংনা শেংনা ঈরুজথোকপীরগা নিংথা ফিনা য়োমশিনবীদুনা লুমহল্লি।

অঙাং উনরবা মতুংদা তারক্লিবা নাওফমদু চফু অহনবা অমদা হাপচিল্লগা য়ুমগী অরাং অমসুং থাগী ঈচুম তাফমদা ফুমহনগনি। মুপা ওইরগনা য়ুমগী য়েংতা মুপী ওইরগনা ওইরোমদা ফুম্মৈ।

**নাওফম ফুম্বগী মফম ঃ**—য়ুমদুগী পীবা কা নিংভোল কা হায়দুনা য়ুমশারোম্না পীরিবা কাগী লোইরক/হুমদাং/কাঙ্কি অনিগী কারক্তা ফুমগনি। খূবোম অমুক্তি তৌরগা ফুম্মৈ।

## নাওকম্মা লৈরোল চন্দ্রিবৈ.

মীংখৈ পীবা/লাইমিং পীবা/ (নাম কাম্বা ঃ- নাওকম ফুমদ্রিবৈ-দা অঙাংতুগী মপানা নত্রগা য়ুম্বুতুগী নুপা অহল অমনা মীংখৈ পীবগী থবক তৌই। নৌনা পোকলকলিবা অঙাং অতুদা মানা মানা পামজরুবা নিংজরুবা লাইনিং লিচৎকী তৎনথানবা য়াদ্রবা লাইগী মমিংমথা লিতুনা তাহনবগী থৌরমতুনি।

অস্সুন্না অমাইবীনা নিংথিনা নিঙথানা লুম্না য়োমতুনা পলেমগী পীবুকন্নুংদগী তাইবং ফাওরকুবা নারাতু অরা য়াতাহন্দুনা পোৎথাহন্দুনা তুমথুন তালহন্দুনা থমগ্রে। পলেম ওইবী মমাস্নু অরা পোৎথারবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা চারা চিন্দমহল্লগা য়াতাহললি। নরা মানা মীৎকপ থোক পলেমগী ঈরিদা ইহাপলম্বা লেপথ্রবদা হুংঙা হুংঙা হায়না খোনজেল থোকলকলে পলেমগী খোম্লাংদি কোরো হুম্নি ফাওবা লাক্কবনিনা নরা চিন্দমহন্নবা খোমইনবী অমা হায়তুনা থম্মী।

**খোমইনবী :**—অঙাং উনরীবী নুপীতুগী মহৌশা লাইরেম্বীনা পীবা অনৌবা খোম্লাংদি অঙাং পোকপা নুমিত্তগী হুমনি শুবদা লাকপ-না মরম ওইতুনা মমাংগী নুমিৎসিংদদি নৌনা পোকলিবা অঙাংগী খোম পিকথক্লবগীদমক খোমইনবী অমবু থৌদাং লৌহল্লি। হায়রিবী খোম-ইনবী অসি য়ুমলোন কৈরোন্নবী নৌনা অঙাং চেল্লবি নুপী অমনা

ওইহল্লি। মুপী অতুগী খোম্লাংনা নাৱাতু অৱাম খৌৱাংবা কোকতল্লি। তাইবং চিঙ্গাক চাবা অমুক্তা হৈজক্রিবা অঙাংতুনা খোম্লাংতু হৱাওনা থকচৈ। নোংমগী অতুম মৱিৱক খোম ইনবগী থবক খোম ইনৱীনা পাংথোকই। হৌজিক্তি হেম্ন ৱাংবা ৱাখনলোন্দা থিভিৱুপা খোম-ইনবগী মতুক্তা অতৈ অতোপ্পা উপাই কয়া শিজিন্নবা চৎনৱে।

## ইপান থাবা

(১) **অযুক্কী থৌৱম:**— অঙাং উনৱবা মতুং নুমিৎ ৬নি সুবা নুমিত্তা ইপান থাবা কায়বা থৌৱম অমা থাইনদগী পুথাংকোক পাথাংকোক্তগী অতুম্মক চৎথৱকই। ৬নি শুবা নুমিৎকী অযুক্তা মাইবীনা নৌনা পোকল্লিবা অঙাংতুগীদমক্তা য়াং-কোক অমদা হৈবী মনা য়েন্দেম অমসুং অতৈ মনামশিং কয়াগী শিংজু সুৱগা থুম মোৱোক ঙাৱিনচিংবা তোৎলগা লা-লাতোন অমদা হাপতুনা মৈনিং কুম্ফম মনাক্তা ৱাইৱম তৈথোকুনা থম্লগা অঙাং অতুনা তাইবংদা ফাওৱকপগী ৱাৱি লিতুনা অমদি ঈপান থাৱিবসিগী মৱমনচিংবা শৈথাতুনা শোনগনি। অসিগী মতুংদা পোৎলমশিং য়াংকোকথক্তা হাপতুনা ইংখোল ৱাংমদা লাসেৎ ৭ অমসুং ৯ থাতুনা শিংজুসিংতু থাগসি অমদি কংকনি। অসুম তৌৱিঙৈ মতুংদা মুমগী ইচুম তাফম ময়াদা মাংগোলদা ফৌদাং হায়না খঙনবা ফৌ থুম্মোক অচোনবা অমা ঙাৱি পৱেং অচুম্বা মীতৈ থুম কাগুপ অমা শিং মনাও অমা হাপ্লগা থমই। অমাইবীনা ঙসাইগী শিংজু মথেলতু

মপাল্লাংদা পুথোকত্রিঙৈদা চরা চখোম তরুক চিল্লমনহনগনি। চখোম খুদিংমক কোরৌ মালেম ইপু ইবেন ইপা ইমা নিংন-চখোমনি। মাইবীনা শিংজু ময়ান্দু মপালদা কৎলবা মতুংদা য়াংকোকতু পায়তুনা ইমুংদা হনজিল্লকনি। মাইবীনা য়ুমতুগী মপু-মবেন মপা মমা ওইরিবা-ওইরিবীশিংদা নগু নচা লৌগেরা য়াকোক লৌগেরা হায়না হংগনি ময়ামতুনা ইগু ইচা লৌজগে হায়না খুমগনি। মাইবীনা লৌজরো-লৌজরো হায়গনি। অস্নুম্না অয়ুক্কী থৌরম লোইশিল্লে। অমাইবীগী নহালমখৈ রাবিরকপা অতুগী অরামন ওইনা ঙমজবা শেল কৎচবা চংনৈ। ফৌদাংতুস্নু মাইবীদা কৎথোকপা চংনৈ। করি করিগুম্বদা মাইবীগীদমক লৈজবা চেং মনামশিং খরা লাংজয়গা অথেনপোং শেম্লগা পীনবস্নু য়াওই। মসিমক্তি ইকাইখুম্নবা উৎপা অমদি অরামল কৎচবনি।

**নুমিদাংগী থৌরমঃ**—নুমিদাংদা ইমুংদা মৈনিং কুমলিবা মফম তুগী মনাক্তা নিংথিনা লমতু তৈথোক শেংদোকলগা ফম্বাল অমস্নুং ইসা ইফু লাংপগী থৌরম, ইমা লৈমরেল শিদবী ইরাং থৌনিবগী থৌরম পাংথোকই। নুমিৎসিমক্তদা নুপী মপামদগী ইরাং ইশোনগী চংগদবা পোৎলমশিং অঙাংগী ফম্মুং মোমপাক কাংখল শেংন ইন্নরা ফিরোল লিক কোল লৈতেং অমদি মৈনিং কুমলিবী মমানা চানবা থুম ঙানচিংবা ( মীতৈ ঙমু ) অতৈ কবোক হৈনোক ক্বা-হৈ পুতুনা পোৎয়েংবা হায়রতুনা অঙাংগী ময়ুমদা লাকপা চংনৈ। নুমিৎ অসিদা কৈরোই লৈকায়গী মীশিং পাওজেল্লতুনা মপুদা অঙাংগী পুন্সি নুংশাংনবা

অফ-নুংঙাই ওইনবা মপুদা থৌনিবদা শরুক য়াবিবা চৎনৈ, ময়ামদা অচা-অথক থাংজবা লাৎচবা চৎনৈ ।

নুমিৎ অসিদা মীতৈ হিন্দু লাইনিং লৌবশিংনসু মখোয়গী লাইনিংগা চুশিন্নবা যষ্ঠি পুজা হায়না মিংথোন্দুনা নুমিদাংদা পাং-থোকই । নুমিৎ অসিদা দেবীবু খুরুমজতুনা অঙাংগী মঙ্গল নিজৈ। হিন্দু লাইনিং চৎচরবসু মীতৈশিংনা অয়ুক্কী থৌরমতুদি থানবা লৈতনা পাংথোকই ।

## করিগীদমক্তা ৬ নিদা ঈপান থাবগী থৌরম :—

মীতৈগী চৎনলোনদা থৌরম পুম্বনা ইমাগী খোঙকাপ মতুং ইন্না পাঙথোকপা ঙাক্তিনি। নহালনোং পলেম ইমাগী ঈগী খোকাপ্প নিংনা থৌরমনি। ইমাগী চাখুমথোকপা নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা তেংপানবা শিদবনা শিদয়াই মরু অতুবু পম্ভৌ ইপাগী খুৎথাংদা শমথরক্তুনা সননা মহিরেন ঙৌবরেন ফুহিংগি মশক লৌবিরী ইমাগী নাওপিফমদা থাখিবা অতুগী মতুংদা নাওফমমনুংদা হায়বদি চফু অহিংবা মনুংদা শিজিনখিবা অতুগী মতুংদা নাও-রানা মচি ফুইনা মথং মথং চাওখৎলতুনা নাও-রা মীতমলকখিবা অতুবু নিংশিংনা মঙানি ঈরু শাদেংলগা ৬ নিদা ঈ-মপাল থাখিবনি হায়বতুগী রাংউলোন্দা ৬নিদা ঈপান থাবগী থৌরম পাংথোক্লিবনি। অয়ুক্কী থৌরমদা মনামশিং কয়ানা শিংজু ওইনা চারা চিন্দম তমলম্বদি নহালমখৈ পলেমগী পীবুকনুংদা ঈ চাতুনা হিংলম্বতু তাইবংপান্দা ফাওরকপদগীদি তাইবং চিঙ্গাক তমলবনি হায়বা তাকপনি থৌরম অসিমক অরাংবা রাংউরোলগী য়ুম্বফমদা পাংথোক্কপনি ।

**পোকপগী য়ুমশেংবা :—** অঙাং পোকপা মতুং মুমিৎ তরানি তরদা য়ুমশেংবগী থৌরম পাংথোকই। মুমিৎ অসিদদি নহালমথৈ অঙাং পোকলিবী মুপি অহুনা শিজিন্নদুনা ফিরোল হিপনঃগ্না মফম পুন্নমক শেংদোকপা শুদোক চাগথোকপা, শিন্দোকপা অসিনচিংবা পুন্নমক তৌবিগনি। মসিগী মমাংদস্থু মচেৎ-মচেৎ ওইনা শুদোক-চাম-থোকপা তৌরবদি নত্তে। মুপী অহুস্থু অঙাং অহুস্থু তক্ক তক্কনা ঈশিং অকন্থনা শেংনা ঈরুজথোকনি। চেংহি সম্বাল লাংবনচিংবা তৌহুনা মকোক-মরু, মশম-মনা শেঙনা লুথোকনি। অহুম ওইনমক অঙাংহুদি য়ুমশেংবগী থৌরম পাংথোকত্রিকা ওবদি ইমুংদা লৈহনবা চৎনৈ। অমাইবা অমনা মাংগোল ময়াই ইচুম থাকম মনাকতা ইরাংফু ঈশিং থনকোক তৌবা কোন অমদি লৈশু মৈরা মেক্রুক রাওনা মুমিৎ কৌবা লাইদা কৎতুনা থৌনিজগনি। সনা-রুপা মচুম তাহনগনি। ইরাংফুদগী ঈশিংনা তাইরেল পুংফাইনা লোংনা পায়হুনা ঈশেং নাহায়রোল শোন্দুনা মমা অমদি অঙাংহুবু চাই-থোকপিগনি। মুমিৎ কৌবা লাইদা খুরুমজগনি।

হিন্দু লাইনিং চৎথিনৈদগীদি তাইরেল পুংফাইগী মহুৎতা তুলসি মনানা শিনথিবনি। অদুগা মুমিৎ তরানিগী মহুৎতা মুমিৎ তরানিথোইনিদা য়ুম শেংবগী থৌরম পাংথোকপা চৎনৈ।

মুমিৎ অসিদা অঙাংহুগী মশম-মনা ১দি খুজিল-খুয়া নিং-থিজনা ককপা চৎনৈ। অদুগা মুমিৎসিদা ককলিবা শম ১দি খুজিল অহু মফম চানা নিংথিনা লৈপাক মমুংদা ফুমজিল্লি। মরম অসিমক্তি তাইবংপানবা মী ওইনা পোকলবদি তাইবংপানবগী হৌনবিহু খঙহনবত্তনি।

**করিগী মুমিং ১০নি/১২ নিদা য়ুমশেংবা ঃ—**পলেম ইমাগী পিবুক্মুংদা নাওবা মানা থাবুম ১০ হেক ফারকপদা মালেমদা লৈতাইরকপা তাইবং ফাওরকপা অহুদগীদি মমা ওইবি য়ুমগী মশক ওইরম্বা হকচাংহু তয়াং-তয়াংলে. শেংলে, অথাবা কোকলে, অহু নোংদগী পলেম ওইবীগী নাওপু-নাওপোকপু নিংশিংজবা ওইনা ইমাগীদগী লৌহুনা ১০ নি ফারগা য়ুমশেংবা চৎনৈ। ইমাবু নিংশিংজবা থৌরমনি।

অহুবু কনাগুম্বশিংনা মুমিং ১২ নিদা য়ুম শেংবা চৎনৈ। মসিমক্তি পনথৌদা পুবা থা ২ হু হাপলগা মুমিং ১২ নিদা য়ুমশেংবা চৎনবগী রাকমনি। অউবা উদবা পুল্লগা শেম্বা চৎনবীহুনি, মসিমক্তি মীতৈনা হিন্দু লাইনিং চৎথিভৈদগী থর চেৎশিন্না চংনথিবা থৌরমনি।

**নাহুৎ-নারেংগী থৌরম ঃ—**অঙাংগী নাহুৎ-নারেংগী থবকসি ইপান থাবা মুমিংতা নত্রগা য়ুমশেংবা মুমিংমক্তুদা পাংথোকপা য়াই। হায়রিবা মুমিংসি নত্তবা অতোপ্পা অথবা মুমিংতা ইরাৎ থৌরমগা লোয়ননা পাংথোকপস্থু চৎনৈ। মসিনা তাকপদি নাহুৎপগী অকক্নবা মতম অমথকতমক লৈতে।

**লাইমিং লৌবা ঃ—**মীতৈ খুন্নাইদা লাইমিং লৌবগী থৌরমসি অঙাং পোকপা মুমিংতা মিংথৈ পীবা অহুনা অরেপ্পা ওই। মুমিংসিদা পীরিবা মিংথৈ অসিনা খ্বাইদগী মমল য়াম্নই।

অহুম ওইনমক ওসি-ওসিমক চৎনরিবদি চহি ১৩ দগী ১৫ কাওবা শুরকপা মতমদা মপুগী মিংথৈ শক শোল্লগা মীয়ামদা

লিজ-লিথক তৌজন্নবা মীয়াম থকনা লাইমিং লৌবগী থৌরম তৌবা অসিনি ।

মীতৈনা হিন্দু ধর্ম লৌখিদৈদগী হরি সংকৃত্তন লোন্দুনা (শঙ্কুনা) অগ্য তৌদুনা লাইমিং লৌবগী মওং চৎনরকখি। তুমিং অসিদা নাম লৌবগী থৌরমদা উরিক লুপুন থাংখিবগী থৌরমগা লোয়নদুনা হরি নাম তাহনবা চৎনরে। নুমিৎলিনগী গৌরাঙ্গ তাবকী মতুংইন্না চৎনবা তাকলিবা চৎনৈ। তুপী মচাশিংসু তুমিং অসিগুম্বা অমদা লাইমিং লৌবিবা চৎনৈ। মরু ওইবা তুমিংতি চহি অমগী মতুংদা ফাইরেনগী মওানি পানবা তুমিংতা ওইনা পানৈ। বামন অমবু পুম্নিং নত্রগা স্বামজী ওইহন্দুনা মথোন্দগী লাইমিং লৌবা চৎনৈ ।

মীতৈ লাইনিং লোয়শিংগীদমক্তদি মথকী অসি তৌদবা চৎনরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মীপী চৎনলোন মতৌ তমদুনা মীতৈ সনামহি লাইনিংলোয়শিংসু মথকী অদুম্না লাইমিং লৌবা চৎথনবা উরে। তশেংনমক মীতৈপীদমক্তদি মপু নত্রগা মপা নত্রগা ময়াম্বা অমদগী লাইমিং লৌবা চৎনরি। কন-কনাগুম্বনা সাগৈগী খ্বাইদগী অহল ওইবা অমদগী লাইমিং লৌবসু চৎনৈ।

তশেংবদি মী অমগী তাইবংগী অপোক অমদদি লাইমিং লৌবা অসি পোকপা তুমিং অসিনা খ্বাইদগী মরু ওই। কন্নি-গুম্বা লাইনিং লিচৎ অমা হোংবা মতমদসি অমুক হন্না লাইমিং লৌদুনা হায়রীবু থাদোকলে হায়বগীদমক্তা অনৌবা লাইমিং লৌবা অমনি ।

**লাইমিং লৌবা অমসুং লমচৎ শাজৎ :**—অমবু ওইরে অমবু ওইরে লাইমিং লৌবা অসিনা মীতুদা চৎনলোন অমগী সাকু-দি পীহল্লি। মপা মমা, মপু-মবেন অমসুং গুজা গুরুদা চৎক-দবা থকসি থাসিরোল থরমথৈদি লাইমিং ফংলিবা মীতুদা ইথিল পীহল্লি। চাবা পকপদা অকনবা চৎনপথাপ থরগী মথাদা চৎনহন্নুনা মীতুতদা মগুনা খুন্নাইদা অহোংবা থরদি পীহল্লি। মসি মরাংগী মতমগী রানী। হৌজিক্তি মসিগী ওন্নতৈনবদা থোকহল্লে। লাইমিং লৌবগী রাসি কাওশিল্লকপগুম তৌরে।

বামনদগী লাইমিং লৌবা তোক্লখিবসি খুন্নাইগী শক্তম হোং-লকপদগীনি। ভল্লিভৈগী রারম কয়া নিংশিংনরগা লাইমিং পীরিব-তুগী মওংদা কয়া পাম্নদবা ওইরকপদগী তোকখিবনি হায়নিংই। অমরোমদা ওসিগী মীরোলসিনা লাইরিক-লাইগুগী লমদা চংশিন্নর-কপনা অনৌবা রাথল্লোমদা হেন্না মরিকচুম্ব রাথল কয়া পুথোক্ল-রগা লাইমিং লৌবা তোক্লখিবা ওইরম্রম্ব য়াই। ফজববু পামদবা কনাসু য়াওরোই। অতুনদি লাইমিং লৌবা তোক্লখিবসি লাইমিং লৌবগী থৌরম পরেংদা মরিং মরাংবা বয়া রাওরম্বা য়াই হায়না থন্ননিংঙাই ওই।

**অওনবা মতমগী মীতৈশিংনা হিন্দুদা লাইমিং লৌবা :**—থন্না ভল্লিভৈদা মথোং কারকপী পাখঙ কৈশাবী ফংগংলবপা মতমদা বামন অমদা লাইমিং লৌবা চংমৈ। সুমিংসিমক্তা চুপা অতুদা হরি নাম পিবগা লোইননা উরিক লুগুন থাংবীগনি। চন্দন শ্রীবানা থিনবিগনি, শাপা থাবিগনি। দ্বাদস তিলকী মওং তম্বীগনি।

অসুম্না মুপী ওইবিশিংস্ু উরিক থাংবিগনি, চন্দন থিনবীগনি। অসি লোয়রবা মতুংদা লাইমিং ফংলিবা-ফংলিবী মুপা-মুপীতুগী গুরুতু বামনতুবু ওইহল্লে। গুরুগী নাম ফংজরবা ফংজবীশিংনা গুরু বামোন-তুগী খোঙজুম, থকপা, মকোক্তা হাপ্পা অমদি মমাই মমিৎতা তৈথোক নানথোকপা কয়া চংনৈ। মখোয়দগী চহিগী ওইবা শিদ্ধা কংলবা চংনৈ।

অতুমকপু হৌজিক্তি খোংজুম (চরন অমৃত) পিথকপগী চংনবিসি তোক্লরে। গুরুনস্ু য়ারে।

**১১ নি চরাহেনবা (একাদসী ব্রর্ত্ত):—** থৌরম অসিমক য়াম্না নুংশিনিংঙাই ওইবা অমনি, করি মরমদগী ১১ নি চরাহেনবা চংনরীবনো হায়বসিমক মীতৈগী কাংলোম্দা য়াম্না নৈননিংঙাই ওই। থাবুম তারা নাওপুরবা মতুংদা অঙাংনাওব্রানা পলেমগী পীবুকনুংদগী তাইবং ফাওরকই। ইমাগী খোঙকাপ অসিগী মতুংইন্না তরাদগী (১০) হেক হেল্লকপা ১১ নি শুবদা তাইবং ফাওরকলগা অঙাই তাইবংদা পংথতুনা নাওব্রানা তুমিন্না খোমলেন তুমথুন তান্দুনা লৈ-খিবা অতুবু নিংশিংজনবা থাবান ১১ নিদা চরা হেনবা চংনরম্বনি। মীতৈ ব্রাংউরোলগী লিখুন্নি। অহোয়নতুম নিলতুংদা পোক্লগা নিল-মাংদা চরা হেনবা, অতুগা নিলমাংদা পোক্লগনা নিলতুংদা চরা হেনবা চংনৈ। হিন্দু ধর্ম্ম লাকখ্রিভৈদগী বেদ পথাপকী মতুং ইন্না চংলিরা থাবান ১১ নিদা হায়রিবা চরাহেনবা অসি চংনবা হৌতুনা একাদসি ব্র্ত্ত হায়না কৌতুনা চরা হেনবা চংনখি। অহানবা থাখায়-

দতা নত্তনা অনিশুবা থাথায়দসু ১১ নি শুবদা হায়বদি থাবান ২৬ নি পানবদসু একাদসি ব্রর্ত্ত তৌবা চংনখি ।

**ইপোক নুমিৎ চরা হেনবা :**— ইপোক নুমিংতি চহি অমগী মন্নুংদা নোংমথক ওইবনি । পলেমগী পীবুকনুংদগী তাইবংদা ফাওরকখিবা নুমিৎতুবু ইপোক নুমিং কৌবনি । থাবান্দা য়ুমফম ওইবনি। থাবুম তরানিথোইনা মালেম খোঙচৎ থুংবনি। অমা (১) কৌববু ঈগী মপোক নুমিং কৌবনি । অমা (১) হায়বা নুমিৎসিদা পন্থৌগী ঈদা তাইবং মপুগী ইপুরোইগী ঈচু থাবা হৌখি, ঈরিক অচু পন্থৌদা থাখুম অনি চুপ্পা ঈতুংতুনা লৈরক্লগা থা অহুম শুবদা পলেমগী নাওপীফমদা থাখি। থাবুম তরা ফারগা পুম্ব থাবুম ১২ ফারগা মালেমগী খোংচৎ ফারতুনা তাইবংদা নাওরা ওইনা ফাওরকই । থা ১২ নি খুৎকোয় থুংলগা তাইবং ফাওখি অচুগা অমা হায়না অমুক চৈশিং থিবা হৌরনি । হৌখিবা অমচুদনি নাওরানা তাইবংদা ফাওরকলিবসি । মরম অসিনা নাওরানা তাইবং ফাওবা নুমিৎ থাবানচুবু নাওরাগী নহালনোং ঈপোকখিবা নুমিৎতুনি হায়না লৌবনি । অসিগুম্বা নুমিং-থাবান অচুবু চহি অমগী মন্নুংদা অমুকখক ওইবচুবু মীওইবনা থা খুদিংগী, অচুদগী অমুক হেন্না চয়োল খুদিংগী ঈপোক নুমিৎপু নিংশিংনরিবনি। নুমিং অসিবু চরা হেন্দুনা ঈপোক নুমিৎপু নুনা নিংশিংহনবা অমদি তাইবং শেম্বা মপুবু নিংজবা নুমিংনি ।

মীতৈ য়াংউয়োলদদি ১১ নি ( একাদসি ব্রত্ত ) চরা হেনবগ ঈপোক হুমিং চরা হেনবগা অমত্তনি। ১১ নি শুবনা ইমাদা পোকখিবা ঈ অচুনা তাইবং ওইচুনা তাইবং পানবদ ফাওরকপা অচুবু খঙনগনি। ঈপোক হুমিত্তু মক ১১ নিচুনি ইমাদগী পারগা চৎনবনি।

গৌরিয়া ধর্ম্মদা লুপচরবা মীতৈ অহল লমনশিংনা ঙসিদি ঈপোক হুমিংপুদি ১১ নি পানবা থাবানদনা হেন্না লুম্না লৌনরে। ঈপোক হুমিং ( থাবানদা ) লাইনিং পরৈ চেৎনা নহালনোং পলেম ইমানা পোকখিবা অচু নিংশিংজচুনা য়া ঙাংদনা তুমিন্না চাদ-থক্তনা তাইবং মপুবু নিংজরবদি শিদয়াই নাদয়াই ফংগনি হায়বগী থাজবী লৈনৈ।

**সগোলসেন চরা হেনবা :**—পোকপা হুমিংপু ঙসিনি হায়না লৌরগা ঙসি, হয়েং হংচিং, মশেম, মরৌনচিংবা মথং মথং লাকইবা হুমিংশিংগী মন্নুংদগী মশেম কৌবা ( ঙসিদগী মরিনিশুবা হুমিং ) হুমিং অসিবু শেম্বী শাবিবা হুমিং সাকোন-শেন ( তাইবং শা হকচাংবু কোনবিবা শেনবীবা ) হায়না লৌচুনা শেম্বীবা মপুবু নিংজনবা সগোলসেন চরা হেনবা চৎনৈ। মীতৈ য়াংউয়োলগী মতুংইন্না মী থুদিংগী সগোলসেল মান্নদে।

য়াংঙয়োল অসিমক্তি পলেম ওইবীনা তাইবংদা ফাওরক্লবা হুমিংত (হুমনি) দা নত্রগা হুমনি শুরগা পলেমগী খোয়্লাং লাক্খি। অচুগুম্বা হুমনি শুরবগী খোয়্লাংচু লাকলবদি নাওহাচু মপোক লাংওন্দুগী শেম্বীবা হৌবনি লৌনৈ। মরম অসিনা মরিনিশুবা হায়বা মশেম কৌবা হুমিত্তা শেম্বী শাবিবা হুমিংনি হায়না থগনৈ।

# য়ুম্বাল—কৈবাল

মালেমদা মীওইবশিংনা মওং তানা থুন্দা লৈতানরকপা মতমদগী য়ুম্বাল কৈবালগী মওং তারকপগুম মীতৈ থুম্নাইদস্মু লুহোংকৈহোংবা নুপা। নুপী য়ুম পানবগী চৎনলোন মশাগী ওইবা তোপ তোম্না পথাপ পব্রিংদা চৎনরকই। মালেমগী অমদি ভারতকী মফম খরদা চৎনরিবা অহূদগী থোইদোক হেন্দোকপা লিংহিজবা মওংদা মচা-মমৌ থিবগী তৌদ্রবা য়াদ্রবা চৎনপথাপ অমা মীতৈ থুম্নাইদা লিংহুনা থম্বীরম্মী। মফম খরদা নুপানা নুপীদগী লুম্বা হেল্লবস্মু মীতৈ থুম্নাই- দদি নুপা। নুপীগী থাক মাম্নবগী চৎনলোনহুমক চৎনরকই। মসিমক থুম্নাইসিগী শক্তম তাক্লবগী থমথেংবা মচাক অমনি। মপুঙ মরৈ ফারবা নুপা। নুপীশিংনা মতৌ করম্না য়ুম্বানবগী তাংকক্তা চংশিল্লকপগে হায়বহ্ মচেৎ ওইবা খরদং লৌখৎল্লগা নৈনবা য়াই :—

১/ **নুপী হায়জ-চৎচবা :**—মীতৈ থুম্নাইদা মচা-নুপাগী মমৌ (নুপী) হায়জ-চৎচবা চৎনরকপসি য়াম্না ওল্লিঙৈগী মতমদগী তৌনরকই। পাথং লৈশাবী অনিহু মশা খঙনরবস্মু খঙনদ্রবস্মু মমৌ ওইগদৌরিবী নুপী লৈশাবীহুগী য়ুমদা নুপা। (পাথং) ময়ুমগী অহললমনসিং খরনা হায়জ-চৎচবা হায়বসি তৌনরকই। য়াম্না শিংথানিংঙাই ওইরিবদি খঙমবনু ওইরবস্মু, খঙনদবনু ওইরবস্মু নুপী হায়রম-

দাইদা ময়ুম পানহনগদৌরিবা মচা পাখং অহুবুদি হান্নলা খঙহনবগী চৎনবীসিনি। পাখং ওইরিবা মচাঙুপা অহুনসু মপা মমানা শিল্লিবা অহু ইকায়খুম্নবা অহুপা সুপী লৈশাবী অহুনসু মপা মমাবু ইকায়খুম্নলা চৎনবা অসিনি।

নুপা ময়ুমগী নুপা অহল ২/৩ না খোঙবু ওইহুনা নুপী ময়ুমদ মাংজোননা অয়াবা লৌনরগা মমৌ হায়জবা চৎনরকই। নুপী ময়ুম-গী অহল-লমননসু হৌন চৎনলোল ঙাক্না মাংশোক কমলেন/ফমমেন নাইনা কমিন্নহুনা মমৌ ওইগদৌরিবী চনুরা অমসুং নুপাচুগী শাগৈ, য়েকসলাই, মপোক থা, নুমিৎ থাবান্নচিংবা খঙদোকমিন্নহুনা পক্লাম্ননা য়েংমিন্নরগা নুপা ময়ুম্না নুপীগী অহল লমন্দা মচাগুপী চনুরা অহুবু মমৌ ওইজগে নুংশিবীয়ু হায়না খুরুমজহুনা হায়জে। মসিবুনি হায়জ-চৎচবা হায়না কৌনরিবসি। মতাংসিদা মৌ ওইগ-দৌরিবী চনুরাচুগী অয়াবা য়াদবা হংদোক হংজিল তৌনবসু চৎনৈ।

অসুম্না নুপী ময়ুমগী অহলশিংনা কুপ্না তান্নহুনা অয়া-য়াদগী ফিভম লেপ্পী। অয়া য়াদগী রাফম খঙদোকুবগীদমক নুপা ময়ুমগী অহল-লমনশিংনা নুপী ময়ুমগী অহল লমনশিংদা লাকচহুনা খুরুম-হুনা হায়জে। মসিসু হায়জ-চৎচবগী মনুংচনবা পরিং পথাপ অমনি হায়না লৌগনি।

২/ **রারোইপোৎ পুবা :**— হায়জ চৎচরবা মতুংদা হায়জরিবা রাফমহু মপুংফানা য়ানরে, অরোইবা রারেপ অমা ওইনরসি হায়না লেমহুনা খুদোংচাবা, নুমিৎ-থাবান অকবা অমা য়েংমিন্নহুনা কবোক হৈবোক, হৈ-ম্নানচিংবা খরা নুপা ময়ুম্না নুপী ময়ুমদা পুজহুনা

লৈকায়গী অহল-লমন য়াওনা রাতুপ্পবগী থৌরম পাঙথোক্তুনা পুরক্-লিবা অথুম-অহাওহ্নু চামিন্নৈ । মসিবু রারোইপোং পুবা হায়না খঙনরকই । থাইনা মমাংঙৈদগী হায়রিবা থৌবমসি অস্থুম কায়দনা চংনরকই । মোইরাংগী চংনবীদদি মসিবু হৈপুবা হায়নসু খঙনৈ । রারোইপোং পুবা নুমিত্তা নাকল অনিমক্তা হৈজিং খরাই পুবগী নুমিৎ লেপ্পমিন্নবস্যু চংনরকই ।

৩/ **হৈজিং খরাই পুবা/হৈজিংপোৎ পুবা :—** হৈজিং খরাই পুবগী চংনবীসি মীতৈ খুন্নাইদা ঙল্লিনৈগী মতমদগী চংনরকই । থৌরম অসিনা মীতৈ খুন্নাইনা মালেমদা তোপ তোপ্পা মগুণ অমা উৎচনবগী মচাক কয়ামরুম য়াওরি । ফিঙাইরুক কৌবা থুম্মোক মখল অমা শিজিন্নবসিনা থোইদোক্না লুহোং কৈহোংবগী থৌরমগা থাগোন্নবা থৌদোকসিংদা তৎ-থানবা য়াদবা ঈনাংকী মচাক ( কলচরেল এলেমেন্ট ) অমা ওইনা চংনরক্লি । অসিগা লোয়ননা হৈজিং খরাই হাপ্পবা পয়ানা শাবা পরম লনবা, মপান নাইবা খরাই মখল অসিস্নুনি ।

**ফিঙাইরুক :—** ফিঙাইরুক হায়বসি রাহৈ খরনা পুনসিল্লুনা শেম্বনি । ফি+ঙাই+লুক হায়বা অসিনা তাক্লিবদি ফিঙৌনা কুপ্পা ঙাই ওইনবা, মরীমতা ওইনবা মশক লেপ্লবা লুক (থুম্মোক) হায়ব-নি । মসি লুহোংবগী থৌরমদা ঙাই ওইনা লাক্লে খঙনবা ফিঙৌনা মখুম ওইনা কুপ্পা চেংলুক অহুবু ফিরুক ( ফি+লুক ) নুংশাং পুন্সি মতম শাংনা ঙাই ওইনসি তাকপা-ফিরুক নুংশাং লুক ( ঙসিদি যাত্রা হায়না খঙনরিবা ) অসিবুনি । অমরোমদা পজেং ফিরালনা

মাঙথাদ্না পুবগুম্বনি। হায়রিবা ফিঙাইরুক অসিগা শকুম মান্নবা মথুম পানবা লুকশিংবুনা ফিরুক হায়না খঙনরি। ফিঙাইরুকতি লুহোং কৈহোংবগী থৌরমতগা মরী লৈনৈ অমত্তুং শিজিন্নে।

**হৈজিংপোৎ ঃ**—হৈ+চিং+পোৎ হায়রিবা অসিদগী ওইরক-পনি। হৈ হায়বদি ইপাগী মশক ওইববু খঙনৈ, ইপা কৌবদি তেং-পানবা মপূবুনি। চিংবা হায়বদি মপুগী মশক মতিক মঙনবু চিংবা চিংথরকপা হায়বনি। অদুগুম্বা তাইবংপানবা ওইহনবিরিবা মপুগী মতিকময়ায়বু চিংখজনবা থৌনিজনবগী দমক খরাই (থা—লা—ই—থাদা—পারু—লৈইরিবা) থক্তা হৈরাং লৈরাং অথুম অহাও কয়া-মরুম হাপ্লগা মথেন ফানা শেম্বা পোৎপু হৈজিংপোৎ হায়না কৌব-নি। শম্না হায়রবদা মপা ওইরিবা অনিদুনা য়ানরিবা অদু মপূ মানা থঙনা য়ানরবনি হায়বা খঙনবা লাঙবা পোৎলমছুনি।

হৈজিংপোৎ অসিবু হৌজিক্কী মতমদা হায়জপোৎ হায়নশু কৌনবা য়াওনরে। মমৌ ওইগদৌরিবী চন্নুরা অদুগী মপা নতোন্দা হায়জবগী পোৎ লানজবা ওইনা চন্না থন্নরে। অদুম ওইনমক খরাইথক্তা হাপলিবা পোৎলমশিংদুদি হান্নদগী চৎনরকপা ফঙ্দুদি ফায়দনা হাপ্লি। হৈ মরম তরেৎ, লৈ মরম তরেৎ, লফোই চংথে ফ-পা অমত্তুং অতৈ কয়া য়াওনা শেম্মী।

**হৈজিংপোৎকী পোলমসিং :**—হৈজিং খরাইদা অথম্বা মনম নাইবা হৈজিং হাপকনি অদুগা ময়ামদগী মমাং থানা পুগনি। ফিরুক্কুদা অথুম-অহাও কবোক-হৈবোক হাপ্পী, অমৌ অপোৎকী অথেনপোৎনা লুকমায়দা হাপকনি, মুপীগী শেংন-ইন্নবা ফিরোল, লিক

কোল, অথম্নবা পোৎলমশিং শেংগা অমদা হাপ্পী ( শম্ন হায়রবদা হুপী অমনা শেং ইল্লগা মীমাংদা চৎপদা লেমগদবা পোৎলম য়াওবা ) লোইননা হুপী অমস্তুং হুপীত্থুগী লৈকায়গী শামান লেংমান্নবীশিং-গা চামিন থকমিন্নবা, মতমগা চুন্নবা/চানবা অথুম অহাওসিং কয়া য়াওনা পুগনি। অত্থুগা হৈজিংপোৎ পুবগী থৌরমসি নাকল অমি-মক্কী অহল-লমনশিংনা য়ানবগী মতুংইন্না অয়ুক নত্রগা হুংথিলদা পুনবা কয়াস্থু চৎনৈ।

**হৈজিং পোৎ/হৈজিংখরাই লান্নবা ঃ—** হৈজিংপোৎ/হৈজিং-খরাই লান্নবগী মওংসি থৌরমত্থুদা য়াওবিরিবা মীয়ামগী মমাংদা লুহোংগদৌরিবা হুপা হুপী অনিত্থুগী মপা নত্রগা মতোম অমিত্থু হৈজিংপোৎ লান্নগনি। হুপাগী মপা নত্রগা মতোম্না অবাং ওল্লগা অত্থুগা হুপীগী মপা/মতোম্না নোংপোক ওন্ন ফল্লগা হৈজিংপোৎতু মথুৎমক্তা লানগনি। মপুগী তুংনফম ওইরবা হৈগী মতিকপু হুপী মপা-না/মতোম্না মথুৎ অনিনা য়াই/য়াজবা ওইনা লৌনৈ। মতোম ওইবী-না হৈ মরু শিদববু য়ারে তাকপনি।

হৈজিংপোৎ পুবা হুমিৎসিদা হুপী ময়ুমদা মাগী মাগী পামজবা, চৎনজবা মতুংইন্না রারী লাইরিক তাবনচিংবস্থু তৌনৈ। অস্থুম্না চৎথর-বা মতুংদা পূরক্লিবা অতৈ অচা অথক, অথুম অহাও ময়ামত্থু থৌরম-ত্থুদা য়াওবিরিবা মীয়ামদা য়েন্থোক্তুনা হয়াও তয়াম্বা চামিন থকমিন্নে।

হৈজিংপোৎ পুবা হুমিৎসিদা হাংনা হারোইপোৎ পুবা হুমিত্তা লেপ্পথিবা লুহোংবগী হুমিৎ অত্থুবু মরা চেৎশিহল্লি।

লুহোংবগীদমক্তা খ্বাইদগী চেকশিন্না য়েংনরিবসি হুপা-না

অনিগী মপোক থা, পোকপা মুমিৎ, থাবানচিংবদা লুহোংবা তৌমদে। মসিবু মুপা মুপী অনিচুগী লুহোংবা য়াদবা থা হায়নমু থগৈনে।

**পীবা লৈলাংবা ( বর বাত্তন তৌবা ) :—** লুহোংগদৌবা নোংমা বাৎলিঙৈ মাংওইননা লুহোংগদৌরিবী মুপীচু মৌপ্পা অমনা ( মৌপ্পা লৈত্রগনা শাগৈগী মৌপ্পা থোকপা অমনা ) অহল অমগী লমজিং মথাদা পীবদা লৈলাংবা চৎকনি। থৌরমসি-দা চংগদবা পোৎলমদি লাকোয় লায়াৎ ( তাংগ ) অমদা কুন্দো পরেং অমা, অতোপ্পা লাকোয় অমদা মনা অমসুং ক্বা মপূম মপূম হাপকনি। পীবানা মাঙোলদা মমায় নোংপোক ওনমা কক অহনবা অমদা হৌনবী কৈজোম কুব্রিৎ অমদি লেংয়ানফি য়াওনা ফমগনি। লৈলাংবা লাক্লিবা অঙাংচুনা পীবাদা লৈপরেংচু হুকহনগনি লোয়ননা কাহুম্ব লানগনি। হেক লোয়বগা থুরুমহনগনি অচুগা লুহোংগদৌরিবা পীবনসু ওকপিবা চৎনৈ। অসিগুম্বা থৌরমসিবু পীবা লৈলাংবা ( বর বাত্তন তৌবা ) হায়না থগৈ। থৌরমসি মুংথিলগী মতমদনা মপূং ওইনা পাংথোকপা চৎনৈ। করিগুম্বা খুদকী ওইনা লুহোংবগুম্বা অমা থোক্লকপা তারবদি লুহোংগদৌরিবা মুমিৎতুগী অয়ুক্তা পাংথোকপসু তৌনৈ। অচুগা লৈলাংবা লাকলিবা অঙাং অমসুং অহল অনিচুদা পীবা ময়ুমগী অহল লমনসিংনা শেল কৎপসু চৎনৈ।

**পীরা লৈলাংবগী কান্নবা :—** লৈলাংবগী থৌরমসিমক য়াম্না অহকপা লৈই অমনি হায়না লৌনৈ। শম্না হায়রবদা লৈলাংবা অসিনা লেপ্পথিবা লুহোংবগী থৌরমতু মরা চেৎশিনহনবনি। থৌরমসি পাংথোক্লবদি মুপী ময়ুমদা করিগুম্বা মথলগী চয়ক চহিং নাইবা, অয়েং-অপন লৈত্রে হায়বা থঙনৈ। লুহোংবগী থৌরম শোইনি শোইরোই হায়বসি থৌরমসি পাংথোকপা পাংথোকতবগী মতুং-ইন্নাদু থঙনৈ।

**লুহোংবা করিনো? :—** লুহোংবা হায়বা বাহৈসিমক বাহৈ লু+হোংবা অনিনা পুনশিল্লগা শেম্বা বাহৈনি। লু হায়বদি কোক হায়বনি, হোংবা হায়বদি ওনবা ( চেঞ্জ ) হায়বনি। শাগৈ য়ুমনাৎ অমগী মুপী অদু অতোপ্পা শাগৈ য়ুমনাৎ অমদা হোংবা নত্রগা ওনবা হায়বনি। অতোপ্পা বাপু/বাহল্লোক অমদনা পাখঙ লৈশাবী ওইরম্বগী বাখল্লোন অদু থাদোকুনা য়ুমপানবগী/য়ুম লিংবগী অওনবা তাংকক্কা থোং থাংজিল্লকপবুসু থঙনবা য়াই। মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবদি লুহোংলবী/য়ুমপাল্লবী মুপীবু মৌ হায়না থঙনরিবসিমকতি মপূ পাল্লবী নৌরবী ওইরে হায়বনি। অদুগা মুপা অদুবুনা য়ুমলিংলবা মীনি হায়নসু থঙনবা হৌই।

**লুহোংবদা চংগদবা/পুগদবা পোৎলম :—** লুহোংবগী থৌরম অমদা মুপা ময়ুমনা মুপী ময়ুমদা লুহোংবা চৎপদা মথাগী মরুওইবা পোৎলমসিং অসি পুগনি।

১/ **খ্বাইদগী মাংথানা ফিরুকমুংশাং পুগনি** :— ফিরুক মচা ( মখুম য়াওদবা ) অমদা অফবা মখলগী চেং, মমায় তেমলপ তৌনা হপ্লগা লারোল অহুম্না কুপ্লগা ফি অঙৌবনা কুপ্তুনা শেম্বা পোৎতুবু খঙনৈ।

২/ **অপোকপা অশাৎপী ( অপোক-অশা )** :— ফিরুক অচৌবা ( মখুম পানবা ) অনিদা নিংথিনা শেমশারবা চেং, লফোই, চংথোকপা, হৈ-রা, লৈ মখল, মনাও তাবা পোৎ শিঙ, য়াইঙংগুম্ব কয়ামুক হাপ্তুনা শেম্ব। পোৎলমতুবুনি। মরু ওইনা অহানবা অমসুং অনিস্তুবা পোৎসিং অসি পুগদবী মুপীশিংতুদি য়েক/সলাই লৌদবা অতুগা মচা মরা তেকত কায়দবী মুপীনা পুবা চৎনৈ।

৩/ **মীতমঙা ফিরুক** :— ফিরুক অমদা নিংথিনা লা থাত্নুনা মীতৈ ঙমু মশা কনবা য়ামদ্রবদা অহুম নত্রগা মঙারোম য়াওনা ফিরুক মনুংদা হাপ্তুনা পুনৈ। মসিবুনি মীতমঙা ফিরুক হায়রি বসি। হায়রিবা ফিরুক অসি মমাংগীসিগী মথংদা চৎপা/পুবা তৌনৈ। পোৎ অসিসু পুবদা অথননবা মুপী অমনা পুহনৈ।

৪/ **অথেনপোৎ** :— লুকমায় অমদা অনৌ-অপেন কয়ামরুম হাপ্তুনা অথেনপোৎ পুবা চৎনৈ। হায়রিবা পোৎসিমক লাই-নিংথৌ সনামহিদা কংকদবা ওইবনা পুগদৌরিবা মুপীতু অথননবা ওইনা লৌনৈ।

৫/ **ফিঙাইরুকসিং** :—হায়রিবা পোৎসিং অসিদি চুম্নতগী অথুম অহাও পুবা/হাপ্পা লুকসিংনি। মথক্কী পোৎসিং অসিগী মতুংদা মথং মথং পুহনা চৎনৈ।

৬/ **থরাই পুণ্ডনা পোৎ** : — থরাই নত্রগা থু্মোক মচা নত্রগা লৈবাক্কী কাম্বীদা কবোক অথুম অহাও হাপ্লগা। নুপী মযুমগী অহল-সিংদা লুহোংবা লোয়সিল্লকপদা কৎননবা পোৎনি।

**ফিরুক নুংশাং থমফম অমসুং হাংবা** :— ফুঙ্গা লাইরু হায়না খঙনবা মীতৈগী ফুঙ্গা মৈহৌফমতুগী মনিং থংবা মফমদা লুক অসি থমদুনা থোনিবা চৎনৈ। হৌজিক্তি ফুঙ্গা নাইনদ্রবনিনা য়ুময়াই কা য়াংলেন মপা ফুঙ্গানা লৈফম থোকপা মফম অমদা থম্বা চৎনৈ। লুহোংবা নুমিৎ মঙানিশুদগী অয়ুক্তা নুপা মযুমগী নুপীশিংনা নুপী মযুমদা চৎতুনা ফিরুক হাংমিন্নদুনা নুংশাং খুদম চাংদম য়েংমিন্নৈ। ফিরুক মনুংদা য়াওরম য়াওরম্ব। জীবপানবা, মি, চেগপ্পী ককচেংগুম্বা কয়া থেংনরগা নৌনা য়ুম্বান্নরিবা অনিগী লৈমিন্নব। অমদি চাদা নাওদাগী খুদম ফাওবা খঙনবগী থাজবী অমসু লৈ। ঙসি ফাওবদা হায়রিবা থাজনবী অসি অসুম্মক কায়দনা লৈনরি।

**অপোকপা অশাৎপী ১সুং অথেনপোৎ মীতম ঙামুলুক থমফম** :—মীতৈগী চৎনবী নতুংইন্না মীতৈ লাইনিংলোয় অমদি মীতৈ হিন্দুশিংনা য়ুমগী মোইরাংলাইজি পাংবা কাচিন্দা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী লাংলিবা অতগী মাংলেন্দা থম্মী। মসিমক্তী লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিদা কৎচবনি।

**অপোকপা অমদি অশাৎপী (অশাবী) করিনো** :— ইপা লাইনিংথৌ সনামহি অমসুং ইমা লৈমরেনবীবু য়ুম অমগী ওইনা অপোকপা অমসুং অপোকপী ওইনা নিংজৈ। লাইনিংথৌ

সনামহি তাইবং শনথোকপিরিবা অপোকপনি অতুগা লাইরেম্বীনা অপোকপনা পীরিবতু মালেমথক্তা শাংহনবিবনি । অতুগীদমক্তা লাই-( পা-পী ) অনিদা পোৎলানজবনি অমদি কৎচ্চবনি । অপোকপা অপোকপীগী মপা কায়দনা থমহুনা কৎপনি ।

**লমলাই হৈকৎ লৈকৎপা** :— লুহোংবগী পুরক্লিবা অথুম অহাও হৈ·রাতুদগী লমলেন অতুব কোল্লিবা উমংলাই লাইনিংথৌ লাইরেম্বী, খুনশেন লৈশম্বা লৈশেম্বী অনিগী মফমদা থৌরম অতু য়াইফবা পীবিনবগীদমক্তা মীয়ামদা পীজ-পীথক তৌন্দ্রিহৈদা লা-লাতোন অমদা হাপ্তুনা কৎচ্চগনি । কনাগুম্বনা লম লাইগী পোৎ তোঙান্না শেম্লগা পুরক্লদি লুহোংবগী থৌরম লোইরগা কৎপম্সু তৌনৈ ।

অম্তুন্না মীতৈগী লাইনিং অমস্যুং মীতৈ হিন্দু লাইনিং কাংলুপনা লুহোংবদা খ্বাইদগী লুনা খল্লিবা লাইদি ইয়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অমস্যুং লমহুবু কোল্লিবা উমংলাই লাইনিংথৌ লাইরেম্বীবু শম্না লমলাই হায়না খঙনরিবা লাইসিংহুবুনি হায়বসি পাংথোকলিবা থবকসিং অসিনা তশেং তশেংনা খঙবা ঙম্মী ।

**অপোকপা অশাৎপী পোৎ কৎপা** : — নুপা মযুমগী মপা মমা সাগৈনা নুপী মযুমগী সাগৈ সনাইগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদ য়াইফ থৌজানবীনবা পোৎ অনিতু মথুম হাংদোক্তুনা নিংথিনা রাইরম তৈরবা লাইমাংদা থম্লগা মৈরা মেক্রুক কৎতুনা কৎচ্চবনি । অতু লোইরগা পোৎসিং অতু কাইথোক্তুনা সাগৈগী ইমুংসিংদা য়েনথোক্তুনা হৈমন-লৈমন খুনহল্লি ।

**লূহোংবা নুমিত্তা নুপী ময়ুমদগী নুপা ময়ুমগী অপোকপা অশাৎপীদা কৎলকপাঃ**— নুপী ময়ুমগী মী ওইরিবসিংনা নুপা মমা-মপা ময়ুমগী সলাই লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদা মমা-মপা সলাইগী লাইনিংথৌনা মচান্নুপী অতুবু য়ুমগী মৌ ওইনা লৈজবদা য়াইফ নুংঙাই পীবিনবা কৎচবা পোৎলমনি। ফিঙাইরুক অনিসি লুহোংবা থিনবা নুমিত্তা নুপী ময়ুমগী নুপী অনিনা পুজতুনা কৎনৈ।

**লুহোংগদৌরিবা পিবানা খোঙশাল্লমদাই**ঃ— অঙৌবা মচুগী মপান চেন্দবা ফৈজোম, অঙৌবা পুময়াৎ, অঙৌবা মচুগী কোকথোন ( কোকয়েং ) অমস্তুং অঙৌবা মচুগী মরাক তাইবা ইন্নফি ( লাঙরা ) নিংথিনা শেৎ-ইল্লবা পিবা অতুনা মমায় নোংপোক ওননা মাঙ্গোলদা ফক অমগী মথক্তা অঙৌবা ফি অমা থারগা ফমগনি। (ফমলেন ওইনা) মমাংদা ইরাৎফু লাংকনি। পিবা অতু পিবাশেন্নবা অমনা শেন্নগনি। নিংশা কাংলোন য়েংলগা পিবাতু খোঙশান্নবা থৌরাং তৌগনি। মতাং অসিদা পোৎ পুগদবী নুপীশিং মীতৈগী চংনবি মতুংইন্না ফিজেৎ লৈতেংবগা লোইননা পোৎশিংতু (ফিরুকশিংতু) মথং মনাও কায়দনা ফিরুক নুংশাংনা মাংলেন, মথংদা অপোক অশাগী মথং মথং কায়দনা পরেং পরেং পুতুনা থোকখিগনি। অথাপ্পদা হোংবা (লুহোংবা) ওইরবস্তু মরু ওইবা পোৎলমসিংদি তরু তরুবা মওংদা শেমশাতুনা পুবদি অস্তুম্মক চৎনরি।

**লুহোংবগী পিবা অনি থেংনবা**ঃ— করিগুম্বা নুমিৎতা লুহোংবগী চৎলিবা পিবা অনি মাইয়োক্নবা থেংনবা তারবদি অমনা অমবু ইকায় খুম্নবগী মওংদা ঙাইহাক লেপ্লগা অমনা অমদা পোৎ

অান্না চৎনৈ। কনাগুম্বনা কা লান্নবা হায়নস্তু কৌনবা য়াওনৈ।

**লুহোংবা নুংমত্তা নুপী ময়ুমদা তৌগদবা থৌরম:—**

১। **ঈশৈ নোংমাইগী থৌরম :—** নুপী ময়ুমদা নুমিৎসিং মক্তদা নিংথিনা শেম শারবা, লৈতেংলবা লুহোংকম য়ুমগী শুমাংদা (শোম্নপুংদা) লৈকায়গী, খুনগী অতৈ মরুপ মপাংগী কমকম মওং তানা শেম শাই। হৌনবী চৎনবী লাইনিংগী মতুংইন্না লাইনিংগা মরী লৈনবা মিংথৈ শক শোনবগী থৌরম তৌই। লেংবিরকপসিংদা হৈ লৈনচিংবা কয়া লানবস্তু তৌই।

২। **কুজপোৎ শেমশাবা :—** নুপী ময়ুম্না কুজপোৎ কৌবা অমা শেম শাবা চৎনৈ। করিগুম্বা মতমদা য়ানরবদি নুপা ময়ুমদগী শেম্নরকপস্তু য়াওনৈ।

**কুজপোৎ করিনো ?**— কুজপোৎ হায়বসি কুজবা= থৌজানবিবা, চানবিবগী পোৎনি। মসিদা লৈবাকী কাম্বী অপাকপা অমদা চেং, লফোই, অতৈ হৈরাং লৈরাং চোম্না থেলদুনা শেম্নবা নিংথিজরবা পোৎ অমনি। মীতৈ খুন্নাইদা হিন্দু লাইনিংনা খুদা অমা ফংজরবস্তু পোৎ অসিদি ওসি ফাওবদা তৎন-থানবা লৈত্তনা চংদবা য়াদ্রবা মথেল অমা ওইনা ইরোইনরক্নি। মপুগী থৌজান কুবিবগী মওংতুবু খঙনবা পোৎনি।

৩। **লুহোংগদৌরিবী নুপীগী ফিজেৎ লৈতেংবা :—** নুপী ময়ুমদা লুহোংগদৌরিবী চন্থ নিংঙোল ওতুবু লুহোংবগী তোপ তোপ্পা ফিজেৎ লৈতেংবিবা চৎনৈ। ওসি ওসিমক খঙনরিবা লুহোংবগী পোৎলোয় হায়বা অশেম্বা নিংথিনা লৈতেংলবা ফিজাল অসি মীতৈ খুন্নাইনা খরা থেংথরকপা মতমদা চাওরাক্না রাজর্ষি

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদগী চৎনরকপা ফিজোলনি। হায়রিবা পোৎলোয়সি মীতৈগী ওইনা নৌনা পুথোকপা অথন্নবা ফিজেৎনি। মওং অসিমক মীতৈগী লীরবা নুপীগী ফিজেৎ ফনেক-ময়েক নাইবগী মওং লৌরগা শেমখিবনি। পোৎলোয় ফিজেৎ লৈতেংই, কজেংলৈসু লৈতেংই। অদুম ওইনমক ঙসিদি পোৎলোয় শেৎপগী মতুংতা ইরমদম অসিগী শকতাক ফিজেৎ ওইরিবা সনা ফিগে লৌবা ফনেক ময়েক নাইবা শেৎ নমথাং ইন্নফি ইন, কজেংলৈ কোক্তা লৈতেংলগা লুহোংবা চৎনবা হৌরে।

৪। **লুহোংফাল :—** লুহোংগদৌরিবা পিবা অদুনা লুহোংলিবা মফম (শোন্নপুংদা) ফম্নবা ফুট ৩ শাংবা ২ পাকপা ১ য়োম বাংবা ফাল মথল অমনি। মথক্তা ফি অভৌবা অমা কুপকনি।

৫। **দোলাই :—** লুহোংলবী নুপীবু নুপা ময়ুমদা থিন্নবগীদমক দোলাই নুপী ময়ুমদা থৌরাং হৌনৈ। তৌবগীদি মথক্তা হায়খিবা পোৎলোয় অমসুং দোলাই অনিমক নুপা ময়ুমগী থৌরাং মথাদা নুপী ময়ুমদা লাংহনবনি।

অহোংবা নাইবা তাইবংমী ওইবনা ঙসিদি বনা বনাগুম্বনা নুপা ময়ুমগী বাফম য়াওদনা নুপী ময়ুম্না মরোমদোম হক পুন্নমক লৌজদুনা থৌরাং তৌনরক্লে। অসিদসু নত্তনা অথাপ অথাপ্পা মফমদগী নুপীবু লুহোংদুনা জৌনরকপমা দোলাইগী মতুংতা ইঞ্জিন পানবা গারী শিজিন্নরকলে।

**মৈরা ঙকপগী থৌরম :—** লুহোংগদৌরিবা পিবানা নুপী ময়ুমগী হোজং (থোঙ্গাল) মনুং চংশিল্লকপা মতমদা নুপী ময়ুমগী অরাংফম্না লুচিংজগা অহল-লমন য়াওনা মীওই ২/৩ না মৈরা

অহুম স্নোৎশবী মখোংগী মওংদা মৈ ওকপগী থৌরম তৌই। মসি মফম অহুমলক শুনা তৌগনি। মৈ ওকপদা কবোক অফাবা মেক্রুক অমস্তুং লৈনচিংবা নৈদা কংলি। থৌরম অসিবু ওসিদি মীরমলোন শিজিন্নহুনা দিহুতি ওকপা হায়না খঙনরে।

মৈ ওকপগী চৎনবিসি থাইনা মমাংদগী চৎনরক্লবা মীতৈ খুন্নাইগী নাং অমনি। মসিগী ময়েক লারবা খুদমদি মীতৈগী লাইহরাওবদা লাই কারকপদা মৈরা ওকপা চৎনরিবসিনি। মুপা নত্রগা মুপীনা অরাপ্পা লমতুদগী হল্লকপা মতমদফাওবা মৈরা ওকপগী থৌরম নিংশিংবা থোক্তবা মতমদগী অস্তুম্মক চৎনরকই।

মৈরা ওকপসিনা লাক্লিবা মীতু মশাদা ফত্ত হাওদি অনম-অহা তিনয়েৎ-লাইয়েং কোক্লগনি হায়বসিদা মপুং ফানা থাজবা থম্নবনি। পুম্নমকপু চাকথেকপা ওস্বা মৈগী মতিক ময়াইবু মীতৈনা অরিবা মতমদগী অরাংবা রাংউরোলদা থস্বীরম্বনি হায়না লৌনরি।

**ময়া ওকপাঃ** -- মৈরা ওকপগী থৌরমসি লোইরকপগা লোই-ননা পিবানা চংশিল্লকপা মতাংচানা মুপী মমা, মন্দোল য়াওনা মুপী ২/৩ না লাকোয়দা কা ( তাংঙ্গ ) লান্দুনা ময়া ওকপগী চৎনবি পাং-থোকই। অস্তুক্কী মতিক ফজপ্রবা মীতৈ খুন্নাইগী চৎনবিনি। মালেমগী মীফুরুপসিংগী মমাংদা লেমজনিংঙাইনি। নৌনা লুহোংগদৌরিবা পিবা অহুবু মুপীগী মমানা হরাও তয়াম্না ওকপগী থৌরমনি।

**পিবানা শোন্নপুঙদা খুরুমজবা :—** ময়া ওকপগী থৌরম লোইপ্রবদা পিবানা পিবাশেন্নবগী লমজিং মখাদা শোন্নপুঙগী চিংখৈ পাংবা মাইকৈদা ফাৎলিবা মরম অহু য়ৌনা চংশিল্লকলগা মালেম

থক্তা থুং লৈপকননা কোক নোনজহুনা শোন্নপুং খুরুমজগনি। অহুগা হন্দোরক্তুনা মফমদা ফমগনি। খোঙলোই ঙম্নমক অমস্তুং শেন্নবনা ঙাক শেন্দুনা ফমমিন্নগনি।

শোন্নপুঙ খুরুম্বসি মীতৈ খুন্নাইগী ইনাৎতা তোমথিন ওইবা মচাক অমদি। পিবাবু হরাও তয়াম্না ওকপা, পিবানস্থু শোন্নপুঙগী ময়াইদা ইরাং থোরম তৌজরিবা লাইহুবু অমদি লেংশিনবীরিবা অহল-লমন ইমা ইবেলনচিংবা পুন্নমকপু থকসি খাসিরোল উৎচবা অমদি নোনজবা; হৌনা চৎনবী থমজবগী খম থেংলবা থৌগল্লোল চৎনলোননি।

**পিবাগী ফমফম** :— লুহোংগদৌরিবা পিবাহু মতম পুন্নমক্তা শোন্নপুঙগী নোংপোক চিংখৈ নত্রগা অরাং চিংখৈ ওইবা মফমদা ফমগনি। ফমলবা মতুংদা হৌনবী মতুংইন্না পিবা অহু মাগী খোঙলোইসিং পিবা শেন্নবা পুন্নমক্তা শোন্নপুংগী অরাংফমনা লৈলাংবা ক্না-হৈ লানবা চৎনৈ।

**পিবা মমাগী ফমফম** :— পিবাগী মমা মন্দোল নুমিত্তুগী কুজপোং য়াজগদৌরিবা নুপীকাংবু অহু শোন্নপুঙগী নোংপোক্তা ফম্বা চৎনৈ।

**নুপাগী মপা মতোনসিংগী কমফম**: — লুহোংগদৌরিবা নুপা মপা মতোনসিং অহুগী ফমফমদি শোন্নপুঙগী অরাংচিংখৈদা ফম্বা চৎনৈ। অহুগা নুপা ময়ুমগী অতৈ অহল লমনসিংহুস্থু শোন্নপুঙগী অরাং অমস্তুং নোংপোক্তা ফমনৈ।

**নুপী ময়ুমগী অহল লমনসিংগী ফমফম** :— নুপী ময়ুমগী

ওইবা লৈকায়খুনগী অহল লমনসিংনা লুমিংতুদা শোন্নপুঙগী ফমলেল খা অমদি নোংচুপলোমদা ফম্বা চৎনৈ ।

ফমফম লাংবসিস্থু থোইদোক্লা মীতৈ খুন্নাইগী ইনাৎপু মালেমদা শক্তাক্লবগী মওং অমনি লুহোংবা লাকপা মীওই অমনা লুপা ময়ুম লুপী ময়ুমগী ওইনা লাকপত্থ ফমফমনা মশক শেংনা তাকহল্লি ।

**শোন্নপুঙ করিনো** :— শোন্নপুঙ হায়বসি মশক অমা লেপ-লম্লীবসি খ্বাইদগী রাংবা রাংউলোল অমনি । মসিমক্লা মীতৈ খুন্নাইবু থোইদোক্লা অরাংবা থাক্কী মীওইনি হায়না লৌনফম ওইবা মচাক অমনি । শোন্নপুঙ ( ঙসিদি মাগুব হায়নস্থু খঙনরিবা ) অসিগী মখোঙ ৯ লৈগনি । ময়াইদা য়ুংলিবা মখোঙ অত্থবু ময়ায় উরেপ ( ঙসিনা ঘাত্রা ) হায়না কৌনখ্রে । মপুগী তুংনফমনি । মরাক ময়ুং মান্ননা য়াংলবা লৈমায়গী শরুক অমগী কাচিন মরি কৌব্রু, মোইরাংলাইচি, মৈরম অমস্থুং চিংথৈ অত্থগা নোংপোক, নোংচুপ অরাং অমস্থুং খাদা ময়াই ময়াই তানা য়ুংবা উখোং পুন্না নিপাল য়াওগনি । মালেমবু অপাকপগুম লৌত্থনা মরু ওইবা মাইকৈ মরি চুথোক কাচিন মরি শুংদাই মরি কারল লাকফম ফাজিনফম য়াইরেন অমা মশক তাকলি । থক অমস্থুং খাদি লৈমাই অমস্থুং মথক কুপলিবা অত্থনা শক্লগা তেংপানবা অমগী মওং লাকপা শক্তমত্থ শোন্নপুঙনি ময়াই উরেপ্পা থক অমস্থুং খাবু লাকশিনহনবা শকওংনি মহৌশা খুংশেম অমগী শক্তম লাংবনি ।

লাইরমলেনগী ওইনা শৈথারবস্থু কোরৌ মালেম অনিনি সিদবা সিদবী লাংওল্লি, মথং লাংওল্লি, মথং লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিবুনি,

অনিমকী তুংনফমদি য়াইরেম্বা ওইবনি । নোংপোক লাইনিংথৌনি নোংচুপ লোইয়া চুপলী লৈফাবা লাইনিংথৌনি, অরাং লোয়া পাখঙবনি, খাদা রাংনা চাওবা রাংপুরেন্নি, অরাং কৌক্রু চুথেক লাংগোইবা লাইনিংথৌনি, মোইরাং লাইচি পাংবদি থংচিং কোয়লেল লাইনি মৈরম পাংবদি মালচিং ( মার্জিং ) মৈএং মৈহৌবা লাইনিংথৌনি, চিংখৈ পাংখৈ পাংবদি চিংখৈ পাথপ লাংকোয়বা লাইনিংথৌনি ।

কৌব লরুদৈ কৌরকলে থংচিংদা মথং লাকনা চিংলে কোয়না য়েল্লে, থংচিং কোয়লেল লাইদগী মারচিং ( মর্জিং ) না মাবু চিংলে চিংখৈনা চিংবত্থু খৈরে খঙহল্লে চুথেক মরিমকপু কোইনা চিংলে খুংকোয় থুংনা ফারে হায়লনি । হকচাং কাংলোনগী অথুপ্পা রারমনি অপাম্বা, নুংশিবা, মিহৌবা হায়বা মতিক ময়াইগা লোইননা কৌব মরু কোকলেন্দৈ কৌথরকপনে, মথং থংননা চিংথফমদা চিংথরে, চিংথরগা মালচিংনা মৈএং মৈহৌনরে, অত্থুই তুংদগী চিংথরকপত্থু খৈফমদা ( লোইফম, লেপফমদা ) লেপথরে মফম অত্থুদা সিদবা মরু লেংদনা তাথরে । থংচিংগা চিংখৈগা মপা লাকলে অরুবা রানে ।। মীশেমলোননি থওউ ।

**অচওথোও করিনো** :—কৌব মরুদগী সিদবা মপুনা পুরকপা সিদবা মরু অত্থুগী চিংথফম লম্বীত্থুনি মথং লৈনা চিংথবনা থংচিং কোয়লেল লাইনা চিংথবনে মাগী মফমদি শোন্নপুঙগী খা মোইরাং লাইচিদা লৈবনে, অরুবনে মাবু শোন্নপুঙগী মপু কৌএ ( হৌজিক্তা

মাওপ মপু ), চিংখৈদা থোঙলেন অমা লৈবদি চিংথখিবত্বু খৈখি ( লোইখি/লেপখি ) খঙনবা ফাৎপনে ।

**অরাংক্ষম করিনো :**— অরাংফমদি ইমোইন্নু লাইরেম্বীনে ইরাং হৌফমনে, ইমোইন্নুনা শোন্নপুঙ অমদা অহানবনে । মহাক্কা হৌদ্রবদি মপুগী মিংখৈ শকপা ঙমদেএ ।

**পুঙ করিনো :**— পুঙদি মালংদা লাইজনা চায়নবা মখোল থোক্কা থেংনববুনে । মনাওনা ইনিনগী অহৌবনে, ইনিনত্বু মালংদা উরু ঈরু লৈত্বুনা পুরগা থেংগাইনবনু মরু কৌবনে, মনাওনা কৌরগা মরুনা খুম্বনে তেংপানববুনে অত্বুগা নক্ত উবদনা তাইবংনে হকচাংনে, মরুনা লাইনিংথৌনে মনাওনা লাইরেম্বীনে ।

ঈশৈ শকপনা লাইনিংথৌনে ঈশৈ হনবনা লাইরেম্বীনে, লাই-নিংথৌ লাইরেম্বী পানানে । কোরৌ মালেম অনিবু খঙনবনে মত্বু খঙনবদি শেন য়ৈনা খঙবনে শেন য়েংনা কোরৌনে ওইথংবনা মালেমনে । অনিগী মরক্তা হাঙলিবত্বুনা মালেম থকনি, অনিগী মরক্তা ঈশিং নুংশিৎ চায়নবনে, ঈরাই ঈনিন থোকপনে ।

**পিবা লৈমা ফমক্ষম :**— অচংথোঙগী য়েৎওইননা খারোমদা মাইওন নোংপোক ওননা অঙৌবা ফিদা থাত্বুনা ফম্বাল থক্তা পিবানা ফমদেংগনি লুহোং খোংদোং তমদ্রিঙৈ চিংখৈ ওইরপ খা ওননা লৈমা মাবু ফমদেংহল্লি । পিবা অমদি লৈমা অনি খুৎ লোন্নহল্লগা নুপা নুপী অনিগী খুৎ য়েং লংহিংলংজা ৭ না তিল্লগা পুনবিগনি মসিবু লৈপূললি হায়নস্থু খঙনৈ । মতুংদা কুজ পোং থাঙ্গংকনি । মপুদা কুবি-নবা থৌনিজগনি । কুবিবা মীৎয়েং শাংথবীনি । ময়াম পুম্বনা য়াইফ

শেনকং থাদনৈ। কুজপোৎতু পিবা পোকপী পলেমদা ফিগাও শানা য়াহনহুনা লৌহল্লি। মপূগী থৌজান ফংজরে খননা লৌবনি।

**পিবাগী শক্তম করিনো :—** পিবানা কোৱৌহনবনি লৈমনা মালেমনি। মালেমনা কোৱৌহনববু য়েৎওইননা লৈহুনা লেংদবা কোৱৌগী মণ্ডাল ফংজরে নিংজগনি। নুমিৎ তরেৎনা চৈঙন ফাববু খঙহৌরসন্থু হায়বগীদমক তরেৎলক কোয়গনি। অসিগী মতুং লাকপদি কোৱৌ মালেম অনিগী থাদোক্লবা য়াদবা মরীবু খঙনবা লৈমনা পিবাগী ওই ওইননা ফমগনি। লাইনিংথৌ লাইরেম্বীনি খঙনগনি। লৈকোয় তরেৎলকশুবদা হুকখিবা লৈরাং পরেং অনিদগী পরেং অমা পিবাহুনা লৈমাহুদা হুকপিগনি। অঙৌবা লৈরাং পরেং অহুবু লৈমাদা হুকপদি কোৱৌগী মণ্ডালনা মালেমবু য়েল্লবনি নিংবনি। অহুগীক্তা লুহোংবগী লৈপরেং অহুবু তৎহৈদে হায়রিবনি।

**লুহোংকমগী থৌরাং :—** লুহোংগদৌরিবা নুপীহু মীতৈ খুন্নাইগী হৌনা চৎনবী মতুংইন্না ফিজেৎ লৈতেংবিগনি। ফিজেৎসিং অহু অরিবা মতমদগী অনৌবা হৌজিক্কী মতম ফাওবদা অহোংবা মঙং কয়া লাকখ্রে।

১। অঙনবা মতমদদি মীতৈ নুপীসিংসি শমগী লৈতেংদা শাই ককপা হায়বা অমা চৎনরম্মী। শাই ককপসি নুপী মচাসিংনা মহৌশা খোঙচং মপুঙ ফারক্লবা চাওরাক্লা চহি ১৩/১৪ শুরকপা মতমদা চৎনরকই। হায়রিবা অরিবা/অঙনবা মতমদদি ফনেক ময়েক নাইবা সনাফিগে মচু শেংপা, অশংবা মচুগী রেসম ফুরিৎ লিংপা অমস্তুং অঙৌবা মচুগী মোইরাং ফি নমথাং খুৎহৎ ইনবা

চৎনরম্মী। মায়দা কোয়না তাৱিবা শাইথক্তা কজেংলৈ হাপ্পা চৎনৈ। খরা থেংথরগা মীতৈ খুন্নাইদা চপচানা অহোংবা অমা লাক্লুনা পোৎলোয় ফিজেৎ লৈজেংবা চৎনরকখি অদুগা ইল্লিবা ফিছুদি তুংলোমদতা কোক্তগী কুপথবা মওংদা লৈতেংলে, ফুরিৎ অমসুং কজেংলৈ লৈতেংবদি হান্নগীগুম কায়দনা চৎনরকখি।

২। অনৌবা মতমদদি মীতৈ নুপীশিংনা শম শাই ককপগী চৎনবীতু মাংখিতুনা পোৎলোয় ফিজেৎ, ফুরিৎঅশংবা (রেসমগী) লিংপা অদু লেংদমা লৈরগা কোক্তা কজেংলৈগী মচুত্তা গুলাপ পাইবী হায়বা কোক্কী লৈতেং মখল অমা ওইনা শিজিন্নবা চৎনরে।

হৌজিক হৌজিকমক্কী ওইনা অনৌবা ফিজেৎ থরম্নু অহোংবা মওংদা লাকপা থেংনরে। হান্নগী ফনেক ময়েক নাইবা, ফি লমথাং খুৎহৎ নাইবা ইনবা, খ্বাংদা খ্বাংনম নম্বা কোক্তা কজেংলৈ উপ্পা ফুরিংতি হান্নগী রেসম মচু অশংবা লিংপা চৎনরক্লি। শম শাই ককপগী চৎনবীতুদি অতুমমক মাংখ্রে। লাকখিগদ্রা লাক্লরোইদ্রা খুন্নাইগী য়াওনলি কাননসু হায়বা ঙম্মদ্রে।

লুহোংগদৌরিবী নুপীবু ফিজেৎ লৈতেংবা লোইরা মতুংদা ইমুংগী ময়াই ওইবা মফম অমদা (মমাংদৈ মীতৈ য়ুমশা লৈরিদৈদদি চাখুম কাদা) মোন্দুংথক্তা/মোরাগুম্বা অমদা মাইওন নোংপোক ওল্লহুনা ফমহল্লি। হৌমধী মতুংইন্না ইরাৎফু অমা লাৎকনি।

শোন্নপুঙ (মাগুৰ) দা মানা মানা থাজবা, পামজবা মওংদা মীংথৈরোল শকপা চংনৈ। মতাং চানা লুহোংগাদৌরিবা পিবানা লুহোংফমদা চংলকলমদাইদা শোন্নপুঙদা উৎখিবা চৎনলোন

অহুগুম্না নুপী অহুম্দু নুপী শেনবা/শেনবী অমনা লমজিংহুনা পুথোকপিরক্নি। শোম্নপুঙ লালশিল্লনদাই অচংথোং মনাক্তা নুপীহুবু পোকচবা মপাবুং লৈত্রগম্না মাবু চাওনবা য়োকপীরকপা হক লৈবা মপা শরপা অমনা কৌত্রু লাইঙ্জি পাংবা উথোং মনাক্তা মাইওন নেংপোক ওন্না ফংহুনা মচানুপীবু য়াইকবা পীবিগদবগী ভাইরিবা অহুদা নুপীহুনা মমায় অরোং ওন্না থুরুমজগনি। অসিগী মতুংদা শোম্নপুঙ থুরুমজরগা শেন্নবগী মতেংনা পিবারেন্না কমলিবা অহুম্বী মনাক্তা মমায় থা মোইরাংলাইঙ্জি পাংলপ্লা মোন্দুম/মোরা অমদা কমহনগনি। লাইপক অহুমলক কংলগা ফম্বা চংনৈ। তাংকক অসিরাইদা নুপীহুগী মপা/মতোন অমনা অমাইবা নত্রগা ব্রাহ্মন অমগী মতেংনা শোন্নবা মরাক (নুপা নুপী) মমাংমক্তদা লাইশোলগা লোইনমা হেকং লৈকং তৌগনি। লাইশোলগী ঈশেং পিবানা কাংগল অহুন পীথক্নি। অহুম্না লুহোংগদোরিবী লৈমহুদম্মু পীথক্পিগনি। মসিমক্তি পিবা লৈমা অনিবুতিংশেংনরে লাইকোকনরে নিংনবনি। শেন্নবীরিবা শেন্নবীরিবী অনিগী মতেংনা নুপা অমম্মং নুপীগী মথুং য়েংকী খুবাক নুপানা মথা থংলগা (লোংনা) লোন্নগনি। নুপী ময়ুমলোমগী নুপী মনা/মচে/মন্দোল অমনা লংলানা খুং তানিহু পুনবিগনি। পুন্সিগী লৈপুন শেমলে তংন থানররোই হায়না নিংগনি (মসিবুনি দোরী পূনবা হায়নন্থু থঙনম্নি)। মতম অসিমক্তদা কুজপোং অহু লোন্নরিবা খুবাক মথক্তা থাংগৎপীগনি। মতম অহুদা লাইশোলনচিংবা শোন্দুনা পোংশিংহু লাইশোল ঈশেং চাইগনি অমদি শেদোক্নি মপা/মতোন

ইরাং থৌরম গৌজরিবনা কুজপোংতা হৈরাং লৈরাং কংকনি। মপুগী থৌজাল পীবিত্নুা কুখিরে হায়না নিংগনি। মতাং অসিদা মপা, মতোন, মমা, মন্দোল, মবুং, মৌপ্বা, মনাওনচিংবা কুজপোং মথক্তা শেল থাদত্নুা থৌজাল পীবিগনি। য়াইফশেল থাদবা অমদি কংপা লোইরবা মতুংদা কুজপোং অহু কুজয়ারাবী নুপীগী মমা/মান্দোলনা ফিগাও য়াজত্নুা পোং অহু য়াজগনি। নুপা নুপী অনিগী খুবাক-থক্কুগী কুজপোংতু পিবা শেন্নবনা পুত্নুা পিরুগনি। কুজপোং অসিমক খুদৈ/ফিডৌ অমনা য়োম্নগা নুমিৎ মঙানি ফাওবা কায়হন্দনা নুপা-নুপী অনিত্নুগী কাদা থম্বীগনি।

**লুহোংলিবৈদা মীতম ঙা থাবা** :—কুজপোং য়াবগী থৌরম হেক লোইবগা লৈকোয়বগী থৌরম চংথরকই। লৈ কোয়বা হৌগ্রবা মতমদা মীতৈ ঙমু অনিথক নুপী ময়ুমগী মীহুৎ অমা অমসুং নুপা ময়ুমগী মীহুৎ অনি পুন্না পুখ্রিদা চংমিন্নত্নুা ঙাত্নুবু ঈশিংদা থাবগী নুংশিরবা থৌরম অমা পাঙথোকই। নুপা ময়ুমগী নুপী অমা অত্নুগা নুপী ময়ুমগী নুপী অমা ঙামু অহু অমমম পাইত্নুা পুখ্রিদা মীতমঙা অনিহু চপ মান্নবা থাদোক্কনি। অসিদসু নত্তনা চেং অঙাংবা অঙৌবা থরসু মীতম ঙা থাদ্রিবৈদা পুখ্রিদা থাদৈ।

**মীতম ঙা থাবগী ৱাংউলোন**ঃ- ঙামু হায়বা ঙাসি মীতৈগী অরিবা মতমদগী লাইগী খুৎশেম অহানবনি হায়না থাজনৈ। অত্নুা ঙামুবু মীতমঙা থাবগীদমক্তা থল্লিবনি। ঙা অনিসি থারিবগী মরমদি লুহোংলিবা পিবা লৈমা অনিমক তাইবং ঈপাক্তা য়ুম্বান কৈবান

তমগদৌরিবা অতুগুম্বা ঙমু অনিতুস্তু লাইজ ঈরোন্নুংদা হরাও তয়াম্না চাদা নাওদা তমতুনা নুংঙাই য়াইফনা লৈয়ুকো অতুগা পিবা লৈমা অনিগী অফবা ওইহনবীয়ু হায়না থাবনি। মতাংসিদা অহল লমন, ইমা-ইবেলসিংনা খুদম চাংদম য়েংবগী মওং খরস্তু থেংনৈ। মীতমঙা অনিতু ঈশিংদা থাদোকপা মতমদা চপ মান্ননা চংখিবা, চংখিদবা অমনা হানবা, অমনা কোনবা তৌরবদি অনিতুগী মন্নুংদা অমনা খরা শোনতক অতুগা অমনা খিংখিং লাওবগী মওংদা লৌনবস্তু য়াওই।

**শোন্নপুঙদা মীংথৈ শকপগী মওং** :— নুংগোংবগী মতাং-দা শক শোন্নরিবা ঈশৈসি মখল অনি থেংনৈ। মপা মপুগী (মীতৈ লাইনিং চৎচবা' মীওইগীনা নুমিৎসিদা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীনা তাইবংপান ওইহনখিবগী মরমদা মীংথৈ শক শোল্লি। অতুগা মীতৈ হিন্দুশিংনা রাধা কৃষ্ণগী নাম শোল্লি। মসিমক্তি মীতৈশিংনা হিন্দু লাইনিং লৌখিঙৈদগী শোন্নবুঙদা রাধা কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা সংকুটন শকপা চংনবা তৌখি। সনামহি লাইনিংলোইসিংনা চৎনরিবসি চহি কুমসিং কয়াগুবদগীনো হায়বতুস্তু ঙসি ফাওবা খঙবা ঙমদ্রি। পুন্নমক মীওইবনা পুথোকপা ফজবা থৌরম ঙাক্তনি। থেঙবা ঙনবগী রাফম খন্নদ্রবস্তু য়াই।

**লৈকোয়বা লৈচাইবা** :— কুজপোৎকী থৌরম হেক লোয়বগা লৈকোয়বা, লৈচাইবা অমস্তুং লৈ হুকপগী থৌরম মথং মথং চৎথরকই।

মীতৈশিংনা হিন্দু লাইনিং লৌরনা মতুংদা লৈকোয়বগী মওংসি

ওই-ওইনা হায়বদি পিবাতুগী ওইরোমদগী মাঙলোমদা কোয়না য়েৎলোমদা কোয়তুনা চৎলি। খুৎকোয় থুংবা খুদিংগী লৈ-খুজোক অমমম পিবাগী কোকথক্তা মুপী অতুনা চাইথবা চৎনৈ। লৈ পীবগী থবকসি পিবা শেন্নবনা নত্রগা লৈমা শেন্নবীনা তৌবা চৎনৈ। অসুম্না খুৎকোয় তরুকলক কোয়তুনা লৈ চাইরবা মতুংদা অকোনবগী তরেংলক শুবা খুৎকোয়দদি লাকোয় (তাঙ্গ) অমদা কুন্দোগী লৈ পরেং অনি পুতুনা কোয়না চৎলগা পিবা মাঙদা চংলক্তুনা শেন্নবা শেন্নবীগী মতেংনা লৈপরেং অনিমক মুপী অদুনা খুৎ অনি ফন্দোক্তুনা পায়হল্লগা পিবাতুগী ওকশদা হুকপা চংনৈ। অসুন্না লৈহুকপা লোইরবদা মুপী অতু পিবাতুগী ওইথংবা ফালদা য়েৎথং ওইথং খম্ব্রাংনা ফমহল্লে। নিংথিনা ফিভম চানা ফমলবা মতুংদা পিবা শেন্নবগী মতেংনা পিবাতুনা লৈপরেং অমা মঙকশমদগী লৌথোক্লগা মখুৎ অনিমক্না মুপীতুদা হুকহল্লি।

লৈ কোয়বগী মতাংদা মীতৈ লাইনিংলোয়সিংগা খেন্নবা লৈবা উই। মীতৈ লাইনিংচৎপসিংগী লুহোংবদদি লৈ কোয়বগী খোংচং অসি মুপা/পিবা অতুগী ওইরোমদগী য়েৎলোমদা তুংলোমদগী কোয়জতুনা পিবাগী ওইথংবদা খুৎকোয় থুংজতুনা মাঙদা কুজপোং-কী মতুংদা লৈখিবা মাইওন্দুনা লেপচরগা লাইনিংথৌ খুরুমম্বগুম্না মাইওন চানা লেপ্লগা লৈ চাইবা অমস্তুং হুকপগী থবক তৌই।

অহানবগী লৈ কোয়বগী মওংদদি মপুঙ ফাবা খুৎকোয় ফাদ্রি-ভৈদা লৈচাইবা হুকপা উই। অতুগা অকোনবগী অসিদদি ফমফমদগী কোইখিবনা পিবাতুবু কোয়ভরগা হান্নগী ১ফমদা থ্ুংলগা হায়বদি

খুকোয় থংলগা লৈ চাইবা হুকপা উই । মরম অসিনা কোরৌ মালেম অনিগী খোঙচৎতা য়ুমফম থমজরগা লুহোংবা হায়বগী মগুন থমজবিবা মীতৈ সনামহি লাইনিংলোয়সিংগী কাংলোন্না হেন্না ময়েক শেংবা অমগুম উহল্লি ।

লৈ-হুকপা লোইরবা মতুংদদি পিবাতুগী কোকয়েং অমদি ফি মথক্কী লৈরাং লৈচাইনিং অতু পিবা শেন্নবনা নিংথিনা লৌথোক শেংদোকপীরগা নুপা নুপী অনিতুগী ফিজি ফিজি কিশিন্নরগা নুপীনা মাঙ থাতুনা নুপীগী ইমুংদা চংবগী চৎনবীসু লৈ ।

**লৈকোয়বা, লৈচাইবা, লৈহুক্কবগী রাং উরোল:** — মীতৈ-গী লুহোংবগী রাংউরোন্দি কোরৌ (Sun) মালেম (Earth) অনিগী নোংমগী অমদি চহিগী খোংচৎপু মশক তাকপনি । মালেম্না মশা-মক্কী পুংজৈদা লৈজতুনা লৈন-লৈনা নুমিংকী অকোয়বতুদা য়েংওইনা কোয়তুনা চৎপবু মশক তাকই । তরেংলক কোয়বতুনা চয়োল ( নুমিৎ তরেৎনি ) গী খোঙচৎপু তাকপনি । মালেমনা নুমিৎকী অকোয়বদা নোংমগী মতমদা মালেমগী মথক্তা নুমিৎকী মঙাল পীবি-তুনা মালেমদা হৈরাং লৈরাং ফুগাইনা শাৎপতুবু চাইথবগী মশক তাকলি । চয়োল ফাবা ৭ নি শুবদদি মালেমগী খোংচংকী চৈগুন মপুং ফারে তংলরোই তাক্নবা অনিগী মরীতু খঙনবা লৈরাং অনি হুকপনি । কোরৌ নুমিৎনসু মালেমদা তংঙবা মঙালগী মরী পীরবনি খঙনবা লৈরাং অমা নুপীতুদা হুকলিবনি । অনিমকতু কোরৌ মালেম অনিগী তংন-থানবা য়াত্রবা মরীগুম নুপা নুপী অনিতু তংনবা য়াত্রে হায়বা তাকপনি ।

**পীবা-নৈমা অনিনা ইমুংদা চংথিবদা পাংথোক্কপা থৌরমঃ—**

নুপী ময়ুমগী ইমুংদা পীবাহুনা চংবা মতমদা পীবা খোঙলোয় অমা অনি লোয়নগনি। নুপী অহুনা পোৎলোয় শেৎফম য়ুমগী য়ুময়াইদা নুপা নুপীহু ফমগনি। তৌবদদি নুপাহুদি মাগী খোঙলোয়গী খুউ অনিগী মথক্তা পমবদৌনা ফমবা চৎনৈ। ফিজি কিশিন্নবা থোকনি মতমহুদা নুপীহুনা নুপাহুদা ক্বা কবোক হৈবোক লালহনহুনা খুরুমহনগনি। অহুগা নুপাহুনস্তু নুপীহুদা লানবীগনি ( মসিবু কংশুবী লান্নবা হায়না খঙনরিব।) [ কংশুবী নত্রগা কবোক কংশুবী হায়রিবসি থোইদিং অমুবগা চুহিগা তোৎলগা শাবা কবোক অহুবুনি ]

**কংশুবী লানবগী মরমঃ**—লুহোংবা মপুং ফারে মীয়াম্না শকখঙলে নুপীহু নুপাহুগী তালোয় ওইরে. নুপাহুস্তু নুপীদুগী মপুরোইবা ওইরে হায়বনি অহুগীদমক্তা নুপা নুপীহুনা অথুম অহাও লান্নজবনি। তালোয় ওইজরে হায়জদুনা মপুরোইবদা ক্বা হৈ অথুম অহাও লানজহুনা খুরুমজবনি অহুগা নুপাহুনা মপুরোইবা অমগী মওংদা মাগী তালোয় ওইরবী নুপীহুদস্তু অহাও অথুম পীজবনি। ঙসিদগীদি মরা মতু ওইরে হায়না য়ানরে তাকপনি।

অস্নুম্না চৎথরবগী তুংদা লুহোংলবা পীবাহু মাগী খোঙলোয় শিংগা লোয়ননা ইমুংদগী মপানদা থোরক্কনি। অহুগা শোননপুংদা অরোইবা ওইনা নুপী ময়ুমগী সাগৈগী অহল লমনসিংদা খুরুমজ রম্নগা য়ুমগীমক্তা খোঙশাম্নবা থৌরাং তৌবা চৎনৈ।

**সলাই কবোক লানবাঃ** —নুপা নুপী অনিনা ইমুংদা কবোক লাননবগী থৌরম লোইরগা পীবানা মপানদা থোক্কপা মতমদা

নুপী ময়ুমগী সাগৈগী অহল লমন, মপা মতোলশিংনা পরেং লেংনা মায়ওন নোংপোক ওন্না ফমলিঙৈদা পীবাতুনা খরাই পুঙনাদা হাপ্পা অথুম অহাও কংচতুনা থুরুম্বা চৎনৈ। [তৌজিক্কি খরাই পুঙনাগী মহুৎ-তা লৈবাক্কী কান্বী শিজিন্নবস্থু য়াওনরে। মসিবু সলাই কবোক লান বা হায়না খঙনৈ। মতাং অসিদা শোন্নপুঙদা লেংশিল্লিবা লাইগী লাই-শোল থৌরম লোইশিনগনি। অস্তুম্না য়াম্না মওং তাবা থৌরম পরেং অমগী মখাদা মীতৈ খুন্নাইদা লুহোং থোংদোংবগী থৌরম পাংথোকই।

**অউনপোৎ থিনবাঃ**— লুহোংবগী থৌরম শোনপুঙদা অহানবা লোইশিল্লকপা মতমদা নুপী ময়ুম অমস্থং নুপা ময়ুমগী মীওইশিং পুন্না খুংশন্নতুনা নুপী ময়ুমগী মীওইশিংনা নুপা ময়ুমদা অউনপোৎ থিনবা চৎনৈ। অসিদস্থ নত্তনা নুপী ময়ুমগী মীওইনা ফম খাবগী চৎনবীসি তৌদবা য়াদবা মথৌনি। নুপী মমাগা পোকসিনবা মাম্মনা ফম থাবা চৎনৈ। পোৎশিংতুগী মনুংদা ফিরোল হাপলিবা উপুসিং অতুগী শোসিং নুপী ময়ুমগী মীওইনা পায়শিল্লগা মথং মঙানিঙবা নুমিৎতা নুপী ময়ুমনা শো হাংতুনা পোৎ শিঙবা চৎনৈ। অতুম ওইনমক লু-হোংবা নমিৎতুদা ফিরোল খরদি লৌথোক্তুনা মচানুপীতুগী শেৎ-ইন্নবগী থৌরাংস্থ তৌবিরম্বা চৎনৈ। থৌরম অসিমক য়াম্না তরু তরুবা থবক পাংথোকপগী থৌশিল অমনি। তৌজিক্কী মতমদদি অয়ুক্তা থিনবস্থ চৎনরে। মসিনা নুমিদাংগী থৌরমদা খরমথৈ কোমথোকতল্লি।

**নুপী থিনবগী থৌরমঃ**—লুহোংবগী থৌরম লোইশিল্লকপগা সাগৈ অমদা লুহোংগ্রবী নুপী অতু লুহোংবদা শেৎপা ফিজেৎ লৈতেংতুদা নুপী ময়ুমগী মপা মতোনচিংবা লৈকাইগী মমাম্নবীসিং

অমদি অহল লমনসিং য়াওনা মুপা ময়ুমদা থিনবা হায়বা চৎনবী অমা মীতৈ খুন্নাইদা চৎনরি। তোপ তোপ্পা অমদি মুমিংসিংগী মুপী থিনবগী থৌরমসিদা মুপী মমা অতুদি থিনবদা য়াওবা চৎনদে। মসিগী মরমদি পোকচবী মমানা মচা কায়না মৈচাক্পা মৈরি থোক্পা চাকলক্তুনা মচা ওইবী সাগৈগী মৌগীশিংদা চনথ্রবী মচানুপীদা মমা মচা ওইবগী কল্লবা লীপুন অতুনা মচা ওইবীমা য়ুমদা লৈহৌবা ঙমহৌরোই হায়বগীদমক্তা পলেম মমাবু থিনবা য়াওহনখিদবনি। মসি চৎনবী অমা ওইনা ঙসি ফাওবা অস্থুম লেপ্তুনা চৎথরি।

**মমৌ মৈরা ওকপাঃ**—মমৌ ওইগদৌরিবী লৈমা নুপী অতুনা মুপা ময়ুমগী য়ুময়া য়ৌরকপদা ঙসাই মুপী ময়ুমদা পীবা মৈরা ওকপগুম্না মৈরা ওকপগী থৌরম তৌই। মথং মথং মমৌ ওকপদা মুপা ময়ুমগী মলেম মনদোনবিনা নিংখিনা পাংথোক্তুনা ভয়াও ভয়াম্না ওকপগী থৌরমসি পাংথোকই।

**মমৌ ওকপাঃ**- মুপা ময়ুমগী ভুমাং/শোম্পুঙ য়ৌরকলবদা মুপাগী মমা-মনদোলনা মমৌ অতু ওই য়েং কোন্দুনা শোম্পুঙ পুবা লাই খুরুমহনবা, মথংদা ইচুম তাফম য়ৌরবদা ইচুম লাইরেম্বী খুরুমজবা, মঙ্গোল কাখৎলমদাইদা মাঙ্গোলগী নৈদা (দারীদা) লাইপক কৎলগা কাখৎহনবা, মথংদা থোংজিন য়ৌরকলগা থোঙ-ভারেল খুরুমজবা. ইমুং চৎলবা মতুংদা ময়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বী খুরুমজরগা মফম চাবা কা (মাগী য়াওংশঙ) ওইগদৌরিবা কান্দা পুশিনবিগনি। মুপীতুনা লুহোংবদা শেৎলকপা ফিজেং-নৈতেংশিংতু লৌথোকপীতুনা অনৌবা ফিরোল ফনেকনচিংবা হোংদোকহনবগী

থৌরাং তৌগনি। মাবু ( মুপী ) তুবু থিনবদা লোইনরকপী মশুং মমান্নবীশিংগা ঙাইহাক রারী রাত্তাই শামিন্নরবা . মতুংদা মুপা ময়ুমগী লৈজবা অথুম অহাও পুথোত্তুনা পিজরবা মপামগী ময়ামতুগা কায়নৈ। মশুং মমান্নবীশিং অমদি মমা মপা কায়নবগী নংঙাইত্তবনা মীৎলু পীরাং শিন্থদবা মুপী কনাবু য়াওরমদগে ?

**মুপী থিনবা হল্লকপাঃ**—লুহোংলবী মচানুপীদা মপা ওইবনা চৎলমদাইদা ( হল্লকঅমদাইদা ) অমুক্কা হন্না মমিত্তা পীরাং শিন্থনা মচাবু মুংঙাইয়াইফনা পুনসি মুংশাংনা লৈনবা অমদি মনেম মকু মরা মপুরোইবগী থৌগল কায়দনা লৈয়ু হায়না য়াইফ থৌজান রাহৈ হায়বগা লোইননা মকোকথক্তা নানবীরম্বা চৎনৈ। মতাং অসিদা মপা মচা অনিমক মীৎপু পীরাং শিন্তনবা ঙাকনি।

**মুপী থিনবদা মুপা ময়ুমনা মুপা ময়ুমদা অপোকপা অশাৎপী পোৎ কৎপাঃ**—

**লুহোংবা** থিনবদা নাৎকী ওইনা তৌদবা য়াদবা অমদি মুপী ময়ুমগী মমা মপানা মচামুপীগী অনৌবা য়ুম ওইগদৌরিবা মপুরোইবগী ময়ুমগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মফমদা অপোক অশাগী পোৎলমসিং ফিঙাইরুকতা হাপচরগা কৎচনবা পুরকই। মসিমক খ্বাইদগী থাক রাংবা চৎনবীগী রাংউরোল অমনি। ফিঙাইরুক্তু মথুম হাংদোক্তুনা মৈরা মেক্রুক কৎতুনা থৌনিজৈ। অপোক অশাগী পোৎলম খুদিংমক মুপা ময়ুমগী অহল লমনসিংনা লাইগী হৈমন লৈমন খুনবম্মু চৎনৈ।

**করিগীদমক হৈকৎ-লৈকৎপাঃ**—সাগৈ অমদা লুহোংব্রবী নহালমথৈ সাগৈ সলাই অমগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মীৎয়েং

মখাদা চাওজরকলবী চন্নুরা অতু লুহোংবা নুমিত্তুদগীদি নুপা ময়ুমগী সাগৈগী ফুরুপ্তা তিনখ্রগদবনিনা সাগৈ সলাইগী ইপা ইপু পোকপনা সাগৈতুগী ফুরুপ্তা শিংচনবীনবা অমদি নুংশি মীংয়েংদা লুনা চাননা তৌবিতুনা পুন্সি নুংশাংবা মপাল মহৈ য়ালহনবীয়ু হায়না নিংঙোল পোকপী মপা মমানা থৌনিজবনি অমদি হৈকৎ-লৈকং তমজরম্বনি। হায়রিবা অসিমক মপাম্বোংগী মীরমলেনবস্তু খম থেংনা ইকায়খুম্নরিবা থৌরম অমা ওইরিবনি। মীতৈ খুন্নাইগী সনামহি লাইনিং অমস্তুং মীতৈ হিন্দু লাইনিং চৎপা পামজবা খুদিংমক্লা ঙসি ফাওলদা কাওবা নাইদনা চৎথরিবা থৌরম অমনি।

**অউনপোৎ থিনবগী অরামন পীবগী চংনবীঃ**— লুহোংবগী নুপী থিনবদা অউনপোং পুবা য়াওবিরিবা মীওইনিং অতুনা ইকায়-খুম্নবা উংপা ওইনা নুপা ময়ুম্না লৈজবা হৈ-রা, কবোক-হৈবোক খাংজবা, অরামন শেল পিবা অমদি চামিন থকমিন্নবগী চংনবী অমনি। অসিদা নত্তনা থিনবদা য়াওবিরকপা, পাখং লৈশাবীশিং অতুগী চাকচা হৈজাননবা ঙমজবা শেল পীবা চংনৈ। করিগুম্বা দোলাইনা থিনবা তারবদি দোলাইরেংগী অরামন শেল কংচবা তৌনৈ। চহি অনি অত্তমসিদা অউপোং থিনবগী চংনবীসি হান্নগুম লুহোংবা লোইরগা থিন্নরম্বতু লুহোংবা নুমিংকী অয়ুক্তা হাননা থিন্নবা হৌদোল্লকলে।

**নুপী থিনবগী অনৌবা য়াওনঃ**— লুহোংলবা নুপীবু নুপা ময়ুমদা থিনবগী মওংসি দোলাই তোংহন্দুনা থিননরমই। দোলাইরেং থাহনা লুহোংলবী নুপীবু থিনবগী থবকসি অনকপা খরা নত্তনা হেন্না

খুংলোইবা মওংদা জীপ, কার শিজিন্নরকলে। মসিমক চাওখৎলকপগী মওংনি হায়বা তাই। দোলাইরেংগী অরামনস্থু হান্ননা পীবা নত্রগা লৌবা চৎনরে।

**চমন্নবা লুহোংবাঃ** মীতৈ খুন্নাইগী লুহোংলোন অসিগী মন্নুংদা চমন্নবা লুহোংবা হায়বা অমা লৈ। অচানবা চমন্নবা অসি য়েক লৌনবা য়াদে হায়না থিংবা লৈনা লৈনা লৌনবা, অনিস্থুবদা হাইনা শিংনরগা লুহোং কৈহোংবগী মতুত্তা মশা মশাদা খঙন চান্নরুরগা চেনবা হায়বসিদগী থোরকপনি। মতাংসিদা করন্না থোরকখিবনো হায়বগী মচাক অহুমথক লৈ (১) মীতৈ খুন্নাইগী য়েক সলাইগী লাইনিং মমি শামহন্দুনা হিন্দু লাইনিংগী গোত্র পথাপ লাকহনখিবদগী অমা (২) ব্রহ্মসভানা য়েক ওনবা য়াই হায়বা রাফম থোরকপদগী অমা (৩) ভারতকী লৈঙাকলোন্না পীরিবা রায়েল পথাপ্পু মফম চাদনা শিজিন্নরকপদগী অমা অসিনি।

মীওইবগী মান্নবা হক হায়বা ফজত্রবা মচাক অসিবু অরানবা চৎথরকপদা লান্না শিজিন্নবগী হৈনবী মীয়াম্না হৈনরকপা অসিমক লাইবক থিনিংঙাই ওই। "চেনবা" হায়বা অনৌবা য়ুমপানবগী চৎনলোন অসিমক হক মান্নবা হায়বসিবু লান্না শিজিন্নবগী মরম অমনি। মসিমক্না মীতৈ খুন্নাইগী "লুহোংবা" হায়বা পথাপ পরিংবু মশক থিহল্লি। নিংঙোল অমবু চেল্লুরবদি লৈঙাকলোনগী চৈরাক কুচুনা নমহুনা লুহোংদ্রবা য়াদ্রে। অহুবু "চেল্লুরবস্থু" অতৈ লুহোংবগী থৌরম পরেংদি কায়দনা চৎথবা তাবনা মীতৈ খুন্নাইগী মৌনবা মওং য়েক লৌবা হায়বদু ওইরম্নবা অমদি তুমন লৌবা ওইরম্নবা নত্রগা

খুন্নাইসিদা চংনরক্কু্‌বা বামোন নিংঙোল লৌন লৈনবা চংনরক্কুবা অমদি বামোননা মীতৈ নিংঙোন লৌন-লৈনবা চংনরক্কুবা অসিন· চিংবশিং অসিদা থোইদোক্না চময়বা থোকহল্লি। ব্রহ্মসভানা য়েক ওনথোকপা ঙম্বগী হক শিজিন্নরকপা অসিমক্তসু চময়বা অমনি। অসিগুম্বা মথলগী লুহোংবশিং অসিবু "চময়বা লুহোংবা" হায়না শিংথানৈ।

**চমমনবা লুহোংবনা থোকহল্লকপশিং :**— ঙসিমক মালেমগী য়াওন্দা তিল্লবা মীতৈ খুন্নাইদা থোকহল্লিবসিং মখাগী অসুম্ন চংনরকই (১) য়েক লৌনরগা য়ুমপাল্লবা নুপা নুপীদু খুন্নাইগী থৌরমশিংদা হায়বদি লাইতিনগী থবক্তা, লুহোংবগী মরু ওইনা পোৎলম শেমশাবা অমদি পুবদা, শাগৈ লাই, খুনগী লাইগী মরুওইবা থবক্তা শরুক য়াহন্দবা, (২) তুমন লৌরুবদা মথক্কী অসিগুম্না অথিংবা লৈবা, (৩) বামোন নিংঙোল লৌরুবদগী খুন্নাইদা ইকায়থুম্নবা মাংবা অমদি মথক্কী অসিগুম্না অথিংবা লৈবা অসিনি।

মীতৈ খুন্নাইগী চংনলোন্দা খ্বাইদগী চময়বা মচাক অমা ওইহল্লিবসি মীতৈ নিংঙোলনা বামোন্দা ঙংবা অসিনি। "চেনবা" হায়বা চংনবী অমনা ঙসিমক থোকহল্লিবা নুংঙাইতবা অমদি করি-গুম্বদা মীতৈ নিংঙোল অমনা বামোন নুপা অমদা য়ুমপাননবগী চেনথ্রবদি রায়েন চৈরাক্না পীবগী মতুংইন্না লুহোং খোংদোংবগী থৌরমদু মরিং মরাংনা পাংথোকথ্রবসু বামোনগী মৌ ওইথ্রবী মীতৈ নিংঙোল অদুগী মৌ অমা ওইবগী হকতু য়ুমদুদা ককথৎতুনা থম্মী। মখুং চাবিদে ইমুংগী মীশিংগা তিন্ন-তোংননা চানিন-থকমিন্নবা

য়াহন্দে। মচা মশু য়াওরবসু মচাশিংনা লাইমিং লৌথ্রবা মতুংদগীদি মচাহু ফাওবনা মমাগী খুং চাবা য়ানদে। মৌ অহুব ইমুংহুগী শিংলোয় অমগী হক পীদবা চংনরম্মী।

অসিদা নত্তনা মীতৈ পাখণ্ড অমনা বামোন নিংঙোল অমা চেল্লুরগা য়ুমপান কৈপান তম্বা তারবদি ৱায়েন চৈরাক্পা পীবা হকতু নাকোয়ননা থম্লগা লুহোং কৈহোংবা তারবসু মীতৈ খুন্নাইগী লুহোংবগী পথাপ পরিংহু নাথৈরগা লুহোংবা হায়বহুমক পাংথোকপা তারবসু বামোনগী ময়ুমদা লুহোংবা য়াহন্দে। নুপা ময়ুম্না শিল্লাংজরগা নুপী ময়ুম য়াওদনা "তঙাইফদনা লুহোংবা" হায়বহু পাংথোকপা চংনৈ। করি কহিগুম্বা মতমদা বামোনগী মীওই অমনা দান পীরবসু চংনৈ। অতৈদি পুংলেপ লেপ্পী।

মথক্তা খরদং পঙ্গরিবা চমম্লবা লুহোংবশিং অসিদি সাগৈগী অহল লমনশিংগী নুংশিনবহু মপুঙ ফানা কংবা ঙমদে।

বামোন্দা ওংখিদা মীতৈ নিংঙোলদা থমলিবা লংনবগী মওংহুনক্তি মীতৈদা ওংলিবা বামোন নিংঙোলহুদদি লৎনবা তৌদে।

মীতৈ খুন্নাইগী ফজবা মালেমগী ৱাখল্লোনদা য়াম্না থাগৎনিংঙাই ওইবা মওংদা লৈ। মীতৈনা কনাবসু লৎনদে খজিক্তং খৌরিবা হায়বর পাঙল নিংঙোলখক্তনি। য়াম্না নুংঙাইবা অমদি য়েকপু কয়াম্না লুনা খনবগে, লৌনরম্বগে হায়বদা য়েক লৌগদৌ শরুক চীংমী নিংঙোল লৌবনা হেন্না পাম্নরম্বা লৈ।

**লুহোংবা মতুংগী থৌরমশিং:**—লুহোংবা নোংঙাল্লগা নুপী ময়াম নুপীগী মমা য়াওনা নুপা ময়ুমদা চংপগী চংনবী লৈ।

মসিগী মরুওইবা মুংগী ওইবা রাখলদি লুহোংগ্রবী ,ময়ুম থাদোক্লম্লবী নিংডোল অদুগী অনৌবা য়াওন য়ুমদৈ কৈরৈ, মীনৌ মীতিন অদুগী পুক্লিং ফানবা চৎপগী মচাক্লি। লাকপীরিবশিং অদুগী অহাও-অথুম ঙমজবা খরদং শিললাংজদুনা পীজ পীথক তৌবা চংনৈ।

**ফিরুক নুংশাং হাংবাঃ**—লুহোংবা হুমনিশুবা নুমিত্তা নুপা ময়ুমগী নুপী ২/৩ মমা মন্দোল য়াওনা নুপী ময়ুমদা চৎতুনা নহাল লুহোংবা নুমিত্তা থনম্বা ফিরুক নুংশাংদু হাংবগী থৌরম চংনৈ। ফিরুক নুংশাংদা য়াওরম্বা ভিল-কাংগী খুদম চাংদম্না লুহোংলিবা নুপা নুপী অনিগী পুন্সি নুংশাংগনি নত্রগা নুংশাংলোই খঙনবগী থাজনবা অমা চংনৈ। নুংথিলদনা নুপী ময়ুমগী নুপী ৫ রোম চংতুনা উপু হাংবগী থৌরম অমসু তৌনরকই।

**তরুকনি চাক্কৌবাঃ**—লুহোংবা তরুকনি শুবা নুমিত্তা নুপী ময়ুম্না পিবা অমসুং লৈমাব্ চাক্কৌবা চৎনৈ। নুপা ময়ুমগী অহল লম্মন, মপুঙ ওইনা নুপাগী মপা মমা য়াওনা নুপাগী খোংবুশিং নুপীদুগী লৈকায়দুগী অমদি য়ুমগী লৈশাবীশিং য়াওনা চাক্কৌবা অসিদা শরুক য়ামিন্নবগী চৎনবী লৈ। অদুগা নুপী মপামগী মায়কৈগীসু লৈকায়গী অহল-সাগৈদুগী অহল-লম্মন মপা মতোন নুপা নুপীশিং হান্নবা সামান-লেংমান্নবী ওইরম্বী লৈশাবীশিং য়াওনা অপুনবা চাকলেন চামিন্নবগী থৌরম অমনি।

চাক চাদ্রিঙৈদা পিবা অদুনা অহল অমগী মতেংগা লোইননা নুপীদুগী মপু, মপা মতোন মবুংসিংদা খুরুম্বা চংনৈ। অসুম্না মীয়াম পুন্না চাকচা হৈজামিন্নরবা মতুংদা লাকপীরিবশিংদা কা-হৈ, রাখৈ-শেল খর খর কৎচদুনা চাক্কৌবগী থৌরমদু মপুং ফাহল্লি।

অস্থুম্না চাক-চামিন্নবা লোইরগা পিবা ময়ুমগী মপা মতোনশিংগা লৈমা ময়ুমগী মপা মতোনগা ঙাইশেল ওইনবা মশেল-মবাই ওইনবগী খুরুম-লৈপায়জরগা, পিবাহুনা মকুবোক খুরুমজরম্মগা ময়ুমদা হন্নখি সাগৈ হোংগ্রবী মচা নুপীবু নুংশিনা থিন্দোকপীবা চংনৈ

**নিংঙোল মপাম চৎপা ঃ**—লুহোংলবা মতুং থা অমা ফারক্লবগী মতুংদা লুহোংগ্রবী নুপীহু মনেম, মচনওইবীশিংগা লোইননা মপাম চৎপা হায়বা চংনবী অমা মিংথোন্না নুপীহুগী মপামদা ওমজবা ক্বা-হৈ অথুম অহাও পুজরগা চৎপা চংনৈ। মখোয়বু হরাও ওয়াম্না ওকচবা অনদি লৈজবা চাক য়েনশাং থোংহুনা চামিন থকমিন্নবা চংনৈ।

লুহোংবা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা চংথরিবা থৌরমশিং অসিদা মীতৈ খুন্নাইগী খম থেংনা চাওখংপগী মমি তাবগী খুদম উৎলি। য়াম্না শিংথানিংঙাই ওইবদি নুপা নুপী ওইবগী অমনা অমবু ইকায় খুম্নবা উংপগা লোইননা পিবা পোকপা নিংঙোল পোকপা মপা মমাগী মরক্তা চাংমান্নবা থাক থমিন্নবগী শক্তম মালেমদা উৎপা ওমহল্লি। শম্না হায়রবদা মীতৈ খুন্নাইদা নুপা নুপীগী খেন্নবা লৈহনদবা থকসি-খাসি ঙারুবা, ঙাইশেন ওইনবগী নুংশিনবা পুরক্লবগী নিংথিজবা থৌরম পরেং ঙাক্তনা পরেং লেংবা, থৌরম খুদিংমক্তা লিকলু ওইরগা অপুনবা লিকলু পরেং অমনি। থৌরমশিং অসিনা হিংবদা য়াম্না মরা চেৎপা নুংশিনবা পুরকপা খুন্নাই অমা পুরকপদা চাওরবা থোদাং লৌবা থৌরমশিংনি।

লুহোং-খোংদোংবা লোইশ্রবা ফাওবদা চৎথরক্লিবা থৌরমশিং অসিনা অমুক্কা হেন্না নুংশিনবা হেনগৎহনবগী মচাক অমা পীরি।

**করিগীদমক্তা তরুক্লিদা চাক্লৌবা ঃ**—পলেম ইমা নংবু নুংশিবী, ইমাগী ঈগী খোংকাপনা ওইখিবা তাইবংনি খঙনবা ইমাবু নিংবা থৌরমদা চাক্লৌবা অসিফাওবদা মঙানিগী মতুং তরুকনিশুবদা চাক্লৌবা থৌরম পাংথোকপনি।

**মীতম লাকপা ঃ**—নৌনা যুমলেপ তমজরক্লিবী সাগৈগী মৌনা ঙেৎপানবা শিদবগী থৌজালনা নৱা মীতমলক থাবু তরেৎ-শুবদা নিংঙোল পোকপী মমানা চক্‌-উয়ান নিংথাফি নাহোংফি থিল্লকপগী চৎনবী লৈ।

**করিগীদমক থা ৭ শুরগা থিল্লকপা ঃ**—হে থরায় মঙামক মি-গা থানা তরুকমক মিরেল মপুং ফারকপা থাবু তরেং পুঙফারবদা নৱা কায়াৎ কারল পুংফারে মীনু ওইবং ওইরেদো অসি রাবু খঙহন্নবা মমা ওইবীনা নৱা মানা তাইবং পোংলবদা পলেম ওইবীগী তরা লুকলেন চৌনবা নৱাগী নিংথা নাহোংফি থিল্লকপনে। অসিনসু লোইদেদো কোরৌ তরেংনিনা চৈওন ওইবা মতমনি। তরেংনিনা ওন্না-ওন্না কোরৌ থাশিং চহি য়াংলকলে, নুমিং মাবু নিংশিংনা মালেম খোংচৎ তুংইন্না পুন্সি মশক তাকপগী তরেং শুরকপদা পোৎলম মাবু থিলকপনি।

## "নোঙ্গাবগী থৌরম"
## ( শিবগী মশিল্লাং )

হৈয়ি হৈয়া হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ খুরুমজে। তাইবং পানবদা মপুনা পোকপীরিবা অরেংবা লেংবদা থরাই পানবা পুন্নমক্কী পুন্সিগী চৈকক মপুনা থাবিরম্মী। থরাই অথোইবা মীনু মপোক তমলবা তাইবং মীগীসু পুন্সি নুংশাং চৈচক তম্বীরম্মী। পোক্লবদি শিবা তাবনি। মল্লবা হকচাং থাদোক্লমলগা থরায় মঙানা মশা মশাদা হনখিবদা য়াইপিলেন শিদবদি শিদবা মশান্নুংদা ইনখিদো। মহাক্তি লেঙদবনী লৌথোকখিবদা ময়েং তাদবা হাপচিল্লকপদা হেনগৎক্তবা মপুগী ময়াইনি। মৈরী অমদগী মৈরী লিশিং চমখিবদা মৈরি ময়েং তাদবা অমুক মৈরি লিশিং মুৎপদা মৈরি মশক হেনগৎতবনি। শিবনু মীতৈনা অমম য়াইথোঙ কুম্বা কৌবদি অমনবা হকচাংবু হুনদোলমলগা থোংমান্ননা পুরম্বা য়াইবীনা কুম্বা হায়বদি শিজিন্নবা য়াদবা থৌদ্রবা হায়বনি। মীওইবনা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না পোকপা লুহোং-খোংদোংবনচিংবা। হিংলি ঙৈগী থৌরম পরেং লেংহুনা পাংথোকপগুম শিবগী মতাং লাকপদসু থৌরম পরেং লেংহুনা মথৌ মঙম পাংথোক্লরি। অসুম্না মালেমদা মীতৈ ফুরুপকীসু শিবগী থৌরম পরেং লেংহুনা থম্বীরম্মী। চিংউ মাইচৌশিংবু খোঙলেন লৈপায়জে।

**ফম্মাংদা লৈরিঙৈগী থৌরম :**— অরোইবা য়াহিপ তানখ্রগদৌরিবা অনাবহু নিংথিনা শেম-শারবা ফম্মাংগী ফমথক্তা হিপহনবিগনি। অশি-অনাগী মরমদা খঙ-হৈরবা অমদি শিবগী

থৌরমদা খঙহৈরবা অমাইবা অমনা ফমশেন্নতুনা নারিবা মীতুগী অরোইবা মতম তাকপগা লোইননা শিরবা মতুংদা পাংথোক্কদবা থৌরম পরেং তাকপা চংনৈ। ফমশেন্নতুনা অনাবতুগী লানবগী পথাপ পারিং তাকলিবা মীওইতুবু অমাইবা পুরেল হায়না খঙনৈ। মীতৈ হিন্দূশিংনা মহাকপু বৈত হায়না খঙনরি। অমাইবনা অনাবতু মিহুৎ কাংলোন য়েংতুনা অরোইবা ওইরে হায়তুনা পাওতাক পীবা চংনৈ। মতমতুদা মাগী মাগী লাইনিংদা শিবগী লম্বীদা মপুগী থৌদা পরিংগী লাইরিক তাবা ঈশৈ শকপা নচিংবা তৌনৈ।

**পুথোক্লমদাইদা অমাইবগী কাংলোন ঃ—** অনা লাইকন্নরগা শিবা মীওইগীদমক্তদি খোংদোলদগী মথং মথং নাইনা মিহুলশিং অতুনা ওইথংবা কময়াদা য়ৌশিল্লতুনা মিহুল পিক্লা চাংনাইদনা হুল্লবদি ঙাইহাক্কী মনুংদা খোইদৌ ভম্লকলগনি খঙবনা মাইবনা খাঙলেনফমগী শঙ থৌরাং তৌনবা অমদি লাইনিং লম্বী হৌনবা ইন্তল পীবা ঙম্মী। খোইদৌদা খারমগী ( মথাদগী ) মিহুলনা থুংলরবদা মহৌশাগী খোংচংতা কায়রকপদগী খোইদৌ ফুককৎলক্কনি। মতম অতুদা মাইবনা খোইদৌ মপাদা খুবাক্লা থৌগল তৌগনি। খোইদৌদি কংলাগী ময়োলনি। খোইদৌ মখা খুদোল অনি মথায়দা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা ফম্লালনি হায়না লৌনৈ। অরুবা লাইনি হায়তুনা লাইরূ কৌনৈ। য়ুমশারোলগী মনুং চল্লিবা ফুঙ্গা লাইরূগা পাংথকনি হায়না লৌনৈ। মপানগী থৌরাং লোইশিল্লকপগা লোইননা মাইবনা মাগী খুবাক থৌগল

তৌরম্বা থাদোক্কনা অসুম্না লাওরক্কনি লাইরুহনবনা খুংথারে কৌবা মরূপাংলসি। অসিগুম্না চংনবীসি মীতৈ লাইনিংলোয়শিংগী চংনবিনি।

মীতৈনা হিন্দু লাইনিং লৌখিদ্রৈদগী মাইবনা বৃন্দাবন প্রাপত (যাত্রা) ওইরে শ্রীধাম নবদ্বিপ যাত্রা ওইরসি হায়না মীয়ামদা লাওথোকপা চংনৈ।

**ইমুংদগী অশিবা পুথোক্লকপা :**—মাইবনা অশিবত্তুগী খোইদৌ মপাদা খুবাক খুদোলনা চুম্নতগী থকসিরোল উংতুনা থোগল তৌগনি। মতমদুদা শোন্নপুড (শুমাং) মমাং য়েংথংবদা (মৈরম) থাওলেনফম হায়না খওনরিবা মফমদা সমতু শোদোক্তুনা শঙ থনগনি। লা-লারাক অমা থাগনি (মকোক অরাং ওনগনি) অত্তুগা লফু মতুপ অমনা মোন ওইনা শেমগনি। শিরিবা মীত্তু মীওই ৩/৪ না কোন্দুনা মখোনো মাঙ থাত্তুনা শাংনা পুথোরক্কনি। মাংসোক নাকথাকাদা পুগনি (হান্নদি মাংসোকথংবা মাঙ্গোলগী উখোং কারক্তা) পুথোথাকপা চংনরম্মী। চুম তাফম লাল্লমদাইদা লং অহিংবা মতং অমা পরিং ওইনা ইচুম তাফম লান্না থাদরম্লগা অশিবা অত্তু খাওলেনফমগী শঙ তান্না পুরগা ওইওইননা অত্তুমলক কোয়রগা শঙ মনুংদা মকোক্তা অরাং ওল্লগা হিপহন্দুনা থম্বা চংনৈ। ইমুংদগী মপান্দা খাওলেনফম কাওবা পুরকপত্তু মওং চানা থমদ্রিবা কাওবা শঙ অত্তুগী অকোইবত্তু কি অঙৌবা অমনা কোইসিন্দূনা থমগনি। মীওই খরনা মপুগী মীংলেন শক শোনবম্মু তৌগনি।

**থাওলেনফমদগী পোৎলোইফম তান্না পুথোকপগী থৌরম :-**

## পোৎলোইফমদা পুথোকত্রিবৈঙেদা মথাগী থৌরম অসি পাংথোক্কনি ঃ –

১) অশিবা হকচাংডু ঈশিং অশাবনা ইরু মাইথবিগনি ।

২) ইরুজবা লোইরগা কোক মপা অরাংলোমদা কা তাঙ হৈরুক তাঙ লৈথা ভৌগনি । লাইশোন তিলশোল ভৌগনি । শিরিবা মীতুগীদমক্তা ভাইবং শেম্বা মপুদা রাইফনবা মাগী থরাই অতুনা মপুগী মফমদা নিংথিনা তিনখিনবা থৌনিজগনি । থৌরম অসিদি মীতৈ হিন্দুগীদমক্তদি বামোন অমনা পাংথোকল্লি । অতুগা মীতৈশিংগীনা অমাইবনা পাংথোক্কনি । খেন্নবা উরিবদি মীতৈনা ভাইরেন পুংকাইনা লাইজ ঈশেংতুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মীংখৈগা লোইননা পাংথোকই । বামোননা পাংথোকপনা তুলসি পত্রনা শেংদোকপা অতুগা লাইশোননা রাধা কৃষ্ণগী নামগা লোয়নবা অসিতনি ।

৩) শিরবা মীতুগী মশা চনগদবা কু (কায়) অমা উপাক্কা নিংথিনা চনগনি । কু অতু শঙগী মমাং থংবা শরুক্তা হকচাংগা চাননা থমলগা ফিজং মরুমদা শিরবা মীতুগী হকচাংডু নিংথিনা হাপকংকনি । মতুগী মতুংদা লৈ সুনচিংবা মপাচাননা হাপচিনগনি । অতুগা ফি অঙৌবনা নিংথিনা কুপশিনগনি । পায়া থৌরিনা কুহুবু মফম অতুম থোক্কা পুনশিনগনি ।

৪) হিন্দু ধর্ম্মগী মতুংইন্না ফিজেং ওনবা (বেস ওনবা লম্বোইবা) গী থৌরমদদি সন্যাস ধর্ম্মগী চংনবী অতুমক্কী পান্দমদা শিরবা মতমদা ফাওবদসু গেরুয়া মচুগী ফিনা মকোক্তা কুপ্পা-

ঝ্ুলি খাওনচিংবা য়াওনা মোন ময়াদা থম্বীবা চৎনৈ। লৈ মখল খরা য়াওনা শেল ময়েক অমা য়াওবা পোৎলমসিং খাও অমদা তুরুরগা হাপ্পা চৎনৈ। অসিগা লোইননা হরি নাম থাবা ফি জয়পুর অমনা কূ মথক্তা কোকলোমদা কুপ্পস্থ চৎনৈ।

৫ ) হিন্দূ ধর্ম্মদি চংলগা বেস ওনদবশিংগীদমক্তদি সন্যাসকী পোৎলমশিং অসি য়াওরোই। অতুগা হরি নাম থাবা ফিনা কুপ্পস্থ চৎনদে। বেস ওনদবশিংগীদমক্তদি নুমিৎতূদগী কীরা পুবা/থাংবা মচা মস্থশিং অমনা কীরা পুবা/থাংবগী থৌরম তৌগনি। বেস ওল্লবসিংগীদমক্তদি হিন্দু ধর্ম্মদা কীরা পুবা চংনদে।

৬ ) **মৈ চফু পুবা ঃ**— মীতৈ খুন্নাইগী (হিন্দু ধর্ম্ম চৎপসিংস্থ য়াওনা) চফু অমদা রাই হাপ্লগা ফুঙ্গাদগী মৈ হাপ্লগা মী অমনা চফু মওক্তা থৌরিনা পুল্লগা য়ানতুনা পুননবা থৌরাং তৌগনি।

৭ ) শিরিবা মীওইতুগী হক থোকপা নুপা মরিনা কু অতু পুনবা থৌরাং তৌতুনা লৈগনি।

৮ ) পোংলোইফমদা মালেম ইমাদা শেনকং তমজতুনা লমতু শেম্বগী চংনবী লৈ। হকচাং মপা ওইনা কোম পরেং তৌগনি। কোক মপাদা কোম অচৌবা অমা তৌগনি

৯ ) পোংলোইনবগীদমক শিঙ খাইতুনা নিংথিনা শেম শাগনি। শিঙখল ৭ খল্লগা শিঙ হাপ্তুনা কূ অতু থাঙ্গংপা য়ানবা নিংথিনা শেমগনি।

১০ ) পোৎলোইফমদা মালেমদা কৎনবা ক্বা হৈরুক শেম শাগনি।

১১ ) ঈশিং হাপ্পা য়াবা মৈকোয়-চক্ষু খরা চাওবা অমা লাংগনি।

১২ ) চাক মেত্তুবা লং অহিংবা কৌনবা লং লংচাক অমদা থৌরাং তৌগনি।

১৩ ) চুথেক মখিদা য়ুংনবা মতোল পুংবা রা মরি অমস্তুং ফিজং (খুদৈগুম্বা) অমনা শেম শাদুনা পোংলোইবগী ময়াই চানা খরা রাংখংনা খনগনি। মথক্তা পীজরিবা থৌরাংসিং অসি লোইশিল্লকপগা লোইননা খাঙলেনফমদগী পোংলোইফম তান্না অশিবা হাপ্লবা কু অমদি শঙনচিংবা পুননবা থৌরাং তৌগনি।

**অশিবা পুথোকপা :**— শিরব শিরবী অদুগী হক থোকপা নুপা মরিনা কু অদু লেংজুমদা থাঙ্গৎতুনা পুগনি। মতমতুদদি খোঙলোমনা মাঙ থাগনি অদুগা ওই ওইনা শঙ অদু অমুক্তং কোয়রমলগা পুবা চংনৈ। মতমতুদা হৌনবী পুঙ ঈশৈ শক শোন্দুনা পোংলোইফম তান্না পুরগনি। খ্বাইদগী মাঙ থানামৈ চক্ষু পুগনি, লোইননা লংহিং পায়রিবা মীওইগা চংমিন্নগনি। মথংদা পুঙ ঈশৈনা ইনগনি অদুগী তুংদা শিরবা মীদু পুরিবা নুপা মরিদু ইনগনি। অতৈ অতৈ শঙ পুরকপা ময়ামদু ইল্লগা নীয়াম মংগুম্বদা য়াওবিগদবশিংনা ইন্দুনা চংকনি।

**পোংলোইফম য়ৌবদা :**—পোংলোইফম য়ৌরবদা কু অদু পুরিবা মীশিংনা কুদু পুরগা পোংলোইশিঙ অদু অদুমলক ওই ওইননা কোয়রমলগা কু অদু শিঙ মথক্তা কোক্না অরাং থংনা হাপকংকনি। হৌনবী হৈকং/লকং তিনশোল লাইশোল পাংথোক্কনি।

**মৈচু চৈ শেম্বা** ঃ— শিঙনা মওং তানা শেম্বা শিঙ খরা মৈ থাদুনা চাকহনগনি। মসিনা মৈ চুননবা শিঙ ডাক্তনি। মচা মশু, মতু মচাশিংনা মৈ চুনবা শিঙনা মৈ চুবগী চংনবী লৈ।

**মৈ কোম্বা** ঃ— থৌরাং পুম্বা লোইরবা মতুংদা হক থোকপা মুপা অমনা মৈকোয় চফুদু ঈশিং থননা শোক্লগা লেংবন্দা থোংদুনা মাং থানা চংলগা অতৈ মৈ চু চৈ পায়রিবশিংনা পরেং লেংদুনা ওইওইননা শিঙ অদুগী ( পোংলোয়বগী শিঙ ) অকোয়বদা চংকনি। মতং মতং কাচিন কাচিন্দা লেংজমদগী ঈশিংদু হৈথবা চংনৈ। অদুগা খুং য়েংনা পায়রিবা মৈ চু মৈচাক্তুনা শিঙদুদা শোক শোক্তুনা কোয়গনি। অহুম্মলক মঙারক/তরেংলক কোয়রবা মতুংদা মংগুম্বশিং অদুনা শিঙদুদা মৈ থাবিগনি। চাক্লবা হোৎনবিগনি। মৈকোয় চফু পুরিবা অমদি অতৈ হকথোকপশিংনা মৈ থাররা অদুবু অরোইবা ওইনা খুরুমজগনি। অদুগী মতুংদা পুঙ ঈশৈ শকপা অমদি অমাইবদা খুরুমগনি। মৈকোয় চফ পায়রিবা মুপাদুনা অচাকপা মৈদু হুমায় হুমলমগনি। মসিগী মতুংদদি ময়াম্না হোংনহৌরগনি। মুপীশিংদি ইরুজরগা মঙ্গখিবা চংনৈ।

অম্মুন্না তৌরিডৈসিদা য়ুমদু নিংথিনা রাই-লম তৈথোক চামথোকপা মীওই অহুম মরিনা তৌহৌগনি।

**পোৎলোইশিনবা/পোৎলোইবা** ঃ— তাইবং হকচাংসিমক মরূওইবা পোৎশক্তি। পোৎসিবু মথৌ মঙমগা লোইননা মফম চানা থম খিববু পোৎলোইশিনবা নত্রগা পোৎলোইবা হায়না খঙনবনি। শিরবা মীওইদুগী মশাদু মীয়াম চংদুনা থারম্বগী চংনবী লৈ। হকচাং মৈ রায়বা লোইশিল্লকপা মতমদা ফিজংমথোং

মরিহু ফুক্কুনা মথক্তা খল্লিবা ফিজংহু মৈ মপাদা তাহন্দুনা থাদোকনৈ। মৈ থারিবা হকচাংহু তুম্নবা থারগা কোমহুদা পুম্নমক ফুমজিল্লগা মৈফমহু তরু তরুনা রাই তৈহুনা থনম্বস্থু চংনৈ। অরোইবা ওইনা মংফমহুদা হৈকং-লৈকং তমলম্লগা মঙ্গারক্কনি।

**পোৎলোইবগী মথলসিং :—** মালেমগী মীওইবা খুদিংমক অহাংবগী মন্নুংদা ময়াই মঙা হায়বদি ( অহাংবা, মালংবা, লাইজ, মৈত্রেং অমস্তুং মালেম ) হায়না লৈরিবসিগী শহুমদা হিংলক্লবনিনা শিরগা পোৎলোইবগী মথলসি মঙা চংনরম্বা য়াই। অহুবু অহাংবা অমস্তুং মালংদা পোৎলোইবা অনিসিবু অমত্তা ওইনা লৌনৈ। অনিসিগী পোৎলোইবগী মওংদি মীওইহু থৌরি য়ান্দুনা লঙ্কাং তুঙ্কাংদা মফম মরাং খঙদনা শিরবা হকচাংহু নুশিৎ নুংশাদা কংহুনা তুমহনখিববু খঙনবনি। লাইজদা পোৎলোইবা হায়বসিনা অচেনবা ঈশিংদা শিরবা হকচাংহু থাদহুনা মাংহনখিবা নত্রগা লোইশিনখিববু খঙনৈ। মৈত্রেংদা পোৎলোইবা হায়বসিদি শিরবা হকচাংহুবু মৈ থাহুনা লোইশিনখিবনি। মালেমদা পোৎলোইবা হায়বনা মী-ওইবগী হকচাংবু শিরবা তুংদা লৈন্নুংদা ফুমজিল্লগা পোৎলোইশিন-খিববু লৈরোন চনবা হায়না খঙনরিবসিনি। ঙসিদি পুম্নমক মতমগী মতুংইন্না অহোংবা কয়া লাকয়্রে।

**মংথোঙ থিংবা :—** মংফমদা হৈকং-লৈকং তৌহুনা তুংদা অশিবা থোক্তনবা শিন্নরম্ববু মংথোঙ থিংবা হায়বা চংনৈ।

**মঙ্গারকপগী মৈ ওকপাঃ—**অশিবগী পোৎলোইবা য়াওরুবা মীওই খুদিংমক ঈরুজরগা কারক্কনি। মঙ্গারকপশিংবু মৈ ওকপগী থৌরম অমস্থু চংনৈ।

**থোঙ্গাল মৈ কংপগী চৎনবী :**— মী শিরবদি লৈকায়গী মীশিংনা মাগী মাগী থোঙ্গাল মপাগী রাংমদা চরু/রাইনচিংবা মৈ থাহুনা মৈ কংপা চৎনৈ।

## নোঙ্গারোলগী থৌরম নৈনবা

**খাঙলেনফম করিনো :**— খাঙলেনফম হায়বা রাহৈসি খাঙ = অরাবা মাইয়োক্নবা, লেন = মতম ঙাইবা, ফম = মফম পুন্না হায়রবদি ঙাইহাক্কী ওইবা অরামৈশা খাংনবা মতম ঙাইনবা মফম হায়বনি। লৈখিদ্রবা অতুগী অরাবগী মশক ওইরবা অশিবা হকচাংনা পোৎলোইফম তান্না পুদ্রিঙৈ মরক্তা লেনফম ওইরিবা শুমাংগী মৈরম পাংবা নোংপোক থংবদা লৈরিবা লমগী শরুকপু খাঙলেনফম হায়না মিংগৌনৈ। ইমুংদগী পুথোরক্লিবা অশিবা হকচাংবু মফম অসিদা শঙ শাহুনা খাঙলম্লগা হৌনবী মথৌ মঙম পুম্বা পাংথোক্লবা মতুংদা মফম অসিদগী পোৎলোইফম তান্না পুবা চৎনৈ।

**করিগীদমক খাঙলেনফমদা শঙ খল্লিবা :**— তাইবং মীগী হকচাংসু মপু মাগী য়ুমনি। অতুগুম্বা মপুগী লাইশং ওইরিবা হকচাংনি হায়বা তাক্লবা শঙ অতু শিদোক্লগা পোৎলোইফম তান্না পুহুনা চংলিবনি।

**করিগীদমক্তা শঙহু শিদোকলিবা :**— মপুগী শঙলেন ওইরম্বা থরাই য়াওদ্রবা হকচাংহু মল্লবা কান্নদ্রবনি খঙনবা শঙ অতু শিদোক্লিবনি।

**করিগী লংহিং মতৎ থাদরিবা :—** খাঙলেনফমদগী পোৎলোইফম কাওবা অশিবা পুবা মতমদা লং অহিংবা মতং মতৎ লমতৎ লমতৎতা পরেং নাইনা লৈপাক্তা থাদরম্বা চংনৈ। লং পরিং নাইবা তৎতববু মীওইবগী পুন্সিবু চাংদমনৈ। নহানমখৈ অহিংবা হায়বত্থু ওইরম্বনি খঙনবনি। অত্থু শিরবা মতমদদি লং অহিংবগী মশক ওইরম্বা পুন্সিগী লম্বীত্থু তংলে খঙহল্লি। তংলবা পুন্সিগী কান্নদ্রবা হকচাংত্থু মীয়ামগী মতেংনা চংতবদি য়াদবনিনা মং পোৎলোইফম তান্নদি চৎলি। অহিংবগী লম্বী তংখ্রে, শিরে হায়বা খঙনবা অমদি হিংবগী লম্বী তংলবনি হায়বা খঙনবা লংহিং অত্থু মতং মতং লমতৎ লমতৎতা থাদরম্বনি।

**করিগীদমক্তা কোম তৌরিবা :—** শিরবদি লৈরোন চনবা তাবনি। মালেমদগী হৌবনি মালেমদা লোইগনি তিনগনি। মালেম কৌবদি তাইবং হকচাংবুস্থুনি। তাইবং হকচাংন্থুংদা কাঙ দনবা লীত্থুনা থম্ববু লৈরোন চনবা কৌই। অত্থুগীদমক্তা মপাল-থোংদা মালেমদা লৈরোন চন্দুনা পোংলোইববু তাকলি। মচা মশু ওইবশিংগী থম্মোয়দা চেংনা থম্ববু লৈরোন চনবা কৌনবনি। মসিগীদমক্তা পোৎলোইফমদা হকচাং মপালাক্তা কোকলেনগা কোন্ননা মালেমদা কোম পরিং লৈতৌত্থুনা লৈরোন চনবগী মওং লাকপনি। মফমত্থুদা তুম্নবা হকচাংত্থু পুম্নমক খোমজিল্লগা লৈরোল চনশিল্লি।

**করিগী শিঙখন তারেং খল্লিবা :—** মতম কৌবী লাই-রেম্বীগী খায়াত্তা তাখিবা তাইবংনি। হিংবগীস্থু শিবগীস্থু মতমগী

খোঙচৎ তুংইনবনি। হুমিং তরেৎনিনা মতমগী চৈঙনদি। চৈঙন অসিনা পাদম ওইহনা মীওইবগী পুন্সি লম্বী চংখিবহু খঙনবা হুমিং তরেৎনিগী মশক তাক্লবা শিঙথন তরেৎ খনবনি।

**করিগী চুক তরুক য়ুংলিবা** :—থরাই মঙা লেপ্লগা মী ওইরকপর থরাই মঙামক মিগা থানা তরুকমক হায়বহু তাক্লবা চুক তরুকপু য়ুংলিবনি।

**অস্থী লৌবা** :—অস্থী হায়বসি সংস্কৃত লোলগী মতুংইন্না লাইবক্কী শরু মচেং হায়বনি। লোল অসিনা মরম ওইদুনা অস্থী লৌবসি মীতৈনা হিন্দু ধর্ম লৌরুড়ৈদগী চংনরকপনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। অস্থী লৌবগী থৌরমসি অশিবা অতুগী হকচাং তুমদ্রিড়ৈদা কোকী শরুক্তা মৈ চাক্তুনা তুমদ্রিড়ৈদা পিশুম অনিগী কারক্তা লৈবা শরু মচেং অমর থাংদা হঙ্গাইরগা লৌবনি। শরু মচেংসি ধর্মগী লাইশোলগা লোয়ননা চামথোক্লগা উতোং মকক অমগী মনুংদা হাপ্তুনা খুদোং চাবা মফমদা থমনৈ। পোংলোইফম মনাক্তা মফম খঙনা লৈবাক মনুংদা তরুকনি/মঙানি লৈহুন ফাওবগী থনম্না চৎনৈ।

**পোৎলোইবদা মচল মঙা** :—তাইবং পানবগী হকচাং-নুংদা য়াইপিলেন শিদবগী মতিক ময়াইবু মঙানা তাকই। মঙা-হুদি ১) অহাংবা ২) মালংবা ৩) লাইজা ৪) মৈএং অমসুং ৫) মালেমনি। লাইজনে, মৈএংনে, মালেমনে অহুমসিদি খুৎনা শোক্লবা ঙমই। মঙাসিগী ময়াইনা হিংবা হায়বহু ঙম্লিবনিনা শিরবা মতমদসু মসিব খঙনবা পোংলোই মথল মঙা হায়নসু

শৈথানবস্থ য়াওই। অহাংবনা অহাংবদা তিনখ্রে, মালংবনা মালংদা, লাইজনা লাইজদা, খাম্বীনা খাম্বীদা অতুগা মালেমনা মালেমদা তিন-জখিবনে। মচু খুঙনবা খুংনা শোকপা য়াবা লাইজদু তাক্লবা মৈকোয় চক্‌ৄদগী ঈশিং হৈরিবনে, মৈবু তাক্লবা মৈ-চু চৈ পায়রিবনে। মালেমদা তৌরিবতুনা মালেমদি মালেমদা তিনখিনি তাকপনি।

**লৈরোল চনবা** : লৈরোল চনবা হায়বসিমক শম্না হায়রবদা লৈবাক্তা ফুম্ববু খঙনৈ। করিগীদমক্তা মীওইবনা শিরগা লৈরোল চল্লিবনো হায়বসি হংবা য়াবা ৱাফম্নি। তশেংবমক মালেমদা লৈরিবা মীওইবনা মাগী মাগী কাংলুপ খায়দ্রিঙৈ নল্লগা খায়রকপদগী করিগুম্বা উনিংদবা পোংশক অমবু উদনবা মফমচানা লোইশিন্নবা থৌরাং অমা মৈনচিংবা শিজিন্নদ্রিঙৈদা লৈবাক অহোম্বা থিরগা তোংতোক্তুনা ফুমজিন্নরমই। খ্বাইদগী লায়বা অমত্তা ঙাইরবা পাম্বৈস্থু ওইরম্মী। মথং মথং মীওইবনা ৱাখল লৌশিং চাওখংলকপদগী মৈ থাদোক্তুনা লোইশিনখিনবা হোংনরকখি। অতুম ওইনমক মীওই খরনদি মসিগী থাক্তা লাল্লবস্থু হেন্না চেকশিনবা মওংদা য়োং থাংনচিংবা অমদি অতৈ পাম্বৈ কয়া শিজিন্নতুনা হান্নগী লৈবাক্তা ফুম্বগী চৎনরকপতু কায়দনা চংথরকখি। মসিনা কায়নথংদদি মী কাংলুপ অতুগী চংনবী ওইরকখি।

মীওই কাংলুপ অমনা মৈ থাদোক্তুনা লোইশিন্নবা হোৎনরকই। অতুবু লৈবাক্তা ফুমজিনবা হায়বসিমক্তি লেঙদনা লৈখি।

অমনা হান্নগী চংনবীতুদা হকথেংননা লৈবক্তা ফুম্বা অমনা মৈ থাদোক্লগা উৎ ওইনা ফুম্বা হায়বসিনি। পুম্নমক্কী ওইনা ফুম্বা

হায়বসিমদি শোইদনা পাংথোকলি। অসুম্না মীওইবা কাঙলুপ কাংলুপনা হকথেংননা ফুম্বা অমদি মৈ থাদোক্লগা ফুম্বা হায়বা চংনবীসিং অসিনা য়াম্না কুইনা চংনরক্লবা মতুংদা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না ফুম্বা অমসুং মৈ থাবা হায়বসি লাইনিং লিচৎকা (ধর্ম্মগা) ঈরোইনরক্তুনা লাইনিংলোলগী মন্নুংদা হাপচিল্লক্তুনা মী কাংলুপ কাংলুপকী থানবা য়াদ্রবা থৌরম অমা ওইনা পাংথোক্লরকলি। পুন্নমকসি নৈনরুরগা লৈরোল চনবা হায়বসিমদি মতম পুম্বদা লেংফদ্রবা অমা ওইরি।

লৈরোল চনবা হায়বসিমক মপান্থোংদা য়াম্না লায়না লৌহুনা লৈরোল চনবদা য়েংনরিবসি ফুমগদবনি হায়বসিগা মৈ থাগদবনি হায়বসিগনি। মতাং অসিদা থমজরিবদি লৈরোল চনবা হায়বসিদি লৈরোল হায়বসি মপান্থোংদা উরিবা লৈপাক অসিবু নত্তে তাইবং হকচাং ( সা ) ওইরিবা মীওইবগী হিংলিবা হকচাংবু মালেম লৈমাগী পাংথকনি হায়বসিনি। হিংলিবা লৈসা তাইবং হকচাংবু "লৈ" কৌই। অসিগুম্বা লৈসা ( হকসা ) অসি মরোল মরোল নাইরিবা থরায় মঙাগী তুংনফম মপু মাগী লৈফমনি। অসিগুম্না লৈ মরোল মরোল- ( মপা, মচা, মশু, শুথাং ) মীরোল পাল্লিবা তাইবংশিংগী থম্মোই লৈকাদা য়েক্তুনা চনশিন্দুনা মীরোল মীরোল কাওঙমদনা চনশিন্দুনা থম্ববুসু মালেম লৈরোল চনবা হায়না লৌনবা য়াই।

**করিগী মংথোঙ থিংবা ঃ**—মালেমথক্কী মীওইবা পুন্নমক শিরগা লৈবক্তা তিলহনখিবা চংনরিবনিনা মীওইবগী পোংলোইফম মশিং লাকওমদনা লৈরবা ( পিকথল্লবদা )মংলে হায়বনি। উনা পিকথন্না হৌরবা মফমবু উমং কৌবগুম্বনি। অসিগুম্বনি মালেমদা

পোৎলোইফম্না মংলে হায়বগীনমক্তা মফমসিবু মং হায়না কৌবনি। অসিগুম্বা মং অদু মালেম ইমানা লৌশিননিংবা মতমদা ওই। মরম অদুনা অকোনবা মং ওইরিবা অশিবা মীদুদা তাইনরমলগা মথংদা শিবা-নাবা থোক্তনবা হায়দুনা খুন্দুদা চহি৫দা শিখিবা অমম্লুং অকোনবা শিবা মীদুদা অশিবা হায়বদু মখা তানা ওইহনবিগনু হায়না শিন্নজবনি। মসিবু মংথোঙ থিংবা হায়না চংনরি। তশেংনমক রাফমসি/থৌরমসি থাজনবগী মওংনি।

**মঙ্গারকপগী থৌরম :**—মঙ্গারকপগী মাংওইননা মী অমা অনিনা শিরিবা ইমুংগী যুমগী মনুং, মাঙ্গোল, শুমাং থেল্লোংদু তরু ওরুনা রাই তৈথোক নাম্তোকনি। পোৎলোইবা য়াওরুরবশিং অদুনা মঙ্গারকপা মতমদা মৈ ওক্কনি। ধর্ম্ম/লাইনিং লিচৎকী চংনবীগী মতুংইন্না অশেংবা ঈশিং (তাইরেন পুঙফাইগী মচুম/তুলসি মচুম) না চাইথোকপীবা চংনৈ। মশা তুম্নবা, মতুংদা খঙহৈরবা মীওই (মাইচৌ/মাইনৌ নত্রগা বামোন) অমনা মাগী মাগী চংনবীগী লাইরিক তৌনৈ। লাইরিক তৌবা লোইরবা মতুংদা চানা থরুবগীদমক্তা থোং-থাকপা চংনৈ। অম্লুম্না লাইরিক তৌবা/তাবগী চংনবীসি লান্নথৌরম/শ্রদ্ধা য়ৌদ্রিফাওবা লেপ্তুনা চংথৈ।

**কর্ম্মগী লাইরিক তৌরিবা :**—মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবদি শিবা হায়বসি তৎন-থানবা য়াদ্রবা তাংকক্নি। থৌরমসিগী মনুংদা মানা মানা পামজবা অশেংবা লাইরিক্কী মতুংইন্না পোকপা অমম্লুং শিবগী মরম, শিরগা কর্ম্ম তৌরিবা হায়বসিগী পথাপ পরিং-শিং অদু লিতুনা তাহনবনি। শম্মা হায়রবদা রারী লাইরিকশিংদু

লাইনা হায়রম্বনি হায়বগী ৱাখলদা পুশিনবা ঙমহল্লি। কায়নবগী মৈশা লাংলবা লাংলবীশিংগী থম্মোয় ফাথহল্লি, অশিববু কাওথোক-হল্লি। মরম অসিগীদমক পুক্লিংগী অৱাবা কোকহন্নবগীদমক লাইরিক তাবসি লাইনিংলোলগী মনুংচন্না তৌদবা য়াদবা মচাক অমগুম্না চংথবনি। পুক্লিং ৱারকপনি। ৱাপুবু ফজরবদি অথিবস্তু ফজহল্লি, অৱাবস্তু নুংঙাইবা ওইহল্লি। পুক্লিং লাংতক্লববু করিগুম্বা অমনা ফাজিনবা ঙম্নবদি চানিংঙমদবস্তু থরদং ওইরবস্তু চানিংবা পোকহল্লি। মরম অদুনা চংনবীগী পনখৈনুংদা লাইরিক তাথ্রবদি চাবা থকপদা থরমখৈ পুক্লিং ফাথহনবনি।

## মপুগী লৈকোন্দা নুংশিবা লৈনম ওইনা করম্না তিনখিৱাঃ—

অহিংবসিংগী মনুংদা অথোইবদি তাইবং মীনি। তাইবং মীদি মপুগী তুংনফমনি। তাইবং হকচাংব থম্মোয় লাইয়ুম কৌনৈ। লাইগী লৈফমদি মীওইবনি। মীওইগী থম্মোইদা মথল মচু কয়াগী মঙালগী তুংনফম্নি। লাইরৈপাক হায়বস্তু মীওইবগী থম্মোইনি। অদুনা থম্মোইগী তুংনফম ওইরিবা হকচাংব মপু মাগী লাইশঙনি হায়না শৈথানরি। মীওইবনা মানা তৌজরম্বা মহৈগী মতুংইন্না শিরবা মতমদা হিংলিডৈগী থবক্কী মহৈদু মীপুম খুদিংদা মঙাল পীহল্লি। মঙাল অদু মচু কয়াগীনি। অসুম্না কনাগুম্বা মী অফবা অমনা শিরবা মতমদা মাগী অফবগী মঙাল অদুনা অতাবা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা থুংলখি। লিচৎ নাইদবা মীগী অখাবা অয়াকপা মঙালগীস্তু ফংবা তাবনি। মাগীদমক্তা নুংশিবা পিরাং শিন্তবগী

মহুৎতা অথাবা মীংয়েং থোক্লকই। অতুগা মী অফবা অচংবগী দমক্তদি অতাবসিংগী থংম্নাইদা নুংশি ইরা হৌহল্লি। ইরাতুনা মীংলুদা পিরাং ওইনা শিন্থহল্লি, থম্মোই কায়হল্লি। অস্নুম্না নুংশিনা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা তুংশিনখিবা মপুগী লৈকোন্দা নুংশিবা লৈনম ওইনা তিনখিবা কৌবনে। অতোপ্পা লাইরৈপাক লৈতবনি। অশেংবা থম্মোই পানবা তাইবংমীগী থম্মোইদি লাইরৈপাক্কি

**তরুক্কি লৈহুন নল্লগা অস্থীষঞ্চয় ঃ—** শিগ্রবা মতুংদা লৈখিদ্রবা মীতুদমক্তা তাইবং শেম্বা মপুগী মকমদা হৈকং লৈকং তমজতুনা লৈহুন তম্বা/অস্থী লৌখৎপা হায়বা থৌরম অমা পাংথোকনৈ থৌরমসি পাংথোকপদা নুমিং মশিংদা মান্নদবা থরম্থু থেংনৈ।

১) সনামহি লাইনিংলোইসিংনা তরুক্কি শুবদা নুমিংতা লৈহুন তম্বা চৎনৈ।

২) হিন্দু ধর্ম চৎপা মীতৈসিংনা মঙানি শুবা অস্থী লৌখংনৈ।

৩) হিন্দু লাইনিংদি চংপা অতুবু বেস ওনথরবসিংগীদমক্তদি তরুক্কি শুবা নুমিৎতা অস্থী লৌখংলি।

৪) মীতৈ লাইনিংলোই খরমনস্থু মঙানিদা লৈহুন তম্মৈ।

৫) মীতৈ লৈপাকসিদা লৈরিবা বামোনসিংনা হুমনি সুবদা অস্থী লৌখংপা চৎনরি।

মথক্কী অস্নুম্না ইরমদমসিদা লৈরিবা মীতৈসিং অমস্থুং মীতৈ-বামোনসিংনা তোঙান তোঙানবা নুমিৎ মশিং কক্কা হায়রিবা লৈহুন তম্বা/অস্থী লৌখংপগী থৌরমসি পাংথোক্নৈ।

**কন্নগীদমক্তা লৈহুন তম্বা :**—কংলৈ মীতৈ খুন্নাইগী লাইনিং লিচংতি পলেম ইমা নিংবা লাইনিংনি হায়বসি মথক্তসু পনজগ্রে। পোকপা অমসুং শিবা হায়বা অনিমক পালেমগী কোরৌ থাশিং খোঙচংকা য়াম্না নকশিন্নে। নহালনোং তাইবংনা পোকখিবদি মালেমদা শিদ মরু হুনখিবদি ইরম খোংলম শেং ঈরু ঈশেং শাদেংনা মঙানি খোঙকাপকী তুংইনবনি। শিদ মরুনা তাইবংপাল ফাওরবা ইপানথাবসু অহু নোংগীনি। ইমাবু নিংশিং থৌরমবু পাংথোক-পনে। অসুম্না অনৌবা লৈহুন তমহুনা তাইবং নারা মীতমখিববু খঙলসনু ইমাগী মতিক কাওদসনো হায়বগীবু তরুক্কি লৈহুন তম্বনি।

অতুম্নদি ওইরগা অহৌইনা নারা মানা সাইওনখিবা থরাই মঙা লৈহাপলে মিগা থানা তরুক শুরে হায়বগীবু তরুকনি থৌরম তৌবনি। তরুক্কি লৈহুনসি নত্তবা মঙানিদা লৈহুনগী থৌরম তৌবসু থেংনৈ। মঙানি লৈহুন তম্বদি থরাই মঙা্দ তাকপ্রা? মঙাগী মতিকপু খঙনবা ওইরবদি করিদা কনাদা য়ুমফম ওইরগা থৌরম পাংথোকপগে হায়বহু হংনিংঙাই ওইরি।

**লৈহুন তম্বা / অস্থী লৌখৎপগী থৌরম পরেং :**—তোঙান তোঙানবা মমিং কৌজরবসু থৌরম অনিমক অস্থানি। খেন্নরিবা হায়ববু হিন্দু লাইনিংলোয়শিংনা অস্থী লৌবগীদমক্তদি নহাল শিবা নুমিত্তা থনম্বা শরু মচেৎতু ফি খুদৈ অঙৌবা অমনা কিশিকিহুনা লিকলাংগী মংংদা হক থোকপা মীহুনা পুখৎলকপা অসিতনি। অহুগা ফিজেং/বেস ওনথ্রবসিংগীদমক্তদি ফি অঙৌবগী মহুৎতা গেরুয়া মচুগী ফিনা ওইগনি। পুখৎলকলিবা অস্থীহু ইমুংগী মফম

অমদা য়ান্দুনা থম্বা অসিখক্তনি। অয়ুক্তা পোৎলোয়ফম অমসুং অস্থী থম্লবা মফমদু ৱাইরম তৈথোক শেংদোক্কনা থমগনি অহানবমক্তদদি তোঙানবা মফম অসিদা হৈরুক-পানা লৈশু থাদুনা কৎচগনি লোইননা মীংখৈরোল শকশোনগনি। মীংখৈরোল শকপশিং অমাইবা/পিবানা লুচিংলগা লেংবিরক্লিবা পুম্লমক পোৎলোইফমদু ওইওইননা কোয়জদুনা লৈশু, হৈকেৎ-লৈকং তম্লবা মতুংদা ময়াম পুম্লমক্না লৈশু কৎকনি. থৌনিগনি অদুগা য়ুমগী শোন্নপুঙদা লাকমিল্লগনি। শোন্নপুঙদসু মীংখৈ শকশোনগনি।

**খাঙলেনফমগী থৌরম**ঃ—শিরবা মীদুনা খাঙলম্বা মফম খাঙলেনফমদা ৱাইরম নিংথিনা তৈথোক্কনা কোকলেন্দা হৈরাং লৈরাং, খোইদৌ মপাদা য়েং-ওইদা হৈরাং লৈরাং থেনবা, খোং অনিগী মপাদসু হৈরাং লৈবাং থেনগনি। মফম মঙাসি মশক খঙনা লাৎকনি। মঙানি শুদ্রিফাওবদি তাইবং অপোক-অশি নোংদম্বী থম্মুং লৈকোয় লোওনবনা থরায় মঙাবু থাগোগা খাঙলেনফমদা লৈরি হায়বগী থাজনবী লৈ। তরুক্কি লৈহুন কোরৌদা শোন্নপুঙ ময়াইদা শোন্নপুঙ নিংথৌ অপানবা লাইনিংথৌদা শিননবনি। অসি ৱারম লৈবনা তরুক্কি লৈহুন তমদুনা মপুগী মফমদা থরায় মঙাবু হনজিনখিনবা থৌরমসিবু পাঙথোকপনি। মফমদুবু লংহিংনা খাজিল্লগা থৌরমসি কুমিৎ মঙানি খাঙলেনফমদা লাংগনি।

**লৈহুন তমফমদাঃ**—পোৎলোইফমদা লৈহুন কুমিত্তা মপুগী মিংখৈ শকশোন্দুনা লৈরাং কৎপা, হৈরাং তম্বা অমসুং মৈরা কৎপা চৎনৈ। অদুগা য়ুমদা হনজিল্লক্কনা মপুগী মিংখৈ শক্কনা অমদি

লাইরিক তৌডুনা লৈখিদ্রবগী থরায়না মপুগী লৈকোন্দা তিনহনবীয়ু হায়না থৌনিজৈ। হায়রিবশিং অসি মীতৈ সনামহি লাইনিংলোই-শিংগী চৎনবীনি।

হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীতৈশিংনা অস্থী মুমিত্তা নহাল থম্লম্বা লাইবক্কী শরু মচেৎতু য়ুমদা পুরকপথক্কনি। অতৈদি মান্ননা উই।

অস্থম্না মুমিত্তুগী থৌরমশিং পাঙথোক্কুনা অনৌবা লৈরাং লৈহুন তমজতুনা মপুগী মিংথৈ শক শোন্দুনা লাকপীরিবশিং ওম্নমক মপুগী হৈমল-লৈমন খুনমিন্নতুনা থৌরমতুগী পনথৈ অমা লাম্থোকখি। লৈহুন তমথবদি রারী লাইরিক মুমিৎ খুদিংগী তৌরম্বতু লেপ্পম্মু য়াই।

**য়ুমশেংবাঃ**—পোকপা অমসুং শিবা মতমদা য়ুমশেংবা হায়বা চৎনবী অমা লৈ। মুমিৎ তরানি সুবদা য়ুমশেংবগী থৌরম তৌই। পলেম ইমানা থাবুম ১০ নাওপুবগী খোংচৎপু তাকপনে। মীতৈ হিন্দুশিংনা ১২দা য়ুমশেংবদি পলেম পম্থৌ অনিগী খোংচৎপু নিংশিং-বগীদমক্কনি। য়ুমশেংদ্রিঙৈদদি য়ুমগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদা অথেনপোৎ কংতুনা থৌরম তৌবা চৎনদে। য়ুমশেংলবা মতুংদা ইয়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদা অথেনপোৎ কংতুনা লান্ন-থৌরমগীদমক থৌরাং তৌবা চৎনৈ।

**লান্ন-থৌরম/শ্রাদ্ধঃ**— মীতৈ খুন্নাইদা শিরগা মথৌ য়াংগেনবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবা থৌরমগুম্না চৎনরি। লৈহুন/অস্থীগী থৌরম লোইথবা মতুংদা শিরিবা অতুগীদমক্তা লান্ন-থৌরম/শ্রাদ্ধগী থৌরম পাংথোকই। থৌরমসিগী মতাংদা মুমিৎ মশিং খেন্নবা খরম্মু থেংনরি।

১) মীতৈ সনামহি লাইনিংলোইশিংগীদমক্তদি শিবা নুমিৎতগী থীরগা নুমিৎ ১১দি লান্ন-থৌরম তৌনৈ। থৌরমসি লাইমিং লৌদ্রিবা মীওইগীদি নুমিৎ ৭ শুবদা পাংথোকই। অসিদসু নত্তনা নুমিৎ ৭দতা পাংথোক্কদবনি হায়বা খরা লৈরি।

২) মীতৈ হিন্দু লাইনিংলোইশিংনা লম্বোইদ্রবদি নুমিৎ তরাহুম-দোইনি সুবদা শ্রাদ্ধ দিন পাংথোকনৈ।

৩) লম্বোইথ্রবশিংগীদমক্তদি নুমিৎ তরামরিনিদা পাংথোকই, লোইননা কিরাসু পুনদে।

## ক রিগীদমক্তা অকক্লবা নুমিত্তা পাংথোক্লিবা :—

মীতৈ সনামহি লাইনিংলোইশিংনা নুমিৎ ১১ নিদা লান্ন-থৌরম পাংথোকলিবা অসিগী য়ুমফমদি পলেমগী খোংকাপ তুংইনবনি। থাবুম তরা নাওপুবিডুনা তাইবংদা ফাওহনবিরকই। অদু নোংগী-দমক্তা তাইবংদা ফাওরে অরা অনা কোক্তুনা অরান খুভম ফংলে লান্ন-থৌরম পাংথোকপনে। পলেমগী পীবুকনুংদগী থাবুম তরা ফারবা মতুংদা অতোপ্পা পলেম মালেম ইমাগী তম্পাক্তা লাম্থোরকলে তাইবং ওইরে হায়ববু অরান খুভম ফংবা কৌবনে। মতুবু খঙনবা হায়বদি নাওপুবী ইমা অমসুং মালেম ইমাবু নিংশিংজবা ওইনা তরা-নিদা ইমাগী শমু হকচাংনুংদা নাওরা নাওপুডুনা লৈরম্ববু শেংলে হায়বগীদমক য়ুমশেংবসু তৌনৈ। য়ুশেংবমগী থৌরম পাংথোক্লগা তরামাথোইনিদা লান্ন-থৌরম পাংথোক্লিবনে। থৌরমসিমক্তি পলেম ইমা নিংবগী মরুওইবা পান্দমনি।

তরেৎনিদা লান্ন-থৌরম তৌবসিদি মমাংঙৈদগী হৌনা লাইমিং লৌজিবা মীওইশিংনা শিবা মতমদা তৌবা চৎনরকই। শম্মা হায়রবদা অঙাং ওইরিবনি হায়নবা চহিরোল কাংবুনা শিবদা তরেৎনিদা লান্ন থৌরমসি তৌনৈ।

পালেমগী পীবুকন্নুংদা থাবুম তরেৎ নাওপুরগা মীরেল মপুংফা খিবা অহু নোংগীদমক্তা তরেৎনিদা লান্ন-থৌরম পাংথোকপনি। অমরোমদা মীওইবা পুম্নমক নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা পোকপা শিবা অনিমক ওইখি হায়বদগী তরেৎনিদা থৌরমসি পাংথোকপনি। রাফম অসিমক্তি য়ুমফম য়াওদবগুম লৌনৈ। মরমদি নোংমা হায়বসিনা ওইবা ঙাক্তনি। অতুনা নোংমা হায়বসিনা মরুওই। তরেৎনিগী রারোলসিদি পালেমগী খোংকাপ থাবুম তরেৎতা নাওরা মীতম মপুং ফাখিববু নিংশিংতুনা তরেৎনিদা লান্ন-থৌরম তৌবনি হায়বসিনা ময়েক শেংবা হেনগনি।

মীওইবা অউবা ঙাক্তদা য়ুমফম ওইতুনা ইমাগী থাবুম ১০গী রারম্মু পুক্লিং পেঞ্জবা ওইদবনা পালেম পন্তৌগী অপুনবা থাবুম ১২বু নিংশিংনা ১২ নিদা য়ুমশেংলগা তরাহুমদোইদা লান্ন-থৌরম তৌরিবনি হায়বগী লীখুন তাকপনি।

লম্বোইরগা তরামরিনিদা লান্ন থৌরম/শ্রাদ্ধ পাংথোকপগী মওং অমসু লৈরি। হিন্দু ধর্ম্মগী থাজবীদা ফিজেং ওল্লগা সন্যাস ওই-শ্রবসিংগী অশি থৌরমদতা চৎনৈ। কিরা থাংবগী থবক য়াওদে। তারামরিনিদা শ্রাদ্ধগী থৌরম পাংথোক্লিবগী করি করম্বা রাখলনো হায়তুনা থোইদোক্না নৌনা নৈনবা মথৌতারি।

মনিপুরদা লৈরিবা বামোনশিংদি শিবদা লম্বোইবগী থৌরমসি পাংথোক্তবগুম তৌরি।

**লান্ন-থৌরম/শ্রাদ্ধগী মাংওইননা লাইনিংথৌ সনামহিদা অথেনপোৎ অমসুং মৈরা কৎপগী থৌরম :—**

মীতৈ অমসুং মীতৈ হিন্দুশিংগী লান্ন-থৌরমগী মাংওইনবা নুমিৎকী নুমিদাংদা হয়েংগী থৌরমগীদমক ইয়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী মফমদা অথেনপোৎ অমদি মৈরা মেক্রুক কৎতুনা থৌনিবা চংনৈ। মথংগী নুমিৎ (লান্ন-থৌরম) লোইদ্রিফাওবা মফমহুদা কংলিবা মৈরাহু মুৎপা য়াদে হায়বগী চৎনবীসি ওসি ফাওবা লেপ্লুনা চংথরি। মীতৈ হিন্দু লাইনিংলোইশিংনা থৌরমসিবু অশিবাস হায়না কৌনরি।

**কিরা থাংবা/পুবা :**—মনিপুরদা মীতৈ হিন্দুশিংগী ওইনা শিরগা বেস ওনখিদবশিংগীদমক্তদি কিরা পুবা হায়বা থৌরম অমা শিবা নুমিত্তগী লান্ন-থৌরম শ্রাদ্ধ য়ৌদ্রি ফাওবা পাংথোকপা চৎনরি। শিরিবা মীহুগী হক থোকপা নুপা অমা নুমিৎ খুদিংগী লফু তুঙ্গা মকক অমদা চেং থোইদিংদা চুহিনা তোংলগা শেম্ব। পিণ্ড/চহুম কংতুনা থৌরম তৌই। পুং ঈশৈ য়াওনা বামোন অমনা মন্ত্র থিহুনা পাংথোকই। কিরা পুরিবা মীহু থৌরম চংথরিঙৈদা ফি অচোৎপা শেৎলি মথুক্তা থাঙ্গোল অমা পায়না থৌরমসি তৌই। অসুম্না তৌরিঙৈদা মীহু অনিরক অহুমলক ঈশিংদা ইরুজহল্লি। কিরাদা শিজিন্নরিবা থাঙ্গোলবু লান্ন-থৌরম পাংথোক্তিবা ফাওবা ইমুংদা পুশিনবা য়াদে। লফু মককতা য়ৈশিন্দুনা মফম চানা থম্মী। মতাং-সিদা মন্ত্র শোল্লিবা বামোনহুদি থৌরমসিদা ইরুজদে। কিরা পুরিবা মীহুগী চাবা থকপগী মতাংদসু অথিংবা খরা লৈবগুম তৌই। চাক,

শঙ্গোম, লফোই নত্তনা অতৈ চাবা থকপা য়াদে, তুম্বা হিঙ্গসু তোঙালহল্লি।

**লান্ন-থৌরম :**—লান্ন-থৌরমগীদমক শোন্নপুঙ নিংথিন শেম-শাবা তংঙাই ফদে। নিংথিনা লৈতেংলবা ফকশাংনা মাইকৈ মরিদা পরিং লেংনা থারবা, উরেপ ( যাত্রা ) মনাক্তা থম্বাল থকখন নিংথিনা শেমগনি। শোন্নপুঙতুগী অরাংথংবা মাংশোক্তা ফিঙৌনা কুপ্পবা ফম অমা থাগনি। মীওইবগী হিংবদা চংবা চান থক্লবা পোৎলম হৈ-লৈ কোন-লিকনচিংবা মফম চানা থাহুনা থম্মী। লুকলেন, মৈরা কংনা মপুগী মিংখৈ শক শোন্দুনা শিবা অমসুং পোকপগী মরী লৈনবা শিন্থা পুন্নমক থিহুনা. শোন্দুনা পীবা অমনা থৌরমহু য়াংগেনবা তৌনৈ। অসুন্না মথৌ য়াংগেনবগী থৌরমশিং লোইশিল্লকপগা লোইননা মপুদা কৎলিবা লুকলেন হৈমন লৈমন খুনমিন্নবগী চৎনবী লৈ। মতুংদা নিংথিনা শেংদোক্লবা শোন্নপুঙদা চৎনবী মতুংইন্না অকক্লবা মিংখৈরোল শক-শোনবগী চৎনপথাপ কায়দনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী ভাইবং মপুগী কুম্মৈ-মপুগী মতিক ময়ায় কয়া থাহুনা লান্ন-থৌরমহু মৈরা কৎলগা লোইশিনবা চৎনৈ।

**শ্রাদ্ধ :**—লান্ন-থৌরমগা অমত্তনি। শ্রাদ্ধগা খেনবা হায়ববু বেদগী চৎনপথাপ তুংইন্না মন্ত্র, হোম-জপা মৈ পুজা তৌবা, ব্রহ্মানদা পুজা তৌহনবা, পিণ্ড শাগৎপা থ ুগাইবা অমদি শ্রীহরিগী চরণ্দা কৎচবা অমদি বৃন্দাবন প্রাপ্তি তৌখিনবগী লম্বীতুদা য়ুমফম ওইবা চৎনৈ।

বেস ওনথ্রবা মীওইহুগীদমক্তদি শোন্নবুং/মাগুব মন্দিরগী ওইথংবা শরুক্কী মসুংদা ফক অহনবা অমদা ফি কুপ্পুনা ফম্মুং/শয্যা শেমগনি। লম্বোইবা অমনা চংগদবা ফিরোল ঝুলি খাও, কৌপিন, মখোক পানবা য়েনপাক য়ুবী থুজাই, মালা খাওনচিংবা পোৎলমশুনা শয্যা থক্তা মওং তানা থমগনি।

বামোন অমনা হৌনবী পুজাগী থবক পুন্নমক তৌগনি। থৌরম অসিদা চিরা উৎসব তৌবা ( চেংপাক কৎপা ) হায়বা তৎন-থানবা য়াদ্রবা থৌরম অমা য়াওগনি। মতম অসিমক্তদা ক্না-হৈ, লফোইলতং নিংথিনা শেম-শাহুনা কৎপহুদা য়াওগনি। হরিনাম শোন্দুনা পুং ঈশৈ শক্তুনা গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী চরন্দা চংজফম পীবিনবা নিজগনি। পুন্নমকসি লোইরগা পোং চৈশিংহু বামোন সেবা তৌরিবহুগী গৌরচন্দ্রগী মন্দির তান্না থিল্লুবা চৎনৈ।

মীতৈ হিন্দুশিং বেস ওন্দবশিংনা শিবগী শ্রাদ্ধ থৌরমহু শোম্নপুণ্ডদগী তোঙাননা অরাং শঙ্গোয়গুম্বা অমদা পাংথোকনৈ। হৌনবী শয্যা থাহুনা মী অমগী চংগদোবা মচাকশিং মফম চানা থাগনি। কুষ মনানা শিরবা মী অহুগী মশক লেপ্পা শেম শাগনি। ব্রহ্মন অমগী মশকসু লেপ্পা শেমগনি। চেং থোইদিং চুহিনা ভোংলগা মতুম তাশিল্লগা পিণ্ড তরানিথোই থাগনি। বেদ পথাপকী মতুংইন্না শয্যা অমসুং ব্রহ্মনদা চেং থোইদিং নৈশু কংকনি। পিণ্ড অহু অমদগী তরানিথোই ফাওবা শেমগৎকনি। অসুম্না শাংলবা থৌরম পরেং চৎথহুনা থাবুম তরানিথোইনিদা ত্তাইবং মীওইনা পোক্লকপগী ঈরাৎ থৌরম তৌই। পিণ্ড পিবসি নহালনখৈ কিরা পুরক্লিবা মী

অহুনা পীবা চৎনৈ । য়ামদ্রবদা থৌরম অসিগী মনুংদা থৌরম তৌরিবা নুপাহু অহুমলক ঈশিংদা ঈরুজথোকহন্দুনা মশা শেংদোক-হল্লি । শ্রাদ্ধগী থৌরম লোইশিল্লকপগা লোয়নন। ফিরোল পোৎচৈ পুন্নমক অহু ব্রহ্মান্দুগী মফমদা কংথোকপস্থু তৌনৈ । লৈশুনচিংবহুদি ঈশিংদা হৈথগনি ।

মান্দোপতা হরি সংকৃতনগী পথাপ পরিং কয়া চৎথহুনা রাধা কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা আর্তি কংলগা লোইশিনবা চৎনৈ ।

**ঙাতং বাঃ**—সাগৈগী মী অমনা শিরবদি সাগৈহুগী পোকমিনবা নত্রগা ফু কায়নবা মীওইশিংনা ঙা হেনবা (চাদবা) চৎনৈ । শিরবা মীওইহুগী মথৌ শ্রাদ্ধ লোইবা নুমিৎতুগী নুমিদাংদা সাগৈ ঙাতংবা হায়বা অমগা লোইননা নহালমখৈ ঙা হেল্লকপহু ঙা চাবা হৌই । নুমিদাংগী চরাবু ঙাতংবা চরা হায়না খঙনৈ ।

ইরৈপাক অসিগী মফম খরদদি করিগুম্বা লম্বোইখ্রবদি ঙা হেন্দবগী চৎনবিস্থু লৈ । মসিগী মরমদি লম্বোইখ্রবদি সাগৈ সলাইহুগী রাংমদা লৈখ্রবনি হায়বগী থাজবীস্থু লৈনৈ । মাগীদমক্তা অরাবা খাংহুনা ঙা-হেনবগী থৌরমসি তৌনদে ।

**মঙ্গুমলোয় চাকখাঙবা ঃ**- লান্ন-থৌরম/শ্রাদ্ধ শোনখ্রবগী নোঙাল্লগা নহাল মঙ্গুমহুনা পোৎলোয়বদা য়াঙবিখিবশিংহু য়াঙনা চাকখাংবা/উংসব তৌবা চৎনৈ ।

মনিপুরগী তম্পাক্কী লমদা খুন্দারিবা মীতৈ অমসুং মীতৈ হিন্দু-শিংগী নাৎ/ধর্ম্মগী চৎনবী কয়াসি পথাপ পরিং নাইনা ঙসি ফাওবা চৎথরক্লি ।

## লৈখিদ্রবগী নিংশিং থৌরম

মনিপূরদা লৈরিবা মীতৈ/মীতৈ হিন্দু পুম্নমক শিগ্রবা, লৈখিদ্রবা মতুংদা মীওইতুগীদমক নিংশিং থৌরম পাংথোক্নৈ। তৌবতবু লৈখিদ্রবা মীওইতুগী শিখিবা নুমিত্তুগী থাবান্দুদা নৌরগা থা থাগী ওইনা নত্রগা মরক্তা তাইবং মপুনা লুকলেন/উংসব কংপা চংনৈ।

**থাগী লুকলেন/উৎসব কংপাঃ**—মীতৈ খুন্নাইদা অশিবগী মথৌ অসুক্কী মতিক কুপা পরিং শাংনা চংথৈ। শিগ্রবা মীওই-তুগীদমক্তনি হায়ত্থুনা থা খুদিংগী শিখিবা থাবান্দা চংনবীগী মতুংইন্না তাইবং মপুগী মফমদা লুকলেন/উংসব কংনৈ। য়ামদ্রবদা লৈকায়গী অহল ৩/৪ য়াওনা সাগৈগী মী খরা খরা মীহুৎ ওইনা য়াওহুনা থৌরমশিং পাংথোকপসু চংনৈ। অসুম্না থা ১২ ফাদ্রিবা হায়বদি ( কুমওন অমা ফাদ্রিফাওবা ) পাংথোকনৈ। করিগুম্বদা ঙমজদব-শিংনা লাইদা অথেনপোৎ/শিধা থিল্লগসু তোকই।

**কুমওনগী থৌরম/ফিরোই :-** মীতৈ খুন্নাইদা পুন্নমক্কী ওইনা লৈখিদ্রবা, লৈখিদ্রবী অতুগীদমক্তা চহি অমা মপুঙ ফাবগী থাবান নুমিত্তা সাগৈগী, লৈকায়-খুনগী অমদি অনকপা অরাপ্পগী মরী মতা, মরুপ মপাংশিং য়াওনা ইমুং অতুনা মপুগী মফমদা শিরিবা অতুগী চহি ফারকপদা নিংশিং কুমওনগী থৌরম ওইনা লুকলেন/ উৎসব কৎনৈ। মসিব ফিরোই শোনবা হায়না খঙনৈ। মীতৈ লাইনিংগী ওইনা লাইশোন-তিনশোল, ঈশৈ নোংমাই শকশোন্দুনা তেংপানবা মপুগী মফমদা লাইরক্ক কৎচতুনা লৈখিদ্রবগীদমক থরাই মীরেননা নুংশি থোইনা লৈখিনবা থৌনিজৈ। ময়াম্না নুমিৎতুদা থোং-থাক্লিবশিংতু লুকমন খুনমিন্নৈ। মীতৈ হিন্দু লাইনিংলোইশিংনা গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী চরন্দা কৎচবা উৎসবনি। ঙমজবা ক্বা-তৈ অকংশেন তৌজতুনা লেংবিরক্লিবশিংগী খরদং পেন্নবা হোৎনজবনি।

## করিগীদমক নিংশিং থৌরম ফিরোই তৌরিবা :—

চৎনবী মীওইবনা শেম্বনি। শেমলিবা চৎনবীতু খুন্নাইতুনা পাথাং পুথাংদগী সুথাং মরোল মরোল কয়াদা চৎনতুনা লৈরবদি মীয়ামগী নত্রগা কাংলুপ্তুগী মনাং ওইরকলি। মনাংতুনা অমুক জাতিতুগী কাওঙমদ্রবা থৌরমশিং ওইবনি। কাওথ্রবা কয়াবু কাওদনবগীদমক নিংশিং লংলা শেম্লকইবনি।

ঙসিগী মীতৈ খুন্নাইদা নিংশিং থৌরমসিগী মরুওইবা পান্দমদি শিগ্রবা মীতুবু কাওথোক্তনবা থম্মোয়ন্নুংদা কাওদনা থম্নবা ৱারম্ থৌরম্না থৌপ্পাংহল্লম্বনি। শিখিবগী থাবান নুমিত্তা তাইবং মপুদা অথেনপোং কংপগী চৎনবী, চহি ফারক্লগা ফিরোই হায়বা থৌরম

অমনা লৈখিদবগী ইমুং মনুংগী মীওইনা অমদি মীয়ামদা নিংশিংহন্দুনা লৈরোল চনবগী কাংলোল থমলম্বনি। তশেংনমক থম্মোয়নুংগী ওইবা লৈরোল চনবা হায়বা লুপ্লবা নুংগী ঈচেলসি লেপ্তুনা লিরোল শক্তুনা লৈরি।

**নুংগী ওইবা কাংলোলসু অমুম্মা ছেথানরি :**—নহাল-নোং তাইবং ওইনববু শিদয়াই হরনা পন্থৌ ওইবা মতোম্দা থাবুম অনি তুংবনে থাবুম তরানা পলেম ওইবিনা নাওপুরে পন্থৌ পলেম অনিনা থাবুম তরানিথোই নোংলুম কোন্দুনা মীনু তাইবং মপুং ফারক্তুনা মালেম তম্পাকথক্তা তাইবং ওইনা ফাওখিববু নিংশিংজ মপু মতিক ময়াইব ছেথাবা থাবুম তরানিথোই ফারক্লগা থৌরমসিবু পাংথোকপনি।

**লাংপন থাদা লুকলেন কংপা :**—মনিপুরদা ঙসি ঙসিমক লাংপন থাদা লৈখিদ্রবা মীওইশিংগীদমক তর্পন কংপা অমসুং লুকলেন কংপগী থৌরম অমা পাংথোকনৈ। থৌরমসিমক্তি মীতৈ হিন্দু লাইনিংলোইশিংনা রামান্দি ধর্ম্ম লৌরুবদগী লমদমসিদা চংনবা হৌরকপনি। পুন্নমক্কী ওইনা লৈখিদ্রবা মপা-মপু মচা-মনাও, মচে মচলসিংবু লাংপন থাদা নিংশিং থৌরম ওইনা হৈকং-লৈকং তমজবনি। ঈশ্বরদা কংলিবা উংসব/লুকলেন্দু সাগৈ নাতৈ মরুপ মপাং কয়া য়াওনা ফংমিন্নৈ। থৌরম অসিসু লৈরোল চনবগী মচাক অমনি। চহি কুমজা খুদিংগী হৈকং-লৈকং তমজহনা নিংশিং থৌরম পাংথোকচবনি।

## "চহিগী ওইনা পাংথোকপা নাৎকী থৌরমশিং"

কংলৈ মীতৈ লৈবাক্তা খুন্দাহুনা লৈরিবা মীতৈশিং অমদি মীতৈ হিন্দুশিংনা মাগী মাগী শাগৈ সলাইশিংগী ওইবা সলাইলেন শিদবা শিদবীবু ইরাৎ থৌনিবগী থৌরম চৎথরকপসি করম্বা মতমদগী কনানা হৌদোক্লম্বগে হায়বা খঙনদ্রবস্থু ঙসি ফাওবদা লেপ্তুনা পাংথোক্লরি। মসিবু হৌজিক্কী মীওইশিংনা শাগৈ সলাই অপোকপা খুরুম্বা হায়না খঙনরি।

### শাগৈ-সলাই অপোকপা অপোকপীগী হৈকৎ-লৈকৎ তম্বা :—

মীতৈ অমদি মীতৈ হিন্দুশিংনা চহি অমগী মন্নুংদা অকক্লবা থা অমগী অফবা নুমিত্তা সলাই পোকপা ইপু ইবেলশিংদা শাগৈগী পিবা য়াওনা হৈকং-লৈকং অমদি অথেনপোং কংপা চৎনৈ। লম লমহুদা খুন্দারিবা পিবাগী ইংখোন্দা নত্রগা শাগৈগী মীওই অমগী ইংখোন্দা শাগৈগী অহল লমনশিংনা য়াম্নত্তুনা সলাইলেন শিদবা শিদবীগী

শওলেন শাবগী চংনবীগু লৈ। থৌবনসি পাংথোকপদা অনকপা অমদি অরাপ্পদা লৈবা মরী মতা শাগৈতুগী মীওইশিং য়াওনৈ। অমাইবা অমাইবী য়াওনা সলাই মচু তাক্তুনা থৌরমসি তৌগনি। শাগৈগী পুয়া পাগনি। পুয়াদা য়াওরবা অমস্মুং য়াওদ্রিবা কয়াবু শকথওদোক্লগা নৌনা লা চনগনি। ইপা ইপুশিংবু মশক খওনবা তাকপিগনি। পুন্নমকসি শাগৈগী অপুনবা শক্তম অমা শাগংনবা, শকথও মাইথওনবগা লোইননা পুন্না সলাইলেন শিদবা শিদবীদা থৌনিমিন্নবগী থৌরমনি।

মতম খরগী মমাংদদি থৌরমসি মমি শামলুরবনি। মপানগী শাফুনা ফুদংলুদবগী পংথরুরবনি। ঙসিদি ইপা ইপুগী লিখুন লিবগী রাখল্লোলদা মকোক ডাওরক্তুনা অনৌবা ময়োল মশা মউ মকা ফন্দোকনা লৈশাং তম্বা হৌরক্লে হায়বা য়াই।

**চৈরাওবা**ঃ—চহি হৌরকপগীদমক পাংথোকপা থৌরমশু, চৈরাওবা কৌই। চৈ হায়বসিনা খওনরিবসি মশিংবু খওনৈ-খুদমদি মশিং থিবদা চৈ-থাবা হায়বস্মু শিজিন্নৈ। চৈ কাবা হায়বস্মু অফবা অমা (চৈ) কারকপা হেনগংলকপবু খওনৈ। অদুনা চৈ হায়বসি মশিংবুনি। অদুগুম্বা মশিং অদু হেনগংলকলে হায়দুনা মীয়ামদা লাওথোকপবু চৈরাওবা কৌবনি। অনৌবা চহি অমা হাপকংলতুনা চহি হৌবগী থৌরম ওইনা তাইবং শেম্বা মপুদা হৈরাং-লৈরাং কংচদুনা লাক্কদৌরিবা চহিগী অফ-ফুংডাই পীবিনবা মপুগী মফমদা নিজবা থৌরমনি। মীতৈগী ওইনা চৈ-লাওবা অসি শজিবুগী নোংমা পানবা হায়বদি অনৌবা চহি হৌবগী অহানবা তুমিত্তা

পাংথোকপা চংনৈ। মনিপুরদা লৈবা মীতৈ হিন্দুশিংনা বাঙ্গলাগী চরক পুজা নুমিত্তা চৈরাওবগী থৌরম তৌনরি। চরক পুজা সিমক্তি বাঙ্গলা শকাব্দগী অহানবা থা বৈশাখী হায়বদুগী অহানবা নুমিত্তা পাংথোকই। মীতৈ হিন্দুশিংনসু মখোয়গী মপা মপুশিংগী অশেংবা চংনবীদু কাওথোক্নুনা বাঙ্গলাগী মতৌদা বৈশাখী চরক পুজাবু চহি হৌবগী থৌরমনি হায়নালৌনরি। চহি হৌবগীদমক্তদি থোইদোক্লা নৈনরুবগী মথৌ তাদে। মরমদি নুমিং থাবান থীবসি লম-লমদুগী থৌদোক নত্রগা পুরারীগী য়ুমফমদা তৌনবা ঙাক্তনি। মালেমদা লৈরিবা ফুরুপশিংগী মরক্তা চহি হৌবগী মতম পাক-শন্না খেন্নৈ। মীতৈশিংনা মশাগী কাংলোন ঙাক্নুনা শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওবা তৌজবনি। কনাদসু য়েৎনুবা লৈতবনা অতৈনসু য়েৎফম থোক্তে।

**শজিবু থাদা করিগী চৈরাওরিবা:** শজিবু থাদা করিগী-দমক্তা চৈরাওবা পাংথোক্লিবনো হায়বসিগী মরমদা নৈননা অখণ্ড অহৈ কয়ানা করম্বা মতমদগী, নিংথৌরোল কনাগী হাক্তগী হৌখিবা, মসিদগী চহি কয়াগী মমাংদগী হৌরকপা হায়বসিগী মরমদা তোঙানবা রাখল্লোল কয়া লৈবাক হুপ্না খণ্ডনরবনি। থৌরমসিগা মীওইবগা করি মরী লৈনবগে হায়বসি য়েংবা য়াই। পলেম ইমাগী শক্তম লৌরিবী মহৌশা লাইরেম্বীগী খোংচৎনা ওইহলক্লিবা মালেম ইমাগী মচু মমেন য়েংলগা লেপলম্বনা শাংলবা চৎনবী ওইরকখিবনি। অমরোমদা মীশেমলোন কাংলোন্দা শজিবু হায়বদি সা হকচাংগী মচি ওইববু ফু পানথোক্লকপবু তাকলি। অসি খিবিক লৈবনা মীতৈগী

খুথেক্তা থাশিং থীবদা ঙসি ফাওবদা শক্তিবুদগী হৌরগা থীনরক্লিবা অসিনস্থু তাকলি ।

মীওইবনা লাইরিক লাইশু লমদা মওংচানা লিংদ্রিবৈদা চংনবী অমা লৈরম্বা নাকল অমরোমদা অমথক্তদা যুমফম ওইরগা নিংথৌ-রোলদা পান্দম থম্লগা লাল্লি-চুম্মী য়েংনরক্লিবসি য়েংনজসনু । ফুরুপ-সিগী চংনবীদি হোংবা নাইদনা চৎথরক্লিবনি হায়বসি খন্তনিংঙাই ওই । মতম খরা মীরমগী লাইনিংদা লোয়নম শন্দোকপশিংগী লাংদা থুরুরগস্থু খন্তররুগা মশাগী চংনবীদা হজ্জিল্লকপা হায়বসি মশানা তাবনি । ঙসিমক চমন্নবা থোক্লিবা চৈরাওবা অনিসি অতৈ করিস্থু নত্তে । শুপাত্তগী মীতৈনা গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলুবৈদগী বাঙ্গলাগী শকান্দগী চহি হোৌবা চরক পুজা উৎসবপু মীতৈ থুন্নাইগী চৎনবী শাহ্রনা লৌরুবৈদগীনি । মালেমগী ওইনা চৎনরিবা খুঃ গী চহি হৌবা মালেম শিনবা থুংনা খঙনরিবসিনি । অতৈগীস্থু অসি মঙাই । মরম অসিনা কংলৈ ঈয়েক সলাঈচাশিংনা ইমাগী খোংচৎ তুংইন্না শাজিবু থাগী নোংমা পানবদা পাংথোক্লিবনি ।

**মীতৈ চৈরাওবগী থৌরম পরেং** :—থাইনবৈদগী কংলৈ থুন্নাইগী লাইনিংসি লাইনিংথৌসনামহি নিংলম্মী হায়বসি পুম্নমক্না খঙনরবা রাফমনি । সন্নামহিগী শাইওন ওইরিবা খুনশেম লৈশেম্বা লাই-নিংথৌ উমংলাই হায়না কৌনরিবা অনিসিদা পুক্লিং লুপচদুনা লাকলি । লৈপাক্কী মন্নুংচনবা থুলশিং, খুনদুগী মন্নুংচনবা ইংখোল, য়ুমনচিংবগী লৈঙাক পরিং অমুক্কী মতিক লৈনা থৌপু থৌশিনগী কাংলোন্দা লাইনিংথৌগী শাইওন ঙাক্তনা মফম চানা থম্বীরম্মী । লাইনিংথৌগী

মিংলেনবু য়ুম অমগী মন্নুং, মপান শুমাং, লৈরক অতুদগী য়ুমগা কোন্নবা শঙ্গোয় লুকোয়, কৈনচিংবা পূম্নমক্তা থৌগী মতুংইন্না মিংলেনস্সু থম্লম্মী। অতুদগী অমুক খুনবু শেম্বা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীবুস্সু মিংলেন কয়ানা মিংথোন্দুনা চিংউ মাইচৌশিংনা শিংথাবীরম্মী।

চৈরাওবা মুমিত্তা তৌগদবশিং অতুগীদমক্তা মাংওইননা য়ুমগী মন্নুং অমস্সুং মপানগী অমোং অকায় শেংদোকপা, ফিরোল শুদোক চামথোকপা লমতু শেংদাকপা অনৌবা রায়তৈবা মচু হাইনা, য়েনখা লুথা শঙ্গোয় লুকোয় শেংদোকপগী চাওরবা থবক কয়ামরুম তৌনৈ।

মুমিংসিদা য়ুমগী মীওইশিংনা ইয়ুম লাইনিংথৌ লৈমরেনবীগী মফমদা অথেনপোং কংপা, হৈরাং-লৈরাং কৎচবা, মৈরা মেক্রক য়াওনা লাকদোরিবা চহিগী য়াইফ থৌজান নিজবগী চৎনবী পাংথোকই। য়াম্না মরু ওইনা চৈরাওবা মুমিত্তা কংনবা লৈশিংগী মন্নুংদা মশক থোক্লা কোম্বীরৈ অমস্সুং কুস্সুমলৈ অনিসি য়াওবা তংডাই ফদবনি। মুমিংসিদা মাংওইননা লাইনিংথৌ লৈমরেমবীগী ফুরেলদা অনৌবা ঈশিং হৈবা চংনৈ। অস্সুম্না থেল্লিবা অনৌ-অত্তেক, চেং হরায়নচিংবশিংজু থোংলগা মথেল্ল কয়া লাংজুনা কৎনৈ।

**থোঙ্গাল রাংমদা চাক কৎপা** :— মুমিংসিগী অয়ুক্কুদা থোংলিবা মথেল লুকোয়শিংজু লা লাত্তোন নত্রগা লাকোয় লাচপ অমদা চাং অমদা হাপ্লগা হৈরুক-পাম্না শেল য়াওনা থোঙ্গাল রাংমদা নিংথিনা শেংদোক্কুনা রায় তৈথোক্লবা মফমদা মৈরা মেক্রক থাহনা কংকনি। কনা লাইদা কংলিবনো হায়রবদি থুন্দুবু শেম্লিবা ডাকপীবা খুনশেম লৈশেম্বা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিদা কৎচবনি।

খুন্দুগী খ্বাইদগী হানবা অহল ওইরবা ওইরবীনি হায়দুনা লাই অনিবু হম্নুকোকচাও, হম্নু-লৈথম হায়না মিংথোন্দুনা কংকনি। লাকদৌরিবা চহিগী অফ মুংঙাই পীনরিয়ু হায়না নিজবনি।

মফমগী মতুংইন্না লাইনিংথৌ লাইরেম্বীবু তোঙান তোঙানবা মমিং কৌনরম্মী। খুনগী ওইরগা খুনশেম-শৈলেম্বা, লৈরক্তা লৈরগা লৈরক সাথোবা খোঙবান লাল্লুম্বা, শুমাং মথৌপুংদনা শুমাং নিংথৌ অপানবা, থেল্লোংদনা খমনুং লৈকোয় লৈগনবী, ইচুম ভাফমদনা ইচুম নিংথৌ, ইচুম লাইরেম্বী, মমাংথোংজাওদনা থোঙঙারেন, য়ুমগী উরেত্তনা উরেপ নিংথৌ, মোইরাং লাইচি কাচিন্দনা লাইনিংথৌ সন্ন-মহিরেন পাখঙবা লৈশেমলেম্বী লৈমরেম্বী হায়না মিঙ্গৌনরি।

থৌরমসিমক পাংথোক্লিবগী মরমদি খুনশেম লৈশেম্বা ইবুধৌ ইবেনধৌ অনিগী মফমদা লুকলেন কংচদুনা লাকদৌরিবা চহিদুদা য়াইফ-মুংঙাই পীনবিয়ু হায়তুনা নীজবনি। লোইননা ইয়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদসু অনৌ-অত্তেক, অথেনপোৎ কৎতুনা থৌনিজগনি। লাপ্পা লৈখিবা 'লংফৈ চৎখিবা' ইমুংগী মীওইশিংসু মুমিৎসিগী মাংওইননা ময়ুম ময়ুমদা হল্লকবা হোৎনৈ। ময়ুম পানগ্রবী মচে-মচলসিংনা মবুং মৌপা, মপা মপু, মমানচিংবদা ভমস্তব অনৌবা ফিরোল খুদোল তম্বগী চৎনবী লৈ।

**মুংথিনদা লাইথুরুম্বা/চীংকাবা :—** চৈরাওবা মুমিংকী মুংথিলদা খুন-খুনগী মীয়াম্না খুন্দুগী উমংলাইগী খুফমদা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিবু খুরুমনৈ। অনৌবা অমসুং অহনবা ফিরোল শেৎতুনা হৈরাং লৈরাং শেম্নচিংবা কৎনৈ। চৈরাও চীং কাবগী

থৌরমসি কংলৈ মীতৈগী চনবী ওইদুনা ঙসি ফাওবা কাওদনা চংথরি। (চীং কাবগীদমক্তা কনা কনাগুম্বনা মথল মথেন কয়াগী পুথোক্লে রাফমসিমক মীয়াম্না নৈননিংঙাই ওইরি)।

চৈরাওবা হায়বসি মালেমগী মী ফুরুপশিংগী তোঙান তোঙানবা মতমদা পাংথোকপগুম কংলৈ মীতৈগীদমক্তসু খুন্নাইসিগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা চহিগী ওইবা থৌরম অমা ওইদুনা লাকলি। তুংদসু ওইদুনা লৈহৌখিগনি। "শজিবু নোংমা পানবা" লেপ্তুনা চহি খুদিংগী লাক্কদবনিনা চহি খুদিংগী চৈরাওবা থৌরম শোইদনা পাংথোক্নুনা লৈহৌরগনি।

## কুমলাক লমতাইবা

কুম হায়বসি মতম্বু খংনবা রাহৈনি। থা তরানিথোইগী মতুংদা হোংলক্লিবা মতম অমসুং চহি অতুমগী মতমগী মওং তাকপদা শিজিন্নৈ। অনৌরোমদা হৌখিবা মতম অমগা লাক্কদৌবা মান্নবা মতম অমগগী তাইনবদা শিজিন্নবা রাহৈনি। হৌখিবা চহিগী মতম্বু হাকুম, চৎলিবা চহিগীনা কুমসি, অতুগা লাকদৌবা চহিগীবুনা নোংমৈ হায়না কৌন-খংনরি। শজিবু থাদা পাম্বীগী মচী ফুইরকপা অতুগা ইঙা থাদা ঈশিং তাররুবদা অনৌবা ময়োল, মনা চোংলক্রুবদা অনৌবা কুম মতম লাক্লে হায়দুনা কুমলাক লমতাইবা হায়না থৌরমসি পাংথোক্লে। থৌরমসিমক মমাং চহিগী মতমদু অমুক হন্না লাক্লে মরমসিনা লমলেন্দুদা হান্নগীদুগা তাইনবা মতম ওইরে হায়দুনা কুমলাক লমতাইবা কৌবনি।

**থৌরমসি তৌরিবগী মরম** ঃ—কুম অমগী মহৈ-মরোং ফনবা, তিল-কাং তাদনবা, নোংজু-নুংশা ফনবা, মহৌশাগী খোংচংপু থৌশিনবিরিবা লাইরেম্বা লাইরেম্বী অনিবু থৌনিজবনি। মফমনা খুন খুন্দুগী উমংলাই খুনশেম লৈশেম্বা ইবুধৌ ইবেনধৌদা হৈকং-লৈকং তৌনা মাইকৈ চুথেক নিপাল অমস্তুং থক-খা অনিগা তুনা লমতাইজৈ। কুমলাক লমতাইথ্রবদি সা-শল থাদোকপা চংনদ্রে। থৌনিজবদগী হেন্দোক্কুনা খুন-খুনগী মীয়ামনা খঙনা পাংথোকপা থৌরম ওইবনা খুনগী মীয়ামদা পুন্না লিংজেল মান্নবা নুংশিননা হিংমিন্নবগী থৌরমনি।

মরম অসি লৈবনা অনৌবা মতম অমুক তম্লকলে, মতম্বু খায়রবনে হায়বগীদমকপু ইঙা কুমতম ইঙেল কুমথাই হায়নস্তু অহল লমনশিংনা শৈথানরি। অয়িং-অশা, নোংজু-নুংশাগা ইরোইনবা ওইবনা মতম খরা খুরা শোয়নননা পাংথোকপস্তু থেংনৈ।

## মেরা চাওরেন হৌবা/ইমা পান্থোইবী ঈরাৎ থৌনি।

লাইনিংথৌ সন নমহি চাওরেন হৌবা অমস্তুং পান্থোইবী ঈরাৎ থৌনিবগী থৌরমসি মেরা থাগী নোংমা পানবদগী হৌদুনা হুমিং ১০ নি চুপ্পা পাংথোকই। মীতৈশিংনা মহৌশা লাইরেম্বীগী খোংচংপু অমুক্কী মতিক লুনা নিংজবা অমদি পল্লেম ওইবীগী নাওপু-নাওয়োকপু পুক্লিং লুপচবা থৌওং কয়া উংচবনা মপুংওইবা নাংকী থৌরমনি। লিশাংশিংনা চংনরক্লিবা নাৎশিং অসিনা কংলৈ খুম্নাইগী লাইনিংলোল ওইখিবনি হায়বসি থৌরম্না থিন্দুনা তাকলি।

থাপালোন্দা। য়ুমকম ওইহনা মৈহৌথাদগী থিন্নগা মেরা থা চংলকপদা থালেন তরেং ফারকপা মতমদা নহালনোং সন-ন মহিরেন্না ফ্রহিংনুংদা শীথিববু তাকপা থৌরমনি। অহুগাদমকপু ফাইরেন মানা পানথোক্না মশক মউ লাংথোক্লুনা হায়বদি সমু হকচাং ওই-থোইক্লুনা থোইদোকলে হায়বগীবু পানথোইরে হায়বদগী পাম্নোইবী কোলোইনৈ। কনাবু পাম্নোইবীনো হায়রবদি পাম্নোইহনবা ওম্বী পলেমনি। পলেম মাদি মহৌশা লাইরেম্বীগা পাংথুকনৈ হায়বগীবু পাম্নোইবী কৌনা কংলৈ লিকলমদা থৌরমসি য়াঙ্গোইরম্বনি। অতুগা মুমিং তরানি ( ১০ ) ইরাং থৌরম তৌবদি পলেমগী নাওপু থাবুম তরানিবু নিংশিংনবনি।

পাম্নোইবী ঈরাং থৌনি তৌবগী মচাকসি লাইনিংথৌ সন্ন-মহিরেননা পাম্নোক্লুনা, ঈরিক অহুনা চাওরক্লুনা ওইথিববু তাক্লবা মৈরা চাওরেন হৌবা থৌরমবু নোংমা পানবদা পাংথোক্লুনা তাইবংদা য়েল্লি ওইরিবা লাইনিংথৌবু থৌনিবা চংনরিবনি।

## নিংঙোল চাক্কৌবা

মীতৈগীতা ওইবা য়াম্না নুংশিনিংঙাই ওইবা নাংকী থৌরমগী মনুংচন্না হিয়াঙ্গে থাগী নিনি চনবদা চহি খুদিংগী পাংথোক্লিবা নিংঙোল চাক্কৌবা হায়বা কুম্মে অমা তংতনা চংথরক্লি। নিংঙোল চাক্কৌবগী রাহন্দোক নৈনবদা নিংঙোনবু চাক্কৌবা নত্রগা নিংঙোলনা চাক্কৌবা হায়বা কয়াগী রাকম লৈরম্ম মতাংসিদদি পঞ্জররোই।

ওসিমক চংনরিবা নিংঙোলশিংবু মপা মমা, মচিন মৌপ্না ওইবা শিংনা চাক্কৌজববু কদাই য়োনা খুন্নাইদা নুংশিনবগী অমদি মপা

মমা, মচিন মনাওশিংবু নিংশিংনবগী মরীছু তাকপনি ।

লুহোংব্রিবী মচানুপীবু চা-নুপী হায়বদি চনুবু খঙনবনি । চনু ওইবিশিংনা মাগী নহালমখৈ মপা মমাবু লাইগুম্না নিংজরম্বত্থু লুহোংখ্রবদা মপুরোইববু লাইগুম্না নিংখ্রবা, নিংবা ওনখ্রবা হায়বসি নিংগুন কৌবনি । মীতৈ খুন্নাইদা ময়ুম পানখ্রবী লুহোংখ্রবী নুপীশিংদা নিংঙোল হায়বা মীংথোল পীরিবসি মরমসি লৈবনা ওইরম্বসু য়াই ।

অসিগুম্নবী নিংঙোলশিংনা হিয়াঙ্গৈ থাসিদা লৈজ লৈজবা হৈরা, অহাও অথুম পুজরক্তুনা মপামদা চাক চাবা লাকনৈ । মপা মমা, মবুং মৌপানা চাক কৌবা নিংঙোলশিংগী য়ুমদা লাক্লৈ ।

নুমিং অসিদদি নহালমখৈ ইমুং অমগী মী ওইনা লৈমিন্নরম্বা মপা মমা, মচিন মনাও পুন্নমক লৈজবা কয়া থোংথাক্তুনা চামিন্নৈ । অসিগা লোইননা লৈজবা খুদোল তম্বীখি । থোইদোক্লা মপা মমাবু, মচিল মনাওশিংবু নুংশিনবগী মরী থম্নবা মীতৈশিংগী মনাৎ হায়নসু লৌবা য়াই ।

**করিগী হিয়াঙ্গৈ থাদা থৌরমসি তৌরিবা** :—নহালনোং পলেম মমাগী পীবুকনুংদা নরানা তাইবংদা পোইথোক্লমদাই হি-য়ান মতম ওইখিবা পলেম মমানা অরা পোৎলুম লাংখিবা অতুবু কাওদনা লৈখিনবা হিয়ানখৈ থাদা পাংথোকপনে ।

## ইমোইনু ঈরাৎ থৌনিবা

ইমোইনু হায়বসিগী রাহস্তোক নৈনবা তারবদি ই-মোই-নু খঙবা তাবনি । তাইবং হকচাংনুংদা চেল্লিবা নু ওইনিংবতা ওইরিবা হায়বদি নু-পা নু-পী ওইহনবা ঙম্লিবা অতুগুম্বা ঈগী মচি ওইবা

শরুক অমবু কৌবনি। য়ুমগী মন্নুংদা ফ ুঙ্গা লাইরুদা খুভম য়ারিবিনি হায়বদি তাইবং হকচাংস্নুংদা কংলা খোইদৌবুনি। খোইদৌশিদা মঙাং, লুরাং, খুমননা অহুমগী চুকখোঙনা লৈতাহুনা লেগ্লনা মৈ হৌরিবনি। খোইদৌ মীছল অকনবদি থরায়গী মশক খঙনবনি। হকচাংগী ঈগী ঈচেল অয়াঙ অতপ পুন্নমক্কী মরু ওইরিবনি। মশক মচু পাম্হোকপন্নু কৌবনি, ইমোইন্নু ঈবেনথৌগী তুঙনফমসি।

সৈহৌ থাদগী থালেন তরা ( ১০ ) গুরকপা রাকচিং থাদা থৌনিবদি পালেম ইমাবু নিংবনি। রাকচিং থাদি রাকোনপুঙদগী চিংখৎপনে তাকপনে, রাকোনপুঙ কৌবদি কোকলেন মাবু খঙবনি; পুন্নমক্কী হিপুনফমনি হি য়েনফমন্নু ওইবনি। থাপুম তরা ফারকলে মীন্নু পুঙলেন ফারকলে অহুই মতম ওইরকপা নহালনোং ঈরিক মানা ওইখিববু নু-গী শক্তম লাংথোক্লে হায়বগীবু ই-মোই-ন্নু ঈরাং থৌরম তৌবনি। অনৌবা শকলোন শকওন্না অরি শকলোন তমলক্লে ঈপেনথৌবু কোলোয়রে।

অমরোমদা য়েংলগন্নু রাকচিং থানা লাকপদা অরিবা ঈনা কেল্লকপা, উনা রানা কেল্লকপা অরি অনৌ শিল্লমদাই অতুগী মতম ওইরকপদা ঈগী মতিক ওইবনা পাম্বীরেন মশান্নুংদা অনৌ ময়োল পিবিরকুবা মহৌশা লাইরেম্বী ঈমাবু থৌনিবা থৌরমনি।

রাকচিং থাগী ( ১২ ) তরানিথোইনি পানবদা ইমোইন্নু ঈরাংপদি নহালনোং মপু মশাদা থালেন অনি লোৎখিবা ঈরিক অহু মপুং ফাখিববু তাকুবা তরানিথোইনিদা ইবেনথৌ ঈরাং থৌনি তৌবনি। অুং-পান অনিবু মশক তাকুবা থৌরমনি। য়ামদ্রবদা

নুমিৎ মঙানি (৫) থৌরম পাংথোকপদি পলেম ইমাবু নিংশিংনা থাগী খোংকাপ তাকপনে। ইমা মানা ওইহনবীরকপনে।

থাবুম ১০ শুবনে, ১১ শুবনে. ১২ শুবা রাকচিংদগী ফাইরেন, ফাইরেনদগী লাইতা (লম্মদা) থা অহুমবু ফাইরেন থানা ফাইহনুনা থম্বগুম পলেম ওইবীনা নাওরা তাইবং শকপান্থোক মীনু পোংথোক্লবা মতুংদা থাবুম অহুম ফাইহনবদি অসি নুংগী ওইবনি।

তেংপানবগী য়াওলদা তাওরোইলাইগী মঙালনা মালেমথক্তা য়েন্দুনা ফাইরেন থা লাকপদা মপুগী ময়াই ওইবা হৈ-বু নৌথোকহল্লি, হৈ-নৌবু মীংকৌরম্বা হৈনৌ পাম্বীনা ফাইরেন থাদা মপাল শাববু হৈ-নৌ মপাল শারে হায়বদি কংলৈ লমলেনসিদা নুমিৎকী মঙাল অমেংবনা য়ৈহুনা মালেমথক্তা ঈনৌনৌথোকহল্লে খঙহনবনি।

অসুম্না থাবুম তরা নাওপু মীনু পোংথোকনা ইমোইনু ঈরাৎ থৌনিরবগী তুংদা পলেমগী ঈ-হু অনৌবা ঈহাপলে ঈ-মপাল শারে, হৈ-নৌ মপাল শাবগুমলে। মপাল মপুং ফারবা থাবুম অহুম ফারগা মহৈ য়ানবা হৌরকলে তাকপনি।

## লৌতাবা

ফাইরেন থাগী মঙানি পানবদা থালৈ লৌতাবা চৎনৈ। পোইনু থাদা লৌরোকখিবা রাকচিং থা কৈথোঙ থিংলে। রাকচিং থাদা কোৎতগী/ফৌগৈদগী ফৌ খাইবা চৎনরমদে। ফাইরেন থাদা ফৌ-খাইরে। ফাইরেনগী মঙানি পানবদা লৌপু/লৌউরিবা মীহুনা লৌবুক্তা য়োংপাক্লা মালেম লৈকাঙলে। লৌতাবা কৌরে। মসিবু পান্লোইবী লৌতাবা হায়না শৈথানরি। চিংউ নোংপোক নিংথৌ

পাম্থোইবী অনিনা খালৈ লৌয়ানখিববু নিংশিংদুনা মালেমলৈবু কাওবনি। লৌতাফমদি পুক্লিংদনি। পুক্লিংদা ঈথিন পীববু লৌতাবা হায়না শৈথারম্বনি। রাকচিং থাবু রানা-চিকনা থা কৌই। পালেমদগী সাখাইখিবা নাওরানা রানা চিকনা লেনখিবনি। অদু মুংগীসু কৈথোঙ থিংবনি।

লমতা থাদা লমদা তারে হায়বদি লমতাবু লাইতা-থা হায়নসু শৈথানরমদুনা লাইয়াম্না মালেম লৈদা তারকপবু হায়বনি। মদুবু খঙনবা লমতা থাদা ইবুধৌ পাখঙবা কৌন মালেমদা ফোংদোক্লুনা ঈয়েক তরেং সলাই তরেং খুজেং পাল্লোইনদুনা হৌকলী (ঔগ্রী) হংকেন চোংলিবনি। লম কৌবগী মফমদি হকচাং মন্নুংদনি, ঈরম তরেৎ খোঙলম তরেৎ ঈচেলহন্দুনা মীহুল-থাহুন পুম্নমক পুংখোল চানা হুনববু লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ময়াম্না ঔগ্রী হংগেন চোংবা কৌই। থরাই য়াইপী কোল্লি হায়বগীবু থরাই-মী কোনবা থৌরম পাংথোক্লিবা অদুনা থিন্দুনা তাকলি। পাখঙবা হায়বদি ঈরিক অদুনা মীনু পোংশেম তাল্লকপা তাইবং সা ওইরক্লবা মতমদদি মপা মশক তাকথোক্লে। মপাবু খঙবা ঙমহল্লিবা ওইরে হায়দুনা পাখঙবা কৌরিবনি। নাওরা ওইরবসু মপা কনানো হংবদা মপাবু খঙহনবা ঙমলে হায়বদুগীদমক্তা পাখঙবা কৌবনি।

লিখুন অসিমক্তি সন-ন-মহিরেন্না নোংখোঙ কোয়বগী পুরারিদা লৈমরেন শিদবীনা সন-ন-মহিরেন্না সাইওনখিবা পাখঙবনি হায়বনি। অসিনা সন্নমহিরেন্না মালেম নোংখোঙ কোইখি হায়বদি তাইবং হকচাং থুংনা ঈহিরেন মামা চেনববু তাকলি অদুগা পাম্থোক্লা মীনু

পোংশেম লাংখিবদি মহাক্না সাইওনখিবা পাখবনা ওইখিবনি হায়বগীবু সন্নমহিরেন পাখঙবা কৌখিবনি। অসিগীম্ম মথক্তা পাখঙবগী মশাক্নুংদা সন্নমহিরেম্না থুগুনম্মু লৈখি। পাখঙবগী ফম্বালদি হকচাংনুংদনি। তাইবং ফাওরক্কুনা মালেমথক্তা পোংথোরক্কবদি লাইগী নিংথৌ পাখঙবা ওইরম্বদগী মীমু তাইবং ওইখরে। অম্মুম্না লমতা থাদগী মরু-মরাং হুনবা খোংপা তৌরকপা মথংদা শজিবুদা মরু (ফৌ) অমু মসাগী মচি ফুইরকদৌরে কালেন থাদা কায়াৎ শেমলকলে, লৌহোন মচি লাংলকলে। ইঙা থাদা লাইজা ইঙাংনরে, ইঙেন চংলকপদা লাইজা ইয়েল্লে মপান হৌরে। ফৌ ওইরে। মতমসিগী লাংওনবু পান্থোইবীনা ফৌওইবী লাংওবনা কৌনরে।

মথংদা ফৌনা মপাল শাংলকপা মরু পাল্লকপা মতমদা ফৌরুংবী কৌনা সাইওল্লে। ফৌনা মরু মপুং ফারবা মুল্লবা মতমদা লৌ খাওরে, য়েরে, লোকলে, কৈদা হৈজিল্লে। মতমসিদা সাইওনখিবদি কৈরুংবী কৌনা সাইওনলবনি।

অম্মুম্না লৌতারোন অসিবু কুমগী মনুংদা মীতৈ খুন্নাইদা তৎন থানদনা ঙসি ফাওবদা লৌতারোন হায়না শৈসক্করি।

নুংশিংনিংঙাই ওইবদি মনিপুরদা চিংমীশিংগী মরু হুনবগী কুম্মৈ লুইঙাইনি ফাইরেন থাদা পাংথোক্লিবা অসিমক্তা চীংমী তম্মী অনিগী য়াম্না নকুবা মরীচুবু নিংশিংহল্লি।

অসিগুম্বা মরু-মরাংনা মতম লাইরেম্বীগী শহুম লাংওন মথং মথং ওনখিববু কোরৌ মালেমগী খোংচৎনা ওইখিবনি হায়তুনা নোংপোকনিংথৌ পান্থোইবী কোলোইজতুনা ঙসাইগী পলেম ইমাগী

নাওয়োমন্নুংগী লাংওন্দা থাবুম তরেং ফারকপদা মীনু পুংফারে হায়বত্নগী পনখৈদা মেরা থাদা পাম্নোইবী ইমাবু ঈরাংথৌনিজবনি। কংলৈ মাইচৌশিংনা মুংগী কাংলোনবু পান্দা সাফোংনা তাকপিরম্বা লিখুন্দুনি।

## শিংতেক-শিংথাবা

"লমতা থাগী থাংজ অহানবদা অমদি অতৈ থাংজশিংহুদা লাইয়াম্না য়াকাহুনা ( চহিহুদা নাগদবা শিগদবশিংগী ) মশিং থাহুনা শিংতেক-শিংথাখি" হায়না থম্মীরম্মী। থৌরম ওইনদি পাংথোকপা লৈতে।

**শিংশৎপাঃ**—লমতা থাগু নুমিৎ শজিবু চৈরাওবগী মমাংগী নুমিৎতা হৈপোক চিংগী লাইফমদা শিংশৎপগী লাইথৌ পাংথোকপা মীতৈগী লিরবা নাৎকী থৌরম অমা ওইনা ঙসি ঙসিমক চৎনরি।

**করিগীদমক শিংথাবা অমসুং শিংশৎপাঃ**—থা ১২ গী কাংথুলদা য়েংলগসু অহুগা পলেম ইমাগা থাগোম্নবা অপোকলোম্না লৌরগসু শিংথাবা হায়বসি চুমলে মরমদি কুম লোইরকপদা মশিং থিবা হায়বসি মালেমগী ওইনা চৎনরি। ১বা মীৎয়েংদা চহিগী থা অরোইবগী থাংজদা হায়বসিনা ( থাংজসি চৈওল অমগী অরোইবা ) নুমিৎপু থংনরি। চহিগী থাগু নুমিংগু অরোইবা নুমিং ওইবা থাংজনি। থাগী খোংচৎনা চহি ওইখিবগী চৈওলদি নুমিংনা ওইখি। থা তরেৎপু ফারবা নাওরানা ওইখিবসু চৈওনবহুনি। শিবগীসু পোকপগীসু শিংতেক-শিংথাহুনা, শিংচনবা মালেমদা চৎনরি

হায়বা লিখুলহু তাকপনি। চহি লোইরকপগী শিংলেপনবা থাং-গৎলকপা শিংথারোলনি। মসিগী মরমদি লমতা থাম্বুদা শিংশৎপা হায়না অমুক পাংথোক্কনা অরোইবা রাচুম শিংথাবা অহু য়ানবগী-দমক্তনি। নুমিৎসিদা হান্না থাংগৎখিবদা শোইবা য়াওবহু অহুক শিংশৎতুনা লৌথোক লৌশিন তৌরগা শিংলেপ্পনি। তেংপানবা মপুনা পিরকপা হৈ মরুনি খঙনবা হৈপোক চীংদা পাংথোকপনি। নুংগী হৈপোক-পান্দা থিন্দুনা তাকপতনি।

## কোংবা লৈথোং ফাংপা অমসুং শজিবু লৈখুন ফুনবা:—

শজিবু থাগী ৭ নি পানবদা পাংথোকপা তেংপানবা শিদবা শিদবী অনিবু (ইবুধৌ য়াংদৌবা, ইবেনধৌ য়াংদৌবী) কৌনা পাংথোকপা লাইথৌনি। কোংবা লৈথোং ফাংপনা শিদবা মরু য়াংদৌবা ইবুধৌ অহুগা শজিবু লৈখুন ফুনবনা শিদবী য়াংদৌবী ইবেনধৌগী থৌনিরোল লাইথৌনি। কোরৌ মালেম অনিগী থৌরমনি। মহৌশা খোংচৎনা শিদবগী ময়ায়না শিদবীদা অনৌবা ময়োল চোংলে মালেম নৌহৌনরে খঙনবনি।

কোংবা হায়বদি ইলৈ-লৈতবা রাংপবু খঙনৈ। ইরাং রাংলম্বা শিদয়াই পীরকলে মালেম লৈদা থোঙ ওইরিবা মহাক্কুদা ফাংলে। অহুঙৈ সাগী মচি ফুইরকবা ঙসাই ফাংখিবা লৈখুলহু ফুনলে। মালেমদা তাখিবা মরুহু মচি ফুইরক্লবা লৈগী মখুন্দা ফুনলে। পান্থী হৌরে। অহুগীদমকপু মীংথোনবনে। মসিগী কাংলোন্দি থৌরমদা পান্দা তৌরুবা লৈখুন অনিদা লৈরম্বা পোংচৈ-তিল-কাংশিং তোঙাননা ফিনা কিশি কিশিন্দুনা পুরক্লগা য়ুমজাও লাইরেম্মা

লাইফমদা পুরক্লগা খরুং অমম্মদা হাপ্লগা মুমিং মঙানি ইরাং থৌরম তৌরিবতুনা তাকপনি।

লমগী পরিংবু য়াংদৌ কৌবনে। অতুনা য়াংদৌবা য়াংদৌবী হায়তুনা হৈ-য়া অনিবু মশক তারু লাইথৌনি। খরুং অনিতু অমনা শিদবা য়াংদৌবা ইবুধৌগী অমতুনা শিদবী য়াংদৌবী ইবেনধৌগীনি। য়ুমজাও লাইরেম্বদি মালেম ইমাগা পাংখকনি, লাইশঙনি অনিনা শঙলিবা শঙলেম্নি। মুমিং মঙানি থৌনিবদি থৌরায় মঙা পুংফাহনবনি তাকপনি।

( অহানবদা থৌরমসি কংলানুংদা পাংথোক্লম্বা অতুগা কোন্না কোংবা মরুদা হোংখিবনি হায়নরি।)

## লাই হরাওবা

লাই হরাওবা :— লাই তৌ লাওববু লাই হরাওবা হায়না খোম্থোক্লে। লাইনা তাইবংপান ওইরকহন্নবা তৌখিববুনি। তাইবংপান শকপান্থোকল্লকপবুনি। মুংগী কাংলোলবু পান্দা লাংথোকপনি। হকচাং কয়াৎম্নুংগী কাংলোলবু খঙনবা থৌরমনি। ইশা মশক খঙবা লাইনিংলোনগী থৌরম পাংথোকপা রাংউরোলগী পুকৈ লনথৈনি।

ঙেংপানবদগী তাইবংপান ওইরকখিবা থৌরমবু পাংথোকচবদা লাইনা মথৈ ফংলগা হরাওই হায়বা মীতৈগী রাখুলবু খিন্দুনা তাকপা ওম্মী হায়তুনা তাইবংনা লাই হরাওবা কৌবনি। অরুবা নাংঙ্কী লনথৈগী মমুংদা খ্বায়দগী রাংবা থাক্তা লৈবা ইশা মশক খঙবা লাইনিংবু তাকপা থৌরমনি।

কংলৈ মীতৈ লৈপাক্কী খুন খুদিংদা উমংলাই হায়না খংনহুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী হরাওবা থৌরম পাংথোকলি। খুন খুনগী লাই হরাওবগী মতম অককনবা লৈনরি।

লাইবক থিবদি মতমগী মনুংদা নোংলৈ-মুংশিংকী সাফুনা মালেমথক্তা অহোংবা কয়। ওইরকপগুম মীতৈগী মরু ওইবা নাংকী শকতাকফম ওইরিবা লাই হরাওবা শকলোন খরা ওনখিবা য়াও-খিবনা ফুরুপসিগী শক্তম মশেল-মরাংবা য়াওরে। মসি খুনাইসিগী লাইবক থিবনি।

মীরম লাইনিংগী ঈথিলদা হান্নগী শকলোল খরা ওনথ্রবস্তু অমুক হন্না থিগংনরকপদগী মচু মমেন খরদি নৌনা থোক্লক্কদবগুম তৌরি। ওাইবা তাই। হোংনবস্তু লেপ্পা য়াদ্রি। ওসিমক মীতৈনা হিন্দু লাইনিং লৌরুঙেদগী মীতৈগী উমংলাই লাইনিংথৌ লাইরেম্বী হরাওবদা থৌগল্লোইশিংগী ফিজেং লৈতেং অমদি মায়দা থিল্লিবা চন্দন খুংথিননা নাংকী শক্তমদা অকায়বা খরদি উক্লিবসিনি। মায়দনা হিন্দুগী খুদম থবক্তা উমংলাইগী পথাপ খরা তাইওন্না উনৱিবসি থাদোক্লরবদি ফুরুপকী থোইদোক্লা মগুন হেনগংকনি। তশেংনমক লাংচরিবা লাইগী ফিজেং লৈতেং শক্তমদা নাংকী মমিচুমক ওম্মক তারিবনি হায়বসি নিংশিংলক্লবদি চয়েংনবসি তোকখিহনা তরু তরুলক্কনি। লাই হরাওবদি শম্না হায়রবদা খুন অমদা লৈরিবা মখল কয়াগী সলাইচাশিংগী অপুনবা শক্তম উংনফমনি।

**লাই হরাওবনা করি ভাক্লি ?**

১) তেংপানবা ( **Universe** ) তগী তাইবংপান ( **world** ) ওইরকখিবা তাক্লবা।

২) তাইবং মী করম্না ওইরকখিবা ( **Generology** ) তাক্লবা।

৩) ইশা মশক খঙবা লাইনিং তাকপা অমস্তুং মীয়াম্না নিংনরিবা লাইগী লৈফম খঙহন্নবা। ( **Self understanding and meditation plus the abode of the almighty lord** )

৪) লাই হরাওবদি ৱাংউলোল নৈনফমনি হায়বা তাক্লবা। ( School of Pnilosophy & thoughts )

৫) মীতৈ যুরুপকী অৱাংবা ফিদম ময়েক লানা খঙহন্নবা। ( **publicity for the high ideals of the meetei** )

৬) খূন খুনগী ওইবা অপুনবা ঙাক্লবা। ( Oneness of the **Village** )

৭) চহিগী ওইনা খুনজাশিংগী অপুনবা মীফমগী পান্দম ফংনবা। ( Annual Conference )

৮) **অপুনবা খুনজাগী** নত্রগা খুনলোন লৈরোন্নবা সলাইচাশিংগী শকখং মাইখংন্নবগী।

৯) লুচিংবা ( **Leadership** ) কাংলোনগী মফম ওইহনবা। ( **Training Centre for leadership** )

১০) মীয়ামগী লৈঙাকলোন লিংখংফম। ( **Democratic ideals.** )

১১ ) ঙাকশেল কাংলোন নৈনফম অমসুং লিংথংফম পীনবা লোইননা হকচাং শাজেলগী কাংলোন নৈনফম। ( **Defence and health education.** )

১২ ) খুন অমগী য়ুমলোল-কৈরোন্নবা খুনগী মরক্তা মুংশিনবা মরুপ মপাং ওইবগী রাখল পোকহনবা। ( **Integration & understanding among the villages.** )

১৩ ) থবক শিল্লাংবা নৈনফম অমসুং পুথোকফম। ( **Management & Procedure.** )

১৪ ) শেলথুমগী শিল্লাংলোল। ( **Financial management.** )

১৫ ) থকসি খাসিরোল তমফম অমসুং পুথোকফম। (**Schooling** for discipline and observance there of. )

১৬ ) মীতৈ নুপা নুপীশিংগী অশেংবা নাংকী শক্তম উংনবা মতুনা মালেমদা মীতৈবু মশক তাক্লবা হোংনবা।

১৭ ) উমং য়োকখংপা অমসুং অকোইবগী ফিভম কনবা। **( Protection of forest and environment. )**

লাই হরাওবগী মরমদা থিজিনবা কনাগুম্বনা লাই হরাওববু অকাম-অপেং ওইনা উংথোকখিবা য়াওরবদি মতুমক ইকায়নিং-ঙাইনি অমদি খুনাইসিগী লাইবকথিবনি। নিংথিনা খণ্ডবশিংদগী পাওতাক লৌরুবদগী ইথোকখিবশিংনা ইকায়বা নংজবনি। ঙসিমক ওইরিবসিদি মৈনা রাইখিববু তাংনা শন্নগা চংনবনি।

## অপোকপা খুরুম্বা

কংলৈ মীতৈ লৈপাক্কী মীশিংবু লাইহুক্তুক্নী মী কাংলুপ তরেং থোক্লা থায়দোক্তুনা থাম্বীরমই হায়বসিদি শেংলবা রাক্কমনি। কাংলুপ তরেংবু সলাই তরেং হায়না খঙনরকখি। নোংমা হায়ব-সিদগী সাথায় তরেং থোকচরকখিবা তরেংপু পুনশিল্লগা চয়োম অমা খঙনরিবা অসুম্না মীতৈ খুল্লাইবু কাংলুপ তরেং হায়বদি সলাই তরেং হায়না খঙনবনি। নুমিৎকী মচু অঙৌবদগী মচু তরেং থোক্লা থুগাইখিবা অতুগা মচু তরেং পুনশিল্লগা অমুক হন্না অঙৌবা ওইখিবা অতুগা পানথক্কি। লাইনিংথৌ সন-নমহিনা ওইখিবা ইপুধৌ পাখঙবনা সলাই তরেং পুথোকপিখিবা পুয়াগী লিয়োলতুমক মচু তরেংতুনি হায়বনি।

রাফম অসি নত্রবদি মালেমগী তোঙান-তোঙানবা মফমদগী মী কাংলুপনা কংলৈপাক্তা লাক্তুনা য়াম্না ওল্লিখৈদা খুন্দা লৈত-খিবদগী ওইরকখিবনি হায়বদা লাল্লোই।

সলাই খাইব্রবগী তুংদা অমুক মীফক্লুপ কয়া থোক্লা মাগী মাগী শিনফমগা চাননা থায়দোকখি। কাংবরোনগী মতুংইন্না খৃঃ মমাং ২০০০ গী আ মমাংদা শিনফম য়েনবা হৌখিবগী খুদম ফংই। অসি-গুম্বা শিনফম নাইবা কাংবুদা য়ুমতুগী মনাং হায়বদি য়ুমনাং (য়ুমনাক) নাইখি। অসুম্না য়াম্না ওল্লিখৈদগী চৎথরকপনা খৃঃ ১৪০০ অতুরাইদা পানখিবা লোইয়ুম্বা নিংথৌনা কংলৈ খুল্লাইদা য়ুমনাং কয়া লিংখি। মসিবু ওসি ফাওবদা লোইয়ুম্বা শিনয়েন হায়না খঙনরি।

য়ুমনাৎ মান্নবা কাংবুবু সাগৈ হায়না খঙনরক্লি । শিন মান্নবা অপুনবা কাংলুপনি ।

**সলাইদা য়ুমনাৎ :**— য়ুমনাৎকা সলাইগা মরী লৈনবস্থ য়াই-অতুগা লৈনদবস্থ য়াই । য়ুমনাং মান্নবা কয়ামুক সলাই অমদা **পুল্লপ** লৈবস্থ য়াই অতুগা য়ুমনাৎ মান্নবা মী পুন্নমক **সলাই** অমত্তদা পুনগনি হায়বদি লৈতে । য়ুমনাৎ মান্নদবা **কয়ামুক** সলাই **অমদা** লৈবায় াই মসিনা য়ুমনাংকা সলাইগা লৈনবা মরীতুনি ।

**য়ুমনাৎকা সলাইগা নাৎত্তা করম্বনা লুম্বগে :** – কংলৈ মীতৈ খুন্নাইদদি সলাইদা চেন্না লুম্না/হক্না লৌই । সলাই পুল্লম্নবদি ঈ তিম্নবনি হায়না লৌনৈ । সলাই মান্নবা মশেন লৌন-লৈনরবদি য়েক খোক্লরে হায়বদি য়েক্লরে য়ানদ্রে ।

**সাগৈ অপোকপা খুরুম্বা:** য়ুমনাং সাগৈ অমগী মী কাংলুপ্ত অপোকপা অপোকপী অমত্তা মচা মশুনি হায়না লৌনৈ । হকচিন্না হায়রবদা সাগৈ অতুগী সলাই অমত্তংগী মী পুন্নমক হৌফম শাৎফম অমত্তনি হায়না লৌনৈ । মখোয়না অপোকপা অপোকপীবু থৌনিজৈ মসিবুনি অপোকপা খুরুম্বা হায়রিবতু ।

**ফুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা:**— সাগৈ সলাই মান্নজরবস্থ পু তোঙান তোঙানবগী মচা মশুশিংনা ফুঙ্গা অমত্তদগী হৌখিবা মরমনা পু অতুবু থৌনিজবা খুরুমজবা চংনৈ । মসিবু ফুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা কৌবনি । মতাংসিদনি সাগৈ অপোকপগা ফুঙ্গা অপোকপগা খেনবগী মরম ।

অপোকপা খুরুম্বগীদমক্তা সলাইগী তোঙান তোঙানবা মচু পোৎলম চংনরোল থাইদোকই। সাগৈ সলাইত্তুগী অহানবা খুন্দা লৈতাফম্বু হৌফমনি হায়না লৌনৈ। মফমত্তুবু ইকায় খুম্নবা উংনৈ। চহি অমগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা থাদা সাগৈ অপোকপা খুরুমনৈ। খাইদগী মরু ওইনা সলাইগী ফি মচু অমম্তুং সলাই থাংনা মশক শেংনা সলাইশিংগী খেন্নবত্তু তাকহল্লি। সাগৈ অশোকপা খুরুম্বগী থৌরমসিদি মীতৈ নাংকী লনগৈগী মশক নাইরবা মচল অমনি।

## সলাই সাখায়লোল

## লাইতিংকোক পুথোরেল



# নোংমগী লাইথৌ

মীতৈ খুন্নাইদা থাইনঙৈদগী চংনজরকপা লাইনিং লম্বীগী মনুংদা নুমিৎ খুদিংগী তংন থানবা য়াদ্রবা থৌরম পরেং অমা ঙসি ফাওবদা লেপতনা চৎথরি। মসিমক থোইদোক হেন্দোকপা চাওখৎপগী খুমদমনি হায়বা য়াই। নোংমা হায়বসি অসুক্কী মতিক মমল য়াম্না খনজবা ডম্নবগী লিশাং শিংপা কাংলোল অমা ওইনা

নোংমগী নুমিৎপু নোং হায়না খঙনৈ। নুমিৎকী মঙালনা ঙাল্লকপবু নোং-ঙানবা কৌএ। নোংনা থোরকপা = পোক্লকপবু নোংপোক, নোংবু চুপখিবা = লুপখিববু নোংচুপ কৌএ। য়াহৌরকপা হায়বদি য়া-চংখিবদগী য়া হৌরে হায়বনি, য়া-হায়বদি য়াবা হায়ববু য়ুমগী মনুংদা য়াতুনা চংলে = ঙাল্লিঙৈদা তাইবংগী ইরাও ইনিল য়া-য়া লাওরম্ববু মমলক্কুনা লোইশিনখিববু য়া-চংবা কৌবনি। অতুদগী খোমলেন তুমথুন তানখিবদগী য়া-য়া লাওবদুবু য়া হৌরে হায়বনি। য়াহৌবদগী য়াচংবা, য়াচংবদগী অমুক য়া-হৌবা অসুম্না কৌইলৌনোং অমগী মনুংদা থোক্কুনা তাইবংগী হিংবা ওইহনখিববু নিংশিংলগা য়াহৌবা য়াচংববু অসুক্কী মতিক মমল য়াম্না লৌনবগী চংনবীবু

লাইনিংলম্বী ওইনা থম্বীরমতুনা ঙসিফাওবা চৎনরি তুংদসু চৎনতুনা অসুম লৈহৌরগনি ।

**যম্মুংদগী হৌগংলকপদা ঃ**— নোংমগী মন্নুংদা খ্বাইমক্তগী ইহান হান্না মীপুম খুদিংমক্তা কোরৌ অমসুং মালেম অনিবু ইপা ইমা ওইনা নিংশিংহল্লি । নুমিৎকী মঙাল অঙানবনা তাইবংদা অঙানবা য়েল্লকপবু উজরগা নোংঙাল্লে হায়বা খঙজরগা ফম্নাংথক্তগী মালেম ইমাবু থুৎনা লাইপক অহুমলক কৎচরগা য়াহৌরকলি । মপান লাংদা থোকচতুনা নুমিৎ কৌবা লাইবুসু খুরুমজবা চৎনরক্লি ।

কম্মুংদা তুমখিববু অমম্বা পুবা মপুনা হিংবা লৈশুম্বা কৌই । হিংনা হিংনা শুমখিবনি । মিৎকপ থোক্লে য়াহৌরে । মালেম ইমাগী তম্পাকথক্তা লেপ্প-কোয়না শাম্লজরগনি । নাওয়োকপিরিবা ইমানি নিংতুনা লাইশঙনুংদা চংলমদাইদা লাইবক কৎচবা অতুগুম ইমাবু ইকায়খুম্নজবনি ।

**অয়ুক নোংঙাম্লকপগী থৌরমঃ** - যম্মুংদগী হৌগংলমদাইদা লৈপাক শোরুা লাইপক অহুমলক কংলগা হৌগৎনৈ । নুমিৎকী অহানবা শক্লোননি নিংলিবা মঙাংবু খুরুমজগনি । মপুই মশক ওইরিবা মহাক্না ঙাংঙ্ল্লবা শক্লোন পুববু মঙাং কৌনা খুরুমজবনি ।

অয়ুক্তা য়ুমগী নুপী ওইবীশিংনা শুমাং রাইরম তৈথোক্লগা শোম্নপুঙদা লৈরাং থরা, ঈশিং খুজাই অথনবা অমা মৈরা মেক্রুক কৎচরগা থৌনিজবা চৎনৈ ।

**নুমিৎ য়ুংবগী থৌরমঃ** —নুমিংনা কোকলেনথক্তা লৈরক্লবা

মতমদা মৈরা মেক্রক, লৈশু, ঈশিং খুজোক কৎতুনা লুরাং পুরেন খুরুম্বা চৎনরকই। কোকপু লু কৌই, লু মথক্তা স্নাংনা লৈখিববু খঙনবা লুরাং-পুরেন কোলোইনৈ।

**য়াচৎলকপগী থৌরম :—** নুমিৎনা মমখিদুনা খুউ মখাদা লান্থখিবা মতমবু খুমন হায়না খঙনৈ। মতম অসিদদি অয়ুক স্নুংথিলগী মতমদা তাইবং পুম্নমক্না মনা মনিল থোক্না মাগী মাগী মথৌ মওম তৌরম্ববু মমশিল্লক্লবদা য়া-য়া লাওরম্বা পুম্নমক্তু চংগ্রে অদুগীদমকপু য়াচংবা খঙনবনি। মতমসিবু খুমন =অমম্বগী মতমনি, অমম্বগী পীবুকনুংদা চংলে। **অমম্ব** কৌবা মপু মহাকপু খুরুম্বস্ন চংনরি।

**থৌরম পাংথোক্লদবা মফমশিং :—** ১) শোন্নপুঙ, ২) ইচুম তাফম, ৩) থোঙজিল মপাল, ৪) লাইনিংথৌ সনামহি, লৈমরেল, ৫) ইমোইনু লাইরেম্বীগী খুভমদা মীতৈ য়ুমথোং খুদিংদা মফমশিং অসি ঈশিং অশেংবনা স্নাইরম তৈথোক্লগা থৌনিনরি।

অহানবদা শোন্নপুঙদা শুমাংনিংথৌ কোলোইবা লাইনিংথৌদা মৈরা মেক্রক কৎতুনা ঙাকপি শেনবিনবা খুরুমজগনি।

অনিশুবদা অমুক ইচুম লাইরেম্বীদা মৈরা মেক্রক কৎতুনা ইচুম লাইরেম্বীদা ইমুংগী মী পুন্নমকপু কোনশিনবিয়ু হায়না থৌনিজগনি।

অহুমশুবদা থোঙজাও (মমাংথোঙ) মপানগী য়েৎথংবদা মৈরা মেক্রক কৎতুনা লাইনিংথৌগী লাংওন ওইরিবা থোঙঙাকলেন =থোংঙারেন খুরুমজদুনা পুম্নমকপু থোঙদা ঙাকপিদুনা মীচু-লাইচু চংহনবিগনু হায়না খুরুমনৈ।

মরিস্সুবদা ইয়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী খুভম সনমহি কাচিন্দা মৈরা মেক্রক কৎতুনা ইমুংগী মী পুন্নমকপু কোনশিনবিয়ু হায়না থৌনিজগনি।

মঙাস্সুবদা ইমা ইমোইনু খুভমদা মৈরা মেক্রক কৎতুনা তরেং শানজা, ফৌগৈ চেংগৈ রাংতবা পীবিয়ু হায়না নিজগনি।

কনাগুম্বা ইংখোল্লাংদা ইপা ইপু অপোকপগী খুভম শঙলেন য়াজতুনা থম্বা য়াওবনা শঙলেন মাঙদা রাইতৈ লমতৈতুনা মৈরা মেক্রক কৎতুনা ইপা ইপু অপোকপা অপোকপীবু খুরুমজে। নোংমগী মনুংদা ইপা ইপুবু অমুকক্তুংদা ওইরবসু নিংশিংজরি।

অসুম্না মীতৈশিংনা কুইরবা মতমদগী হিন্দু লাইনিং চংলকত্রিবৈদগী অসিগুম্বা নোংমগী লাইনিং লম্বীগী পথাপ পরিং অকনবা লংলানা তংতনবা লেংতুনা থম্বীরম্বদগী ঙসি ফাওবা লেংদনা চংনরি।

**করিগীদমক মতম অহুমগী লাইনিং**: মীতৈনা মীওইবগী পুন্সিবু নোংঙাল্লকপদগী মথং নোংঙাল্লমদাই (অয়ুক্তগী নুমিৎতাবা) ফাওবগী মতমগুম্না খল্লমই। মীওই মপোক্পা অঙাংগী মতম, মীয়াই চল্লকপগী মতম, অহল ওইরকপগী মতম্বু নিংশিংনা নোংমা কৌবগী মনুংদা নুমিৎনা অঙাংগী মতৌগুম্না মেঙনা থোৎনা পোকলকপা, নুমিৎ য়ুংবদা মশেক মঙান অকনবগা লোইননা ওইরক্লিবা শক্লোলবু মীওইবনা মীয়াই চল্লকুনা মতিক ময়াই কল্লকপা মঙং, অতুদগী নুমিৎ তাশিল্লকপদা ময়াই মঙাল কল্লম্বা নুমিৎকী মঙাল শাম্নথখিবা অতুগুম্না মীয়াই চল্লম্বা মতিক ময়াই লৈরম্বতু অহল ওইশিল্লক্লুনা পাঙ্গল ময়েং তাশিল্লকপা মতিক ময়াই মাংশিল্লকপ-

তুগী পাংথক ওইনা লৌতুনা পুন্সিবু মমল খণ্ডনা চংনবগী লম্বী তাক্লম্বনি। মীংনা উবা লাইদি মুমিৎনি, মালেমনি হায়বসিগী মাংফদ্রবা কাংলোলদা খুন্নাইসিদা লাইনিং লম্বীদা চনশিনখিরম্বনি। লোইননা মতপু মমল খণ্ডনা চংনবগী লিচৎ শেম্বী থম্বীরম্বনি।

**ফুঙ্গা লাইরুন্দা চতুম কৎপা** :—নোংমগী ওইনা মুমিদাংগী চাক অথোংবতু লাতোন নম্রগা লাশেং অমদা চাক চতুম অমা/ অহুম ফুঙ্গা লাইরুন্দা কৎপগী চংনবী অমম্সু লৈ। ফুঙ্গা লাইরুদি খোইদৌ কংলানি। লাইফম অরুবনি। ঈরি ঈহাপনবিয়ু হায়না কংচচবনি। মুংলোলবু পান্দা হিন্দুনা তাকপনি।

**তুমলমদাই লাইনিং** :—য়ুমগী অহল ওইরিবা/ওইরিবীনা ইমুং মনুং নিংথিনা রাইরম শিংচিন তাশিল্লগা ঈশিং চাইথোক্লগা মতুংদা ইয়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বী খুরুমজরগা ফম্মুংদা চংজতুনা হিপ্পা তৃম্বা চংনৈ। মীতৈনা হিন্দু লাইনিং লৌরুরবম্সু হান্নগী চংনবীতুদি অস্থুম ওসি ফাওবদা কায়দনা চৎলকলি। য়ুমগী মনুংদা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা ইপা-ইমা শকনা কোনবিয়ু হায়না খুরুমজবনি।

## লাইগী মতিক ময়ায় শৈথারোল

**"লাই-অতিংকোক মরুরেল পুথৌরেন" !!!**

তেংপানবা শিদবা মপুরেন-না
অহাঙবদা য়া-তারে,
মালংদা লিরি ঈচঙলে,
লাইচদা ঈতারে,
মৈত্রেং মৈরা মৈহৌনরে
মালেমদা লৈতারে ।।

লাইতিংকোক মরুরেন পুথৌরেন্না
মালেমথাদা মীৎয়েং তাবিয়ু ;
নোংমদা লাইরেন পাখঙবা ইপারেন
মালেম, থকলোন, খারোল, য়ায়রোন
তূনা লৈঙাকপিরিবা ইপারেন্না
মালেমথাদা মীৎয়েং লাংচংনবিয়ু ।
ইমারেন্দি লোইরেম্বী তরেংমক

মালেম থকলোল, খারোন-য়ায়রোন
কোয়না লৈঙাকপিরিবা ইমারেন্না
মালেম খাদা মীয়েং তাবিয়ু ॥

পুথৌরেন হকসারেন্দগী
মঙাং, লুৱাং, খুমন
পুরেন অহুম সাপু থোকখি,
মপুরেন অহুমগী মীংয়েংলাং
নোংমা কৌবা কোরৌদা
তাইবং হিংবরেন পুম্বৱ
হিং-ন পরৈ লাংবিরি ॥

## সাধারণোন মিংথৈগী শরুক:—

লাইতিংকোক মরুরেন পুথৌরেন হকসারেন্দগী
মঙাং পুরেন, লুবাং পুরেন, খুমন পুরেন,
পুরেন অহুম্মক সাপুথোকলে ॥

মঙাং পুরেন হকসাদৈ,
শিদবা মপুরেন সাপুথোকলে।
লুৱাং পুরেন হকসাদৈ,
শিদবী মপুরেনবী সাপুথোকলে।
শিদ-য়াইপুবা-য়াইপুবীনা
শিদয়াই ফাবিরী ॥

শিদবা মপুরেন হকসারেন্দে,
লাইনিংথৌ স-ন্-ন-মহিরেন পাখঙপা,
ইপারেন মাব্ সাপুথোক্লে ।।

শিদবীদি মপুরেনবী হকসারেন্দে,
লয়শেমলেম্বী লয়মরেম্বী,
ইমারেন মাব্ সাপুথোক্লে ।
য়াইবি চুপলি লয়পায়বিরী
য়াইবি হিরি লাইকোন্নবিরী ।।

লাইনিংথৌ স-ন্-ন-মহিরেন পাখঙবনা,
চিংউবা লাইনিংথৌ মঙা পুথোক্লে ।
লয়শেমলেম্বী লয়মরেম্বী হকসাদৈ
লাইরেম্বী মঙা পুথোক্লে ।।

স-ন্-ন-মহিরেন পাখঙবা
ফমফম অহুমলাং ফম্বনে
কংলৈ পুঙময়োন্দা লৈরগা,
কংলৈ মপুরেনবা কোলোয়নৈ ।
মীন্নু হকচাংনুংদা লৈরগা,
মীন্নু কোনবা লাইনিংথৌ কোলোয়নৈ ।
শঙলেপন্নুংদা লৈরগা
শঙলেপ ঙাকপা লাইনিংথৌ কোলোয়নৈ

## য়ুম হায়বসি করিনো ?

মীতৈনা য়ুমকৈ শাদুনা য়ুমলিং খুল্লিংদুনা লৈরকঙৈদগী য়ুমশা-রোন অসি তাইবং মীগী মশাদগী লৌরগা শকতম লাংবা হৌখি। তাইবং মীবু মীতৈলোননা থম্মোয় লাইয়ুম কৌনৈ। মীওইবগী হকচাংসে মপুগী তুংনফমনে, মপুগী লাইশঙনি হায়না শৈথারম্মী। হকচাং মন্নুংদা ঈ-বু হুমদুনা মপু মানা তাইবং হৈ-লাও তম-য়াংনা ( হরাও-তয়ামদুনা ) থৌদোক শান্নৈ হায়দুনা ঈ-হুম হায়বদগী ইয়ুম, ইয়ুমদগী য়ুম হায়না থৈথরক্কুনা ওইখিবনি। মরম অসি খিবিক লৈবনা মীতৈ চিংউবশিংনা য়ুম-মীগী হকচাং অমস্থং মপু-অহুমগী মরীবু অস্থুম্না থম্মীরম্মী। "য়ুমদি লাইশঙনি, লাইশঙদি হকচাংনে"॥

য়ুমশারোনগী পরিংনা নাথৈদুনা থমজরগা লাইফমন্নুংদা য়ুমগী মীওই পুম্বব (১) তেংপানবা শিদবা-শিদবী অনিনা ইপু ইবেন শরুা কোনশিরী (২) লাইনিংথৌ সনা-মহিরেন পাখঙবা ইমারেন লয়শেমলেম্বী লৈমরেনবী অনিনা ইপা-ইমা শকনা লাংকোনবিরী (৩) শঙলেপন্নুংদা লাইনিংথৌনা সাইওনবা লমলেম কোনবা লাই-নিংথৌনা শঙলেপ ঙাকপা লাইনিংথৌ মিংথোন্না শঙলেপপু তুংওইননা ঙাকপিরী।

মরম অসি লৈবনা মীতৈনা ইয়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বীবু সনামহি কাচিন্দা থৌনিজুনা কোরৌ খুদিং মতম অহুম পুনা মৈরা মেক্রক কংদুনা থৌনিবা চংনরি। তাইবং হকচাংন্নুংনা লাইশঙ ওইদুনা লাইনিংথৌ লৈমরেন অনিনা থুপ্না লৈববু তারুবা য়ুমগী অথুপ্পা মফমদা লাইফম য়াহল্লম্বনি।

## মীতৈ লাইনিংদা শক্তমলাংবা

শক্তম লাংলম্বরা ? কংলৈলেনগী চৎনলোন্দি মশা-মহকসাং নিংবা হকচাং কাংলোন হকশেল কাংলোন্দা য়ুমফম ওইবা লাই-নিংনি। কোকলেন্দগী খোঙলেন ফাওবদা লৈরিবা হকচাংগী মরু ওইবা কায়াংশিং শিংলি-নাওরি, মিৎহুল-কাংলোল পুম্নমক মশক খঙনা নিংবা লাইনিংনি। মশাবু মাংদা থম্লগা নিংবা লাইনিংনি। মরম অসিনা মপু মাবু নিংবদি শক্তম লাংনা নিংলমদে। নোংমগী অহৌবা লাইনিংদি মালেম অমম্মুং কোরৌবু নিংবনি। তেংপানবা নিংবা লাইনিংনি। মীরোন্দা হায়রগা তেংপানবগী শক্তমবু লাইগী মশক্তি হায়না নিংজবনি। মীতোপ লোন্দা হায়রগা বিশ্বরুপনিংবা কৌবনি। অসিনা মরম ওইতুনা লাইবু শক্তম লাংতুনা নিংনরমদে। লাইনিং মরুশিংগীদি শক্তম লাংদনা মশাগী নুং খঙনা নিংবনি। শক্তম লাংতুনা য়েং-ওই ফমদেং-হনবদি তাইবংচাশিংদা ইপু-ইবেন, ইপা ইমাগী লিকলম্বু তাক্লবনি।

**য়াইবী মঙা মশক তাকপা** :— মপু মানা থারম্বা পোংলম মঙা হায়বদি ১) অহাঙবা ২) মালংবা ৩) লাইজ ৪) মৈত্রেং অমম্মুং ৫) মালেমবু য়াইপী মঙা কৌবনি। তাইবংপানবা ওইবনা হায়বদি মীরেন/হিংবরেন অমা ওইবদা মঙাগী ময়ায়না ওইহল্লি হায়তুনা য়াইপী কৌবনি।

**য়ায়পীলেন/য়াইবিরেন :—** মপু মাবু খঙনবনে, মঙাগী ময়ায়না ওইহল্লিবা তাইবংবু হিংহল্লিবদি য়াইপীলেন শিদবা কৌবনি। মঙাগী ময়ায়না মপুই মতিক তাকপনে। মপু মহাক লৈবগী মঙানা

ময়ায় পীবনি। মঙাগী ময়ায়না তরুকশুবদা মমি ওইনা থোকপনে মরম অসিমক্তা "হে থৌরাই মঙামক মিগা থানা তরুকমক" হায়না শৈথারিবনি।

য়ায়পী মঙাবু থৌরাই মঙা কৌবনি। মঙাগী ময়ায়না থৌ/মথৌ পুন্নমকপু ওইহনবনে হায়বগীবু থৌ + রাই = থৌরাই কৌরিবনি।

## হকচাং করিগী কৌবনো ?

ময়ায় মঙাবু হক মান্ননা চাং পুতুনা লৈরে হায়বগীবু হকচাং কৌবনি। মঙাগী মনুংদগী অমথক্কী চাং পুদবা মতমদা হকচাং ঈরিরে হায়রিবনি ঈরিরে হায়বদি ঈচেল্লরে, ঈচেল রাৎলে হায়বনি।

**শক্তম লাংতনা লাইনিংবাঃ-** তেংপানবা মপু (Universal lord) না তাইবংপান ( Earthly living being ) ওইরক্কবা তাংকক য়োৌশিল্লকপদা মালেমথক্তা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনি (Male & Female) ওইনা লাংওলখি। অনিনা তাইবংপানববু ওইহল্লকখি মালেমথক্তা সাইওনবা লাইনি হায়তুনা শক্তম লাংতুনা লাইনিংবা হৌরকখি। অহৌবতুদি মখোয় অনিতুনি- নুপা পরিং লাতুনা হংগংখিবদা এদগী ঈপা ঈপুবোক, ইপুবোক্তগী ইরধৌ অস্থুম্না মথং মথং থিগংখিবদা লাইনিংথৌ সাইওনবতু ওইখিবনি। নুপীগী পরিং লাংথৎপদম্তু অরোইবদা লাইরেম্বী সাইওনতুবু ওইখিবনি। লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা মালেমথক্তা সাইওন্দুনা তাইবং পুম্বগী মপা মমা ওইরে হায়বগীবু মীওইবনা মীনু শক্তম লাকচতুনা চৎনবী ফিজেং লৈতেংতুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিবু শক্তমলাংনা লাইনিংজবনে। অনিবু তাবইংপানবগী মপুরেনবা মপুরেনবী কৌবনে।

তেংপানবা ওইরিবৈগী শক্তম লাংদ্রবস্থু তাইবংপানবা ওইবৈ-মালেমথক্কী লাইনিংদা পা-পী খাইনা শক্তম লাংতুনা লাই-নিংজবনি ।

কংলৈলেনগী মীতৈনা পুরী পারীগী চৎনবী ওাক্লা লাইনিংথৌগী ওইনা ফৈজোম, খ্বাংনম, কোকথোন, ইন্নফি, লেংয়ান অমসুং ওকসম লিককোয় খুজিনচিংবা থোন্দুনা লৈথেৎ তমতুনা অদুগা লাইরেম্বীগীনা ফনেক, খ্বাংনম, ইন্নফি, লিককোয় খুজি লৈচিন লৈথেৎ তমতুনা পুন্নারী লিখুন তুংইন্না ফিজেৎ লৈতেংতুনা অওনবা মতমগী থাং-তা চুংগোয় য়াওনা অন্যদি খরা চাওখৎলকপগী খুদৈশেন কাওশেল লাংতুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী শক্তম লাংতুনা লাইনিংবা চৎনরকলি । লৈপাক নিংথৌগী চোঙ, সেকপিন খান্দুনা শক্তম ফজহনবস্থু চৎনরি ।

## লাইথৌগী পোৎলম

মালেমগী মফম মফমদা খুন্দারিবা মীফুরুপশিংগী মাগী মাগী চৎনলোনগী ওইবা লাইথৌগী পোৎলম লৈনরি । অসিগুম্বা কংলৈলেনগী মীতৈ ফুরুপকীস্থু মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা লাইথৌ পোৎলম লৈরি । ওসিফাওবা কাওদবমথৈ শিজিন্নতুনা নাক্লি ।

না-হাইরোলগীদমক্তা পোৎলম অহুম (১) লাইজ (ঈশিং) (২) তাইরেন (নাহাই তাইরেন) (৩) পুংফাই অসিনা লাইথৌগী পোৎলমনি । তাইরেন পুংফাই গোংনা পায়তুনা লাইজ খিকফেন চাইরবদি তিনশেংলে, লাইশেংলে হায়না চৎনরক্লি । ইপুধৌ চিংউবা খোম্লাংথাবনা শিজিন্নরস্বনে ।

চিংউবা লাইগী লাইপাওনি মাইজ মহাক্তি মপুই সাইওন্না মালেমথক্তা ঈতাবনে। তাইরেন মাদি তেংপানবা শিদবা মপুরেন্না মালেমথক্তা শিদ উপাল ওইনা লৈরেপ্পনে অমদি পুংফারেন মাদি তেংপানবা শিদবী মপুরেনবীনা মালেমথক্তা মপু লাংওন পুংফারে খঙনা লাংওল্লম্বনে, পাম্বীরেন অনিদি শিদবা শিদবী অনিবু খঙনবনে।

## লাইহুন লৈ

কংলৈ মীতৈগী লাইগী শক্তম লাংবা পুংফাহনবদি লাইথ্রে/লাংথ্রেনা ফাহনবনি। লাইগী লৈহুন তম্বদি লাংথ্রে লৈরাংনা তম্বনে। অসিগী মথক্তা লাইয়েং লাইখায়বস্তু লাংথ্রেনা লাইখায়বনে।

## লাংথ্রে করিনো ?

চিংউ লাইগী লাইপাওনে। ইবুধৌ থংজিং কোয়রেন লাই কোয়না কোনথুপ লাংকোয়বা লাইনিংথৌগী তালোই লাইরেম্বী ইবেনধৌ লাইথরৈ লেম্বীগী শন্নাংনা মালেম ওয়দা তারগা হৌখিবা পাম্বীরেন ওইবা লৈরাংনি। কোরৌ খুদিং হৈহুন তম্নবা লৈস্নু লাইথরৈ লৈরাংনা ওইবনা লৈরাং অসিব লৈহুনলৈ হায়নস্নু কৌনৈ। লাইয়েং তিনয়েং খাইনহনবদা শিজিন্নবা লৈরাংনি হায়দুনা লাইথৈলৈ হায়নস্নু শৈথানৈ। কংলৈ মীতৈগী লাইরোলগা সাগোন্নবা খৌরমগী লৈরাংনি।

## থা তরানিথোই ( ১২ ) খঙবা

থা ১২ বু খঙবদি পলেম ইমাবু খঙবনি। ইমা মাবু খঙবনা মপু মশক খঙবনি। থা ১২গী মীংলেন খঙবনা ইমাবু নিংজবনি। মমিংথক মশক খঙনা শোঞ্জবনা ইমাবু ফংগনি। হৌজিক্তি মীতৈ নাংকী

মীংলেন অরূবা খঙলসি। থাবুম তরানা নাওপু থানি, থালেন অনিনা পলেম ইমা অমদি মালেম ইমাদা শিন্নথানি।

১) শজিফৃ কৌবদি সা-চি ফুইনা থানে, পলেম ইমাগী নাওপীফমদা মপুগী য়াইপীলেন্না সা ( হকচাং ) মচি ফুইনা থানে।

২) কালেন থাদি কায়েন কায়াৎথানি অহানবা কায়েন থানি।

৩) ইঙা থাদি ঈতা থানি। সাগী মচি ফুইরবা কায়েন কায়াৎ লাক্লবদা পলেমগী ঈনা তারকলে হায়বনি।

৪) ইঙেল থাদি ঈয়েল থানি। সাগী কায়াৎনুংদা তারিবা পলেমগী ঈচু য়েনবা/চেনবা হৌরকলে।

৫) থরায় থাদি থরায় হাপথানি। থালেন ৫ শুরকপদদি মথৌ ময়ায় হাপলকলে।

৬) লাংপন থাদি লাংপা থা-নাওরাগী সাতু ওইরকপা হৌরে। মপুঙ ফাবা সা ওইখ্রে। মসিবু লাংপা কৌএ।

৭) মেরা থাদি মৈরা থা নাওরাগী হকচাংদা মৈরা মৈহৌনরকলে। তাইবং মীরেল ওইখ্রে। চাওরেল হৌখ্রে।

৮) হিয়াংকৈ থাদি হিয়ান ফিপুকথা-নাওরাগী হকচাংদা মহি ময়ায়গী য়ানলকলে, নাওয়োম চরৈনুংদা লুক্না লৈরে।

৯) পোইন্নু থাদি পোইনা থোকনা থা হায়বদি পুময়োম থা কৌবনি। নাওরানা পলেমগী পীবুকনুংদগী তাইবং পানথোক্না পোইথোরক-দৌরে। পুন্না থানে।

১০) রাকচিং থাদি রানা চিকনা থানি, নাওরা মানা পোইথোক-

লকলমদাই পোইথোরক্কদোরে কোকলেন ওল্লে পলেমগী নাওয়োম-লুংদা রানা চিকনা লেল্লে ।

১১) ফাইরেল থাদি ফৈবুম থানি তাইবংদা রানা চিকনা পোই-থোরক্লবদা পল্লেমগী ফৈ থক্তা পুম্না লৈরে ।

১২) লমতা থাদি লাইতা থানি, পল্লেমগী ফৈরা থক্তগী নাওরানা মালেমথক্তা তাথরে । লাইগী লাংওন ওইবা তাইবং সানা মালেমথক্কী তমপাক্তা চরে ফিয়োম্না তাজরে । পলেম পন্থোবু শক্তকহল্লে । কনাগী মচানো হংলে তাকলে থওলে পাখওনা কোলোয়রে । মরম অসি লৈবনা লমতা থাদা লাইনিংথৌ সন্নমহিরেন পাখওবা ইরাং থৌনিবনি ।

## রাচেৎ পাখুংগী লৌখৎলবা থৌরমশিং

হৈ-হা লাওনা শৈপাক্লগে ইবুধৌ চিংউবা পুরৈরোম্বনু থম্মোয় লুংদা কোনশিনজে, মথংলেনা তাইবং পাস্থোক্না পাওতোয়বী ইমা পান্থোইবীবু লৈতোন্দা ফম্বীয়ু নিজরি । নহালনোং রাচেৎপাখুম্প, তাইবং পাওথোকচগে ।

য়োয় ময়ায় তাওদলবা তাওরাইলাই সনা সেনকোয়শেন মচুনা চুমথাং খাল্লিবা শিদবা মপু ওইবা থোংফম লেংদ তাওরোয়বা মালেম লৈমা শিদবী ইমারেন্দি তাওরোইবী উংলৈ লেপাতবী নোংলেল পাও-তাকপী চয়োম তরেং খাওশাবীনা য়েংনা থৌগল লাংবনা নোংজু নোংসা তমহনবী, নিংথম কামপী মপাওথোক মালেম থক্কী হিংবরেন পাম্বীরেন লাংওন সাথোকপী কুমতম কুমথায় নাইহনবা কোরৌ মালেম অনিমবু থম্মোয়নুংদা চিংশিনজে ।

হাদ লোইতাম থাদি ঈহিলেন পাখঙবা কোলোইবা মালেম ইমা শিদবী পলেম মাবু লোইনা-লোইন্না তামলকপা পম্ভো তাও-রোইলাই ময়ায়না থাহুনা পন্না মঙাল অইংবা থাজা কোলোইবা পম্ভো মশক তাকপগী পম্ভো মাবু খঙহনবা পাখঙবা কোলোইবনা থাশিং তরানিথোই মিংহুননা কোরো মালেম অনিগী খোংচৎ মনিন নাইববু মীয়ু তাইবংনা শৈথারী।

মালেম খোঙচৎ থাদি মনিন নাই। অহু মুংগী ঈমুংপুংদা চিংখৎ-পদি মীয়ু পোংশেম তম্বদা থালেম থাশিংহু ইনবনে। তাইবং মীয়ু প্যোংথোকপদি শিদবা মরু তাখিবা অহু নোংদৈ থালেন থাশিং ওই-খিদো। মীপুম খুদিংগী সাচিফ্ ইবম্ব অহুনোংগী থোনবনে।

পলেমগী পীবুকমুংদা নহালনোং সাগী মচি ফ্ ইখিডৈদগী হিয়ান ফিলুক য়ানখিবদা মীয়ু তাইবং পোংলমদাই থালেন পোইমু থাদি পুময়োন পোইথোক থাদগী হৌনা লাইথৌলাং মশিল নাইরম্ববু ইবু-ধৌনা থম্বীরম্বা রাচেৎ পাথ্প মুংদগী কংলৈ খুনথোক তমলগে।

১) **পুময়োন থাগী পোইমু মথৌলাং** :—খোমলিক মিরেন ফাবা শজিফুই (সজিবু) থাদগী থালেন মাপল ফারকপা মপুগী খুৎশেম পুংফারকপা পোইথোকলমদাই য়োরকলে, মতাং অসিদা হয়েং তাইবং পোইথোরক্কদবা নাওরাগী খোমলিক মিরেন ফাবিরী। পোইমু থাগী থাবুমদা লাইথৌ মথৌলাংএ।

**লাইরোলদা** :— তাইবং পোংনা য়াইবিরেন প্ংফারবা/প্ং ফারবী চিঙ্গাক লাতমজরগা, লাতমজরবী তাইবং নখোয়না কৌমায়,

চেংমায়, শেনয়াই লয়ক্কানজৌও। ঈবেনথৌনা উমাসনা চেংগৈচোনবী সনা লুপা লনগৈ চোনবী য়াইপ্ য়াইথোকভঙ্গী নবেনথৌবু পরৈজৌ।

**থৌরমঃ** - মালেম ফ্যুয়োম, অনিদা অমনা ফৌ, অমনা চেংথন্না হাপ্লগা তরেং শেঙ্গানা থক্তা থম্লগা লৈরাং লৈহুনজরগা লাইথ্রে মপোপ মঙা মঙানা লৈফানজৌ অদুগা তাইরেন মনানা ফ্যুয়োমদা লাইতোং ৱানা লিক্লাং শেম্লগা থোনজৌ ; য়ুমগী উরেপকী য়েক্তা ফৌ, অদুগা ওইদা চেং ফ্যুয়োম লাংজগনি।

শিদবীনা অরাং কৌবা মরুদগী কংলৈদা লয়তারকপা মতম প্যয়োন থাদনি।

**পোৎলমঃ**—(১) অথেনপোৎ অমা ইবেনধৌগীদা (২) লাইনিংথৌদা শংলৌ মথেল মঙা হায়বদি চেং, লফোই, চুঙৌ, খোইহি অমস্তুং শঙ্গোম অহিংবা কংতুনা থৌনিজগনি।

২) **ৱান-চিকলেন থাগী (ৱাকচিং) মথৌলাং**:— ৱাকচিং থাগী ৭নি পানবা ফাওবগী মনুংদা খুনগী ওইনা, লৈকায় লৈকায় খুদিংগী চেং শংলৌ মথেল খায়রগা ইবুধৌ মাংলেন্দা কংলগা মৈত্রেং মৈরা লৌতুনা থোংলগা ইবুধৌ মাঙলেন্দা লুকলেন অনি থারগা কংচগদবনি। মাইকৈ মরি অৱাং, নোংচুপ, খা, নোংপোক শুংদাই মরি, লাংদাই অমা য়াওনা পুন্না পুঙলেন মাপলগী লুকলেন মঙা (১) শিদবা, (২) শিদবী, (৩) লাইনিংথৌ, (৪) লৈমরেন, (৫) চিংউ সনথোকলাংদা কংচরগা মৈরা য়াওনা, লফোই ১/১, লৈরাং ১/১ য়াওনা। ৱাচিক থা = শিংথাবা থা, লমতা থা = পোনথাবা থা।

মাইকৈ মরিগী লাইনা অডৌবা ফিজোল শেংলগা, অমমম্না অমুবা ফিজোলনা লৈতেংলবা লাইয়াম, লেংথোল অমমম লাইয়াম্না পুতুনা ( লাই মরিনা )। লাইয়াম্না তুংইল্লকতুনা লেংবিরকখি। লেংথোলতু মী হাপ্পবনি। লুকলেন্দু লৌখংলগা মফমলাংদা হনখ্রে। মীগী মহুত্তা লুকনা লয়শিন্নখিবনি।

**শৌনিরোল** :- চংনলেন অমলাংসিগী তাইবং মীশেমজরবা হিংবা য়াইবিরেন লৈতমতুনা তাইবং পানবতু মপু শক্লোন মীত্রেংনা অউজরবা কোরৌ লয়সিদা হন্না লাংগোই য়াইবি পোনথাবদা তমলোই তয়াং অয়ৌ শিংবুন অরোইদ্রিঙৈদা পোনথা পেলোইহন- বিগন্নু, য়াইবিরেনশিংবু চিংউ লাইনিংথৌ লাইরেম্বীনা লাইকোম্নবিয়ু। তাইবং মীরেনশিংবু মপুদগী চরৈ শানা হয়খামজরি। চরৈ নুংদা ফিতুপ লাংগোইমবিয়ু। য়াইবি হামচংনহবিগন্নু। মীরেন মালেম লোংদা অমম লয়তিন্নহনবিগন্নু। চিংউনা লাংদাইনবিয়ু। তাইবং পারী ইমোনশিংদি অখণ্ডশিংজদে।

**কাংলোন** :- মাইকৈ মরি, শুংদাই মরি, লাংদাই অমা, পুন্না মাপলনা মপুই কায়াং লাতমনি।

৩) **কৈরোই কৈদা থা (ফাইরেন)** :—ফাইরেনগী ৫ নি পানবদা লাইথৌ তৌবা চংনৈ। তেংপানবা শিদবীনা শিদবা লাইথং লৌতুনা তাইবং পারী মমোমশিংগী চিঙ্গাক লাতম্নবা মালেম কংলৈগী লাইফম থুংনা হিংবরেল পুঙফা য়াইবি ঈহাপ্পবা শিদবনা কিশি লাংগোয় (৭) তরেৎ কিতুনা ফৌজারেনবা তরেং য়েংথংলাং, শিংলৌরেনবী (শংলৌ) তরেং পুতুনা কংলৈ লয়মরোনদা লাইথুংলবা মতুংদা নোংপোকলম নিংথৌ, অয়াংলৈমরেল ইমারেন্দা খুংশিন্নতুনা

কংলৈ লাইফম থ্ংনবা মালেম লায়াংনা য়োংলৈ পাকলৈ কাংছুনা ইপারেন লাইনিংথৌ সন্নমহিরেননা ঙৌবরেন সনজারেনবা লয়শেম-লেম্বী লয়মরেম্বীনা সনজিরেম্বী পানছনা চিংউ লাইপোক নিংথৌনা পানোৎ ফানয়াই লাক্কুনা লীফা লীপুনলীলাক, মালেম লয়ক্রক য়াং, ইমা অয়াংলৈমা ইমারেন্না লয়কোয়রুপল্লুংদা ফৌজারেম্বী শিংলৌরেম্বী হাগুনা মালেম লয়তা লয়হুনবা, চিংউ লাইফম থ্ংনা লায়াংলুরগা ফৈবুম থাগী মরিনি পানবদা লাইথ্ংলে। রাচিকী (রাকচিং অমদগী হৌখিবনা ফৈবুম থাগী মরিনিদা কংলৈ থ্ংনা লয়তাকলে। চিংউ লাইফম মালেম লায়াং লয়তারুরগা লাইনিংথৌ সন্নমহিরেন, লয়শেম-লেম্বী লয়মরেম্বীনা হরাও মথোই কাহুনা তেংপানবা শিদবা শিদবীবু কংলৈ ময়োলদা লাইকৌজ, ময়ায় ফমলেন ফমহুনা কংলৈগী চিংউবা চিংউবী ইমা লোয়রেনবীশিং য়াওনা হরাও মথোয় কান্নিবা কোরৌহু ফৈবুম মঙানি পানবা কোরৌসিদা কংলৈ ময়োন্দা লাইপুন হিরি খুংলেন লৈসমনবা লয়কোয় পুওলেন কংলৈয়েন্দা চিংউ লাইনিংথৌ লাইরেম্বী পুন্নলিচিংনা হীগোন্নরুই। কোরৌসিবু লাইনিংথৌ লয়মরেন্দা সংলৌ মথেল কংচহুনা নোংপোক লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদা অথেন শংলৌ কৎচবা কোরৌনি।

৪) **লমতা থাগী (৭নি অমসুং থাগুম) = [লিচিং লিপুন লাইচোংবা]** :— লমতা লোইরেনবা থাগী ভরেৎনি পানবা লৈমাপোকপা কোরৌদা অমমলেননুংদা অমম লয়সা লাইরেম্বী ইমারেননা লৈরুপ্না লৈববু লাইনিংথৌ ইপারেন সন্নমহিরেন পাখঙবনা খুৎশন্নবা লাইপুরক্কুনা কংলৈ ময়োন্দা য়াইরেন্দা য়েংথং ওইথং

ফম্বাল লাংহুনা লাইনিংথৌ লৈমরেন ফমথোন কাখিবা কংলৈ লৈঙাকপা হৌখিবা কোরৌহুনি।

লাইনিংথৌ লৈমরেন ফমথোন কাখিবা কোরৌসিদা কংলৈলেনগী লাইনিংথৌশিংনা লৈরাং লৈরেং লৈহুকখি। চুথেক লাংকোয়বা লাইনিংথৌ মরিগা য়াইরেন্দা য়াইরেম্বা চিংউবা কোকলেল লাইপনা লাইনিংথৌ সন্নমহিরেন পাখঙবদা লৈহুকচখি। লাইরেম্বীশিংনা লয়শেমলেম্বী লয়মরেম্বীদা লৈহুকচখি।

অসি কোরৌ নুমিত্তা তেংপানবা শিদবা শিদবীদা লাইনিংথৌ সন্নমহিরেন পাখঙবা ইপারেন, ইমারেন লয়শেমলেম্বী লয়মরেম্বীনা চমলোই লৈরাং লৈরেংনা লৈহুকচখি। লাইয়াম্মা লিচিং লিপুন লাইচোংখি।

অমমলেন্নুং কোম্লোইবদি উফোংফমবুনে, অমমলয়রুপফমদি উফোংফমগী খাদা ইমানা অমম্বা শকলোন লৌনা লৈবা লাইফমতুনি। মীতোপ লোন লাকখিঙৈদগী মীংলেন হোংখিবনি।

**নুমিং তরেৎনি মশক খঙবা :**- মীতৈ ইপা ইপুশিংনা নিংশিংবা থোক্নবা মতমদগী নুমিৎ শিংথালোনম্ম মীংথোলগা সাগোন্নবা থম্বীরম্মী। নুমিৎ তরেৎনিনা চৈয়োম হায়বদি চৈ-মশিং ময়োম শাহুনা থা-চহি ওন্নবা ওইনা থম্বীরম্মী। ওনবদা/পাবদা শিজিন্নবা ময়োমনি হায়হুনা চৈওন হায়নম্মু খঙনৈ।

১. নোংমাইচিংবু হন্নলেন কৌবদি অহানবা কোরৌনি শিদবা মপু মতিক খঙনবা নুমিৎনি।

২. নিংথৌকাবদি নিংহনতাবা কোরৌনি; শিদবী মপুরেনবী নিংনা নুমিৎনি।

৩. লৈপাকপোকপবু লয়সাপোকপা কৌরম্বদি মালেম শেম্নখিববু নিংনা মুমিৎনি লোইননা মালেমথক্তা নাপী শিংবী উ-ৱা হৌরে খঙহনবনি।

৪. য়ুমশকৈশাদি য়ুমশা-কৈশারেননি ; লয়শেমলে, উ-ৱা পোকলে, য়ুমকৈ শারে তাকপা মুমিৎনি।

৫. শকোলশেলদি শঙনলেপচঙ কোরৌনে। ইয়ুম-শঙলেন্দা চংলে অরেপ্পা শঙলেন্দা কোল্লে খঙহনবনি।

৬. ইরাই কোরৌদি ঈপুম নোংলেন মিংথাম্লি, ঈ পুনখিবা তাকপনি।

৭. থাংজদি ভোন্নলেন কোরৌনি, মপুঙ ফারে মতোন লোমলে তাকপনি।

মুমিৎ ভরেৎনিগী কাংলোন অসি থম্বীরমহুনা লাইনিংলম্বীদা নোংমগী হিংলোনগী ৱাংউরোন লিংবিরম্বনি। চৈ-য়োম ফারগা চৈবুন চৈহি/চহি শাগৎখিবা তাকপদগী চৈওন হায়না খঙনখি। হৌজিক্কদি চম্না চয়োন হায়না কৌনরি।

**লাইনিংলোন্দা মপু মশক তাকপা:—**

**তেংপানবা** মপু :—ঙমখৈ নাইদ্রবা অহাঙবগী পীবুকন্নুংদা মপাল নাইদবা মহৌশাগী শক্লোন পুম্নমকপু উহনবিরিবা শেনবীরিবা মপুবু তেংপানবা মপু কৌনরি। মহাক্তি "মু" গী মশক লেপতবনি।

**তাইবংপানবা মপু :**—তেংপানবা মপুনা তাইবংপানবা ওইহনখ্রিবৈগী মুগী মশক তাকলকলে। মুপা মুপী খাইদোকলকলে। তাইবংপানবা ওইনববু মতিক ময়ায় পীবিরে। তাইবংনা ওইবদি

নু অনিনা পুনবদগী ওইবনি। নু-পাদ-পীবা ময়ায়বু য়াইপীলেন শিদবা অতুগা নু-পীদা পীখিববুনা য়াইপীলেন শিদবী কৌনরি। তাইবংপানবা ওইরকখৈদগী শিদবা মপুরেনবা শিদবী মপুরেনবী হায়না সাথায় অনি থোকখরে।

**লাইনিংথৌ লাইরেম্মা** ঃ—তাইবংনা শিদবা শিদবী অনিগী ময়ায়না পা-পী শকখঙজরে। পা-বুনা লাইনিংথৌ পী-বুনা লাইরেম্মা/ লাইরেম্বী মীংথোল্লে। লা-দা ইরে লাই কৌরে। লা কৌবদি তাইবং হকচাংনি। কোক্তুগী খোংলোন ফাওববু লা-রাক কৌই। লাই অতুনা অহিংবা কৌনা থৌরকলে লাই-হিং থৌ কৌরে। নুপা ওইখরে। নুপীসু ওইখরে। লাইরেন'মা কৌরে। লাইরেম্বীসু মিংথোল্লে। অতুদগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বী কোলোইরে। ইপু-ইবেন ইপা, ইমা মথং মথং ওইখরে।

**লাইশঙ** —লাইশঙদি হকচাংবুনি, মপু মানা শঙলিবনি হায়তুনা লাইশঙ কৌই। লাইশঙ মশক নাইহল্লবদি লাইনা লেঙদনা লৈগনি। নশাগী মনুংদা লাইরৈপাক লৈবনে। মতিক ময়ায়, মঙাল মনিন থোকপা হকচাংবু শঙলেন কৌই। নু অনিনা ওইখিবা হকচাং ওইখিবনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা ফমদেংলি। কাংলোনসিবু কাওদনবা তাইবংনা লাইশঙ শাতুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ফমদেংহনবনি।

**লাইনিংবাঃ** লাইনিংবদি মহকচাংনুংদা নিংগনি। লাইনিংবদি তাঙবনি। মীলাই ওইবনি।

**লাইখুরুম্বা** ঃ- লাইখুরুমফমদি লাইশঙদনি-লাইশঙ শারগা তাইবংপান শকপানথোক্না লাইবু খুরুমজগনি। লাইনিংবসু লাই-

খুরুম্বস্থু মীগী ঙমথৈ নাইবনি। লাইখুরুম্বদি য়াম্বনি। ঈরাং থৌনিস্থু তৌনরি।

**মীলাই ওইবশিংবু থৌনিজবা** :— মীতৈশিংনা মপা-মপু নিংবা হায়বা লাইনিং কাংলোন অমা পাকশন্না তৌনরি। উমংলাই হায়রিবসিস্থু খুনশেম লৈশেম্বা ইবুধৌ ইবেনধৌহুনি হায়না ইরাং থৌনিজরিবনি। মখোয়শিংসিগী মতুংদা মীলাই ওইববু থৌনিজবা কয়া অমনি। মীতৈশিংনা ইপা-ইপু অপোকপা খুরুম্বা থৌনিবা হায়বসিস্থু অসিগুম্না মওংনি। অতুম ওইনমক থৌরমদি লাইশঙগী কাংলোন্দা অতুম্মক চৎনৈ।

পাকশন্না হায়রবদা মীওইপোক্তদি পোক্লবা অতুগা মপুগী মঙালদি ফংলবা তাঙনা মালেমদা ফংখিবা মী[illegible] লাইনি হায়না ইরাং থৌনিবা চংনরিবা অসিবুনি [illegible]

**থৌরায় মিকোন[illegible]**




হৌ হৌ হৌ,
হো থৌরায় মঙাম[illegible]
মি-গা থানা তরুকমক,
থৌরায় মঙাস্থু চল্লবনে,
মিরেন মানস্থু কোল্লবনে,
ঈপুরী ঈফারে, ঈপারী ঈফারে,,
ঈমারী ঈরিরে, ঈশুরী শুপকোনলে।

—:খৈরে:—

# চুমথোকচবা থব্রদং

| লামায় | লান্নমথ্রবা | চুম্না শাবিগদবা |
| --- | --- | --- |
| ২ | নাপহোং | নাগুহোং |
| ২ | নাওরা | নাওয়া |
| ২২ | নৌরবী | মৌরবী |
| ১৮ | দোলাই | লেংথোন |
| ৩৮ | লৈকোয়বা হৌথ্রবা | লৈকোয়বা হৌদ্রিদৈ |
| ৪৯ | লুহোংবা হুমনিশুবদা | লুহোংবা মঙানিশুবদ... |
| ৫১ | থাবু | থাবুং |
| ৫৪ | পুথোথাকপা | পুথোকপা |
| ৫৫ | চুম তাকম | ইচুম তাকম |
| ৭৪ | থম্বাল | ফম্বাল |
| ৭৭ | মপুনা | মপুদা |
| ৭৮ | জাতিচুগী | ফুরুপতুগী |
| ১২৪ | লাইম্বৌ | লাইরেম্বী |

লাঃ ১৯—হাপকদবা অপোকপা অশাংপীগী পোংলম লমলাইগী পোং ফিরুকম্বুংদা মাংথানা ।